# ডাকু নিংথৌ

পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্রসিং



ষ্টেট লেভেল কমিটি
পণ্ডিত চন্দ্রসিং সেন্টিনারী সেলেব্রেসন,
ইম্ফাল।
( মার্চ ৯,১৯৯৪—মার্চ ৯,১৯৯৫ )

# ডাকু নিংথৌ
## ( হেরাচন্দ্র )

১৯৫১ ইং

পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্রসিং

ষ্টেট লেভেল কমিটি
পণ্ডিত চন্দ্রসিং সেন্টিনারী সেলেব্রেসন
ইম্ফাল
( মার্চ ৯,১৯৯৪—মার্চ ৯,১৯৯৫ )

# DAKU NINGTHOU

*By :* PANDIT CHANDRASING

*Published by :*
State Level Committee,
Pandit Chandrasing
Centenary Celebration,
Imphal





Copies 600/—

Price Rs. 40.00

*Printed at :* Kounu Printing Press,
Uripok Naoremthong, Imphal.

## সেক্রেটরীগী ৱারোল

লৈখিদ্রবা পণ্ডিত শ্রীচন্দ্রসিংনা ইবিরম্বা ডাকু নিংথৌ ইতিহাসিক উপন্যাসনি নাট্রকনি। ডাকু নিংথৌ অতৈ কনা নত্তে; মৈদিংঙু লোইরেন খোম্বা লাবন্যচন্দ্র অমসুং লৈমা অকোইজম চনু অপানবী অনিগী মদোম ফংজবা মজাইবুংঙো হেরাচন্দ্রনি।

পণ্ডিতকী চাম্মশুবা মপোক কুমওন চহি অমা চুপ্পা, মার্চ ৯, ১৯৯৪ দগী মার্চ ৯, ১৯৯৫ ফাওবা, ষ্টেট লেভেল কমিতি পণ্ডিত চন্দ্রসিং সেনটিনারী সেলেব্রেসন, ইম্ফালনা পাঙথোকই। পালন অসিগী মমুংচন্না পণ্ডিতকী লাইরিক ফোঙদোকচন্নি। মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিঙনি।

লাইবিক অসি অরাংবা থাক্কী তম্নবা লাইরিক (টেক্সবুক) ওইবা কাম্নগনি, মরী লৈনবা স্কোলারশিং অমসুং অথোরিতিগী মীৎয়েং থম্বিনবা নিংশিংজরি।

ডাঃ জি. রনজিৎ শর্ম্মা
সেক্রেটরী ষ্টেট লেভেল কমিতি
**পণ্ডিত চন্দ্রসিং সেন্টিনারী সেলেব্রেসন,**
**ইম্ফাল,**

ফেব্রুরারী ২৭, ১৯৯৫

# ৱাহৌদোক.

মনিপুর ইতিহাসকি লাইরিকশিং, চৈথারোল কুম্বাবানচিংব লোয়নদা থঙহৌ-তাহৌব মীশকুশিংনা লীনরম্ব ৱারীদগি মনিপুরগী মরৈবাক্ নীংর মীশক্ থারকপদা হেরাচন্দ্রগি মিং পল্লি। অদুবু মৈদিংঙু লাবন্যচন্দ্র (খৃঃ ১৭৯৮-১৮০০) অমদি লৈমা কোইজম্ চনু অপানবী অনীগী অমত্তা পোকচবা মচা ইবুংঙো সনা হেরাচন্দ্রবু মরৈবাক নীংবা নিংথৌ মচা অমা ওইনা চঙখোল্লা ইবিরম্বদি থেংনদ্রে। মহাকপু 'ডাকু নিংথৌ' হায়বা মিংথোলসিতং লৌখৎলগা হেরাচন্দ্রগি মরৈবাক্ নীংবা, মনিপুরদা ঔরাগি মথা পোন্দুনা মখোয়না ওৎ-নৈববু য়েংঙমদবা, নিংথৌমচা অয়াম্বনা ফম্বাল্-গিদমক্ মচীনুমনাও মুংশিনদরা—ফম্বাল্ মুন্নবদগি ইরৈবাক্ মকনি হায়না খনবা অমসুং মগাক্কী লান্দ হৈ-শিংব-কৎথোকপা অসিনচিংব মগুন্ কয়াদি শীংথাবিরম্দ্রে। মতাং অসিগি অরাৎপা উরুবদগি লৈখিদ্রবা শ্রীমোইরাং-থেম্ চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌব (খৃঃ ১৯০৫-১৯৭৬)না ইং ১৯৫১ দা "ডাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্র" কৌবা উপন্যাস অমা ইবিদুন হেরাচন্দ্রবু মনিপুর অমসুং মালেমদা শকতাকবা লৌখৎপিরম্মী। পণ্ডিত অচৌবগি ৱারী অসি ইতিহাসকি শকক্তগি শাগৎপ ওইবনা উপন্যাসকারনা শেম্মীংব মওংদ শেম্বীরি। অদুবু হেরাচন্দ্র কনানো, মহাক্কী থৌদোক্ করি করি-নো হায়বদু লাইরিক্সিবু পাবিব্রিবশিংন খঙবিনীংলমগনি। ৱাফম্সিগ মরি লৈননা ঐথোয়না ফংজবা হেরান্দ্রগি মরি মখোঙ্ থরদং লৌখৎচরি।

সনা হেরাচন্দ্র মহারাজ লাবন্যচন্দ্র অমসুং অকোইজম্ চনু অপানবী অনীগী অমত্ত পোকচবা মচা ইবুংঙোনি। অতাং ওইরিঙৈ মপাবুং মহারাজনা মতীক্চাব ওজাশিংদা মহৈ-মশিং তম্হল্লি। ইন্-খৎলকপা মতম্দগি হৌনা মবুদ্ধি মরৌশিং চঙখোল্লি, মথৌনা মরিংজেল কৈ। মপা ইবুংঙো লাবন্যচন্দ গি লৈঙাকলোন্ অমসুং খুম্বান লৈপানগি

মরম নীংথিনা থঙখি। "চৈথারোল্ কুম্বাবা", "ঔরা ঙম্বা", খাহি ঙম্বা" অমসুং "গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা" নচিংব লাইরিকশিংগী মতুংইন্না হেরাচন্দ্রবু পোকপা শ্রীলাবন্যচন্দবু হাৎনবা খুম্বোং ময়ুম্ শাগৈ নেক্তুনা হোৎনরক্‌পা, নিংথৌ খুবম্‌গীদমক্ হাৎনরক্‌পা অমসুং নিংথেম্‌তোন মারজিৎ মহারাজ (খৃঃ ১৮১৩-১৯) গী লৈঙাক্লোন্ শোয়বদগি ঔরা নিংথৌনা মনিপুর লৌশিন্নবা **পথন্‌বান্ অমসুং কানেউন্** কৌব সেনাপতি অনীগি মখাদা লান্মী তেঙ্গোল্ অমা থারক্তুনা খৃঃ ১৮১৯ রাকচীং ১২ নি পানবা লৈপাক্‌পোকপা নুমিত্ত মৈতৈ লৈবাক্ থুগাইখি। লৈবাক্ কায়ত্রিচৈ মারজিৎন পাম্বা মতমদা নিংথৌ ফম্বান্ (সিংহাসন) দা হক্ লৈবা নিংথেম্মচাশিংবু হাৎনবা তৌরক্‌পদগি থরায় হিংনবা চেন্নখিবা নিংথৌ মচাশিংগি মনুংদ সনা হেরাচন্দ্রসু অমনি। মহাক্ মতম্‌তুদা মনিপুরগি নোংপোক্ মৈরমদা লৈব খোংজাই থুন্ অমদা থুপ্তুনা লৈখি। মৈতৈ নিংথৌ মচা অয়াম্ব ঔরাগি লান্দ কাছাড় য়ৌখি। ঙাক্‌পি শেনবিনবা লৈত্রব মীতৈ কয়াবু ঔরানা ঙক্তা থৌরী থাং, খুবাক্ত য়াইরীনা লেংলগা ঔরা লৈবাক্তা হোইতুনা পুবা অমসুং নুপী-অঙাং মরাল লৈজ্জদবা কয়াবু নুংশি হৈতনা হাৎতোক্‌পিবা অসিনচিংব মৈত্রবাক মরমদমগি থমোয় শোক্লবা শক্তমশিং খোংজাই খুন্দগি লোন্না য়েংজরম্ব হেরাচন্দ্রনা মরৈবাক কন্ননবগিদমক ঔরা তেঙ্গোল মথক্তা লম্মন খুন্নবা রাশকখি। খৃঃ ১৮২০গী এপ্রিল থায়াই (৩। ১। ১৭৪১ শক্ ইরাই) নুমিংতা হেরাচন্দ্রনা মনিপুর তম্পাক্ত কুম্লক্লগ মরৈবাক নুংশিজবা মৈতৈ মচাশিংদ মশাগী ঈ নীবা হৌরক্‌খি। মহাক্কী লমজিং মখাদা মৈতৈ লৈন কন্নবা লুপ অম শেমগৎখি। হেরাচন্দ্রবু শৌগৎখিবা অমসুং মনিপুর কন্ননবগিদমক থরাই কৎথোক্লবা লুচিংবশিং ১। **অঙোম্ সুবনাথ মনি, ২। আকোইজম্ ধম্বা, ৩। য়েল্লাংবা অম্ব, ৪। মৈয়েংবা শ্যাম্ অমসুং ৫। মোইরাংথেম্বা লবঙ্গ** চোংথোক্লকখি। মৈতৈ লৈমগি মপারি তরুকসিগী অচেৎপ ফিরেপ্, অহক্‌পা রাশরা শক্ ১৭৪২

(খৃঃ ১৮১০ ) কালেন্ ৬নি থাংজা মুমিত্রা মনিপুর ডাকুনা লৈরিবা ঔরা লাম্মীশিংগি মথক্তা লান্দানবা লেপ্লখি। অতুবু থবক্ পাংথোক্তি্ৰ কৈ ঔরা লাম্মান খডলকুনা লূপসিৰ্গা লাল্লোইশিং মীরোং ওইখি। মীরোং ওইনা লৈরগা হেরাচন্দ্রগি কাংলুপ্পা মোইরাংদা চিঙ্গাক্ অমসুং লাম্মী শেমগংখি।

চহিসিৰ্গা থা অতুমক্কি ৯নি লৈপাক্পোক্পা মুমিত্তা ঔরা লাম্মী ৫০০ গী ভেঙ্গোন্ অমা মোইরাংদ চিঙ্গাক্ খোম্ব লাক্খি। খোঙফমসিদা অহাম্বা হেবাচন্দ্রগি কাংবুনা ঔবাশিংগী মথক্তা লান্দাখি। লানফমসিদা ঔরা ২০০ হাংতুনা লূপ অসিগা মায়পাকপা ওইখি। হেবাচন্দ্রগি কাংবুদা শগোল ৫০, নোংমৈ ১২ অমসুং লাম্মী ৮০০ লৈব ডমখি।

হেবাচন্দ্রগি মপাবু লাবন্যচন্দ্রবু শান্নবদা শোয়খিবা শাজিন্নরগা হাংনবা হোংনখিবা গম্ভীরসিংহগি মীচং খুম্বোং মযুমগি থৌবাংদা শোক্তুনা শিরে হায়না লংথোক্লম্বা লাবন্যচন্দ্রনা শিত্রবদা অরোয়বা খুংলাই থাতুনা হাংখিবসি শবৌদ চেন্নবা মধুচন্দ্র মহারাজ ( খৃ, ১৮০০—০৩ ) না কোন্সম্ চন্নু পান্নতুনা পোক্পা ইবুংশি য়ুমজাউতাবা মতমসিদা কাছাড়দগি মনিপুরদা খোক্লবখি।

সনা য়ুমজাউতাববু হেরাচন্দনা মাংরংদা ওক্লগা য়েক্লবা ঔরা তাম্বোক্ পদা য়ুমজাউতাবসু য়াওনবা হায়নখি। হেরাচন্দ্রগি রাফমদা য়ুমজাউতাবা য়ানীংখিদে। মরমদি মতমসিদা ওইরিবা হেবাচন্দ্রগি ফিভমবু মহাক্না থাজখিদে, অতুমক্পু য়ুমজাউতাবনা মশা কঞ্জনবা পুবকপা শগোল্ ২ কবাক্ থাং ৫ অমসুং নোংমৈ ৩ দি হেবাচন্দ্রগি কাংবুদা পীখি। মহাক্না পামজবা ঔরা সেনাপতিদা চংজরগা মনিপুবগী লৈবাক্ মপু ওইনবগি রাখলদা মশামক্ ঔরা সেনাপতি কনেটনদা চংজখি। ঔরাগি থৌইনশিন অমসুং য়ুমজাউতাবনা ঔরাবু থাজবা মীশক্ ওইনা উংনবগিদমক্ হেরাচন্দ্রবু ফানবা থৌরম্ লৌখংখি। মহাক্না ঔরা লাম্মী ২০০ গী

তেঙ্গোল অমা শগোল্ ৪০, নোংমৈ ২০গ লোয়ননা পুত্নুা সনা হেরা-চন্দ্রবু থিরকখি। খোংফমসিদা হেরাচন্দ্রগা যুম্জাউতাবগা হৈয়েল্দা থেংনহনা হেরাচন্দ্রগি রাফমদা যুম্জাউতাবা নাম্বোকপা ঙমখিদে। মখোয়নি মীচং ওইনবগি অয়াবা যুমজাউনা পীহুনা মহাক লোয়নরকপা ঔরা ২০০ হাৎতোকখি। চহিসিগী ইংঙা ৭নি নোংমাইজিংদ হেরাচন্দ্র-যুমজাউতাবা পুন্দুনা মখোয়গী কাঙবু ইম্ফালদা লাকখি। অতুগ হেরা-চন্দ্রনা লুচিংব কাঙবু অমা মোইরাংখোমদা অমসুং যুম্জাউতাবনা লুচিংব কাঙবু অমনা খোম্বীদোক্ত তেঙ্গোল শারগা ঔরা থেংননবা লৈখি।

অসুম্ন য়েক্নবা ঔরাশিংবু কংলৈপুংদগি তাম্বোক্নবা চথরকপা লাল-লোংদ, হেরাচন্দ্রগি লৌশিংন অহাম্বদা মৈতৈ লান্মীশিং অশোংব উনা মরক, উথক্ত লৈরগা য়েক্নবা ঔরা লাক্পদা থক্তগি চোংথরগা ঔরা হাৎপ হৌদোকখি। লাল্লোং অসিদগি ঔরা পুন্নমক লাল্ চংপদা উথক্ত মৈতৈ লৈত্রা হায়না য়েংয়েংহুন চংনখি। মসিদগি ঔরাবু মৈতৈনা 'ঔরা নোংদোন য়েংব' হায়নখি। মথং লাল্লোংদনা মৈতৈ লান্মী অয়াম্ব নারক মোংসোংদা লোৎহুনা লৈরগা নোংদোন য়েংহুনা লাকপা ঔরা লান্মীশিংবু তক্না হাৎখি। অসিগুম্ব অরোম্বা লাল্ হৈবদগি হেরা-চন্দ্রবু "ডাকু নিংথৌ" হায়না খংনখি। ডাকুগি লুচিংবনি হায়খি। হেরাচন্দ্রগী কাঙবুনা গরিল্লা লালঙং শিজিন্নহুনা ঔরা মায়থিব পীরক্নবদা মনিপুরদা লৈরিবা ঔরাশিং কন্নবগিদমক্ লান্মী ১০,০০০ (লৌশিং তক্না হায়) গী অচৌব তেঙ্গোল্ অমা সেনাপতি পথানউন্না লুচিংহুনা মনিপুরদা থোমজিল্লকখি। মখোয় অহু হিয়াঙ্গৈ থাগি ১৬নি পানবা লৈবাক্-পোক্পা হুমিত্তা ককুচিংদ থুংলখি। হুমিৎ তনিগী মতুংদা পথানউনগি লান্মী তেঙ্গোল্ ইম্ফালদা হায়গংলক্পদা হেরাচন্দ্রনা লুচিংব মৈতৈ লৈম কনবা লূপকি লাল্লোইশিংগা থৌবাল্ চীঙমাঙ (তোমচীঙগি মাইরিপোক্ লোম্দা ওল্লিবা চীঙগী মমাঙ) দা অকন্বা লাল্ শোক্লখি। লানফমসিদা

ঔরাগি লাম্মী য়ামখিবা, থুংলাই ফবা হেনখিবদগি ঔরানা লাকচখি। অসুম্না থা ৮ চুপ্প অকম্ব লানফম কয়া মায়োক্নরম্বা নীংতম লাম্মী-শিংগি মৈরি মতম খরগীদমক মুৎখি, হেরাচন্দ্র অমসুং য়ুমজাউতাব-নচিংব লুচিংবশিং কাছাড়দা চেন্‌খি।

সনা হেরাচন্দ্রগি ইরাং নেমথপ্রবদা ঔরা সেনাপতিনা মনিপুর ওারুবা শ্রীহুঈত্রোম্বা সুবন্ লাইফম্ লাকপদা শিন্নখি। সুমিতু চহিত্তুগি ফাইরেন ৯ নি নোংমাইজিঙ সুমিত্তুগিনি। মতম্‌সিদা হেরাচনত্রনা য়ুমজাউতাবদা শিন্নবা-হায়নবা য়াবা রা হায়রম্নগা মনিপুর অমসুং মৈতৈ লৈমগিদমক খন্‌বদা কাছাড়দা লৈব ঙমত্রহুনা মনিপুরদা থোক্নকখি। অমুক হন্ন ডাকু তেঙ্গোন্ শেমগৎখি। ঔরা অমসুং সুবনগি অচেংব তাঞ্জা য়েংহুনা লৈখি। ঔরা সেনাপতি অনী পথান্‌উন্ অমসুং কনেউন্‌নচিংব ঔরা তেঙ্গোল খরনা ইম্ফাল থাদোকখিবা মতুং হুম্নীচনবা ফাইরেন ১২ নি য়ুমশকৈশদা হেরাচন্দ্র অমসুং মাগি খুৎপুগ সুবনগি কাঙবুগা লান শোক্নখি। ফাইরেন ১৪ নি ঈরাইদা য়ুম্‌জাউতাবা কাছাড়দগি থোক্নকুনা মাক্‌লংদ থুংলখি য়ুমজাউতাববু ওক্‌পা মাক্‌লংদা হেরাচন্দ্রগি কাঙবু অমসুং হুইত্রোম সুবনগী কাঙবুসু থুংলখি। মায়কৈ অহুমগি লুচিংব-শিংনা পুন্ন খন্নরগা মনিপুরগী মনীংতম্ব নিংথৌ ওইনবা সনা য়ুমজাউতাববু খনখি। ফাইরেন ১৬ নি নোংমাইজিঙ সুমিত্তা মথোয় পুন্না কংলা কোম্নুংদ চঙহুনা য়ুমজাউতাববু নিংথৌ হাপখি। অসুম্ন সনা হেরাচন্দ্রনা ঔরাগি মথুত্তুগি মৈতৈ লৈমবু কন্দুনা মনীংতম্ব মনিপুর অমা ওইম্নবা শকখিবা রাশক্ অমসুং পান্দম্ ফংত্রে। শক ১৭৪২ ফাইরেল ১৪ ইরাই, খৃঃ ১৮২১ ফেব্রু'মার্চতা থোকখিবা থৌদোক অসিনা হেরাচন্দ্রগি রাশক্ মপুং ফাজপ্রবসু মৈতৈ লৈমগী পীরাং পীফমদি কোক্‌খিদে। শক্ ১৭৪৩ থোকচোম্ খুল্লিংগি কুম্ শজিবু ২৬ নি শগোন্‌সেনদা কাছাড়দগি থোক্নকপা ইকুশি গম্ভীরসিংহগি কাংবুনা য়ুমজাউগি মহুৎশিন্দুনা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীরসিংগি ওইখি। মতাংসি চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্ন পাল্লি,

"মোইরাং খেলেম্বকি কুম্‌তি শোক ১৭৪২" ফাইরেন থা ১২ নি য়ুমশকৈশ ডাকু নিংথৌনা থুংখোমহনা। লাইফম্‌ লাকপগা শোকনৈএ। ১৪ নি ঈরাইতা ম্না য়ুমজাওতাবা মাকৃলং তাইএ। ডাকু নিংথৌ লাইফম্‌ লাকপা ম্নবন ২ মাস্থ্‌ ইবুংশি য়ুমজাও তাববু ওকলুই। ১৬ নি লংমাই-চিংতা কোম্নুং চঙএ। ★। সনা য়ুমজাওনা নিংথৌ ওইএ। .. থোকচোম্‌ খুল্লিংকি কুম শোক্‌ ১৭৪৩ . শজিফোই থা ..১৬ নি শগোলসেন্দা ময়াং-লমদগি ইবুংশি গম্ভীরসিংহ থোক্লকুনা নিংথৌ ওইএ। মচা ইবুংঙো য়ুমজাওতাবদি ঔরারম্‌ চঙ্‌খিয়ে।"

সনা য়ুমজাওতাবনা ঔরা য়ৌগ্রব মতুং মেরা ২১ নি লৈপাকপোকপদা ঔরা নিংথৌনা ইবুংশি জয়বু নিংথৌ হাপ্লগা ঔরা তেঙ্গোল পীহনা মনিপুবদা থারকৃখি। মেরা ২৫ নি থাঙ্‌জা নুমিত্তা মহারাজ গম্ভীরসিংহ মনিপুর থাদোক্তুনা কাছাড়দা চঙখি। জয়না লৈবাক্‌ ঙাকহৌই, ঔরাগি মখাদা অমুক লৈখি। মতুংদ জয়সিংহদগি যদুসিংহনা অমুক্‌ নিংথৌ ওইদুনা খৃঃ ১৮২২ দগি পানখি। খৃঃ ১৮১৩ দা মৈদিংঙু রাঘবসিংহনা অমুক্‌ নিংথৌ ওইখি। মখোয় পুম্নমক ঔরাগি হংলাই ওইখিবনি। মথংদ নোংচুপ লম্‌গাইঙম্বা ভদ্রসিংহনা খৃঃ ১৮২৪ দা নিংথৌ ওইনা লৈবাক ঙাক্লি কাছাড়রোমদগি গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচানমনাওনা লুচিং-হনা ঔরা তাম্থোকপা হৌরকখি। মনিপুরগি মরৈবাক মুংশিবা মীয়াম্না তেংবাংহনা খৃঃ ১৮২৫ ইঙা ২৬ নি নোংমাইজিংদ শ্রীযুৎ চিংলেন নোংত্রেন খোম্বা গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইখি। মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা সেনাপতি ওইখি। মসিনা মৈতৈ ঔরাগি অথোইবা লানফম্নী। মসিদা বৃটিশ সাহেবশিংনা গম্ভীরসিংগি মতেং পাংখি। অম্নুম্না ঔরাগি চৈথেংদ মনি-পুরগি চহী ৭ খুন্তাক্‌পগি বারী লোয়শিনখি।

মৈতৈ নিংথৌগি ফম্বাল্‌ মিহৌদবা, মমালৈবাক্ল ঔরাগি মীথা পোন্দু লৈবা অমসুং ঔরাগি মীৎৎ মীনৈদগি কম্লবা ওমজবা থৌনা পুম্নমক শিজিন্নখিবা সনা হেরাচন্দ্রদি মৈতৈগি চৈথারোল্‌ কুম্বাবদা ময়েকশেংন চনবীরমদ্রে। শুপ্নগি তাকুনিংথৌ ( হেরাচন্দ্র ) হায়দুনা

মতেক থবলদং পনবিরম্লিবা মরৈবাকনীংবা অথৌব অসিগী মশক্ খঙবা রাই। অদুবু অতৈ লাইরিক অমসুং রারী রাখোঙদগী ফংজবা মতুংইন্না সনা হেরাচন্দ্র খৃঃ ১৮২১ মে থাগি অহানবা থাখাই নত্রগা গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ফম্বাল য়ুম্জাউত্রাবদগি মুনখিবা মতমসিদগি পঙুথেং থেংদনা তাইবঙ চেংজেন লোম্খিরমগনি থাজনৈ। হেরাচন্দ্রগি মনাই মুপী লোয়নবী অনী য়াইখোম্ চনু অমসুং উসম্ চনুনা মচা ইবুংঙো অমমম্ পোকখি। য়াইখোম চনুনা ইবুংশি ম্বাজয়সিং পোকই, উসম্ চনুনা ইবুংশি চুহিলজিং পোকই। লাইবক্থিবদি মচা ইবুংঙো অনীমক্ ঈ তাখিদ্রে। ধারা খমথ্রে। সনা হেরাচন্দ্রগি পুন্সিগি অরোইব শরুক্তি মৈতৈ লৈম মনাগিদমক্ নিংথৌ মচা অমা ওইনা কংথোক্পা নত্তনা অতৈ করিশু লৈছৌদ্রে।

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবনা ইবিরিবা "ডাকু নিংথৌ (হেরাচন্দ্র)" উপন্যাস অসিগি থোইদোকপদি পণ্ডিত অচৌবনা থেংনখিবা মৈতৈ নিংথৌরোন্গি ফম্বাল রাথোক্ অমসুং চহী ৭ খুন্তাক্পগি অহকপা রারীদগি সনা হেরাচন্দ্রবু চিংখৎপনি। সনা হেরাচন্দ্রনা মরৈবাক্ মজাতিনা অরাবা তারুবদা নিংথৌ খুভম্ পামলুদনা মরৈবাক কন্নবগিদমক্ চেংথোকখিবা। মশাবু মরৈবাক্কি পোম্বা ওইনখিবা, মরৈবাক নীংবগি অরাংব ফিদম্ অদুবু মৈতৈ মচা পুন্নমক্কি খঙ্ফম্ থোক্পা অমসুং তমজনিঙাই ওইবা মশক্কি হায়না পণ্ডিতনা উংনীংখিব্রা হায়না নীংজে। মরমসিদগি ডাকু নিংথৌ হেরাচন্দ্র ইবিরম্বসি পণ্ডিত অচৌবগি থোইদোক্পা খুন্দোল্ অমা ঐখোয়দা পীবিরম্বনি লৌজে।

লাইরিক অসিগি থোইদোক্পদি মনিপুরনা চহী ৭ খুন্তাকঙৈগী মমুংদ থোক্পা রারীদা পণ্ডিত চন্দ্রসিংগি নীংখিজবা খুংকোঙদোক্ অমসুং চেক্শিন্ন ইবগি মমি নীংথিনা তারি। মসিমক্ মনিপুরী সাহিত্যদা পণ্ডিত চন্দ্রসিংহ অমসুং "ডাকু নিংথৌ (হেরাচন্দ্র)" উপন্যাসকি মফম্ অমা নৌন হেনগৎলগনি নীংজৈ।

ব্রহ্মচারিময়ুম কুলচন্দ্র

STATE LEVEL COMMITTEE

# Pandit Chandrasing Centenary Celebration

( 1994—1995 )

IMPHAL--795 001

| | |
|---|---|
| R.K. Jhaljit Singh | President. |
| Nilbir Shastri | Vice-President. |
| Dr. G.R. Sharma | Secretary. |
| Ng. Iboton Singh | Joint Secretary. |
| A. Chitreshwar Sharma | Treasurer. |
| Dr. M. Kirti Singh | Members. |
| K. Tejmani Sharma | do |
| Kh. Chandrashekhar | do |
| B. Kulachandra Sharma | do |
| Dr. N. Birchandra Singh | do |
| L. Ashokumar Singh | do |
| G. Gunamani Sharma | do |
| M. Narendra Singh | do |
| H. Amujao Sharma | do |
| Kh. Saratchandra Singh | do |
| Ashok Roy Choudhury | do |
| Ksh. Rameshwar Singh | do |

# ডাকু নিংথৌ

## ( অহানবা পন্দুপ )

কুম্ গি নাকেন্থান লোইশ্রবা মীওইবন পুক্নিঙ নৌজব, অরি-অনৌ শিন্নবা মতম্ লমতা থানি। অরিবা উনান কেন্খ্রবদ অনৌবা য়েন্-নিঙুন থোংনা নৌন চোংতুনা তাইবঙ্ পুক্নিঙ্ শুম্বা মতম্নি। চীঙ্দ লেপ্লগ তম্দ য়েংবদ খুংন লাম্বা ফংগদবোই মনিঙ্বা, তম্দগি চীঙ্-লোম্দ য়েংবস্ু খুংন পায়বা ঙম্গদগুম্ মখম্ব, হাকুম্গি উখুঙ্ মৈচাক্ খাক্ন লমদম্ অচুগী অহল্ শাতুন চীঙুন লেম্ন ফম্লগ হানৌন কোয়ন লয়তুন শঙ্করিব মতম্নি। মালেম নৈমন অনৌবা ফিজোল্ হোংতুন অনৌবা শক্‌ফম পুতুন তাইবঙ্ ঈরাং হওহন্বা. নুবা-পাখং খৈবিক্ন পুক্নিঙ্ মকা লান্জবা মতমনি। অহল্ ওইবন কোয়েং তোলোক্ নাইন য়েত্তুন থোবেং লেংকন্ নাইন নৈরাং নাপদ থেংতুন চংথোকনিঙ্বা মতম্ হন্ন মালৈ কারনী নুপীন মপারি মনেম্গি মতৌ য়েংবদ হরাউ মথোই কার মতম্নি।

তাইবঙ্ পান্বগি জীবন পুনসিগি লাল্ফম্ থেংনব, য়েংন য়েংন চংলম্বা অঙানবন লোইজীঙ্ চীয়েঙ তম্খবে। নুংথিল্ চাকতাবা জীবন মরাল্ লমদম্ পাংলক্লে, পোশ্বী চেক্লা অপুম্ব মতম্ কোয়ন্ থিবক্লে। অহিং চাক্তাবা জীবন মচিঙ্গাক্ থিব থোক্লক্লে। নুংথিল্ চুপ্প নুংশা মৈশা খাঙ্লম্বা উনা-রানা অপুম্বা নুমিদাং রাইগী নামিব নুংশিংন অনৌবা থরায় পীব মতম্নি। মনিপুরগি অরাবা মতৌ য়েংবদ শাউখিবন মমিং কোবি কাত্তুন অঙানবা মতৌ নীরু নীরু লোইজীঙ্ চীঙ্দোল্দ হন্ন য়েংলম্লগা অশাউবন হেন্খিবন তাইবঙ্ থরায় য়েন্লম্বা সনাগি মহী খোম্জিন্তুন তাইবঙ্ পুনসি চেঙক্লেন্লগ লোয়নন লোইজীঙ্ মরুমদ

লায়থগ্রে। মালেম্ অঙানব লোৎখ্রে। মুংথিলগি মৈশা কিবন চীংগি নাপোম্দ হওজবী পামেল্ মরুম্ থুপ্‌চবী নোপ্‌ন নৌন খাড়্লম্বী, অনৌব নাপীশিংসু মালংবগি ঈথক্‌ন পুক্তুন কোয়ন চেন্দুন শাননরে। চীংয়াঙ্দ হওব পামেনন নাপী মতৌ য়েংতুন লয়ন লান নোম্জব হরাউজবা পামেন্ লক্ক নারোন্ মুংদ লোৎলম্ব চীংলম্বী মচা অতুন মমায় লূন লৈজব য়েংতুন চীঙ্‌দোঙ্ অমদ নীপা অম মভোম্মত তুমিনন রা ঙাঙ্‌দন কম্নমই। হানৌ লক্ক থেরু-খোয়ন চৎলিব লম্বী অত্থু য়েংলগ নীপা অতুন তপ্ন তপ্ন হায়রকই "ওস্থোক্‌পনি, তাইবঙ্ পান্‌বগি লীলা, করিস্থু লৈত্রব চীঙ্‌লম্বী মচা অসিন শুম্‌হৎতুন তাইবঙ্ পানবদ লৈরিব জীব পুম্নমক্‌পু মান পুনিঙ্‌ব মায়কৈদ পুক্তুন চৎলি। মাগী মতুং ইনবদ মুংঙাইব রাখল্ নত্তন অরাব রাখল্ ভৌনদে। হৌজিক্ ঐহাক্‌সু ঐহাক্‌কি লম্বীদ মহাক্‌ন পুক্তুন চৎলক্‌লি, চৎলি, চৎখিগনি।" অসুম্ ভৌন নীপা অত্থু মহাক্‌ন লৈরিব মফম্ অত্থু কাউখ্রে, মহাক্‌কি রাখলন লম্বী অত্থুগি মতুং ইনন চৎখিবন চীঙ্‌ন কোয়ন পন্‌শাব, উমংন সংন নিঙথিব, চীঙ্‌লোন্ কয়া লানথ্রব, লোক্‌তাক্—ঈকোপ্‌নচিংব ঈপাক্‌ন মমাম্ন লংন উৎতুন মনিপুর তম্পাক্‌কি নিঙ্‌থিব শক্‌তম্ উংলিব, লৈচিনন শাংথ-লেমথ তাতুন অরাবগি মায়থোং লোৎলিব মণিপুর তম্পাক য়ৌখ্রে। নীপা অত্থু মমাঙৈঙগি লৈচিনন পোম্মায় তুব ঈরৈন থলবব রাখল্দ লুপখ্রে। মহাক্‌ন হায়রকই "তাইবঙ্‌পানব, নঙ্‌গি লীলা অসীসু অঙক্‌পনি। অত্থুগ মশাগি য়েংব নহাক্‌কি নগুণ্ অসীসু ওস্থোক্‌প অঙক্‌প অমনি। মীওইবগি তেনথ্রব মতম্ অসিদ মশাগি য়েংবদগি অমগ অমগ য়েংথিনরিব, মচীন্ মনাও খৎনরিব, মপা মচা য়েন্নরিব মশাগি য়েংব নঙ্‌ন তৌহনবনি। ফম্‌পাম্বদগি মপা মচা য়ান্নব, মচীন মনাও চঙ্‌নদব, অশোম্বব্ নমহৎলগ অকম্বশিংন মুংঙাই-নরিব, অমন রাব উরগ অমন পেন্নরিব মশাগি য়েংব নঙোন্দগি ঙাক্তনি। মীওইব হায়ব ঐখোয়সীন অঙাংন মায়থুম্বী শান্নবগুম্ তাইবঙ্ লীলা

শঙ্ অসিদ মহাকৃকি মায়াগি মায়থুম্ কুপ্শিল্লগ মফম্ খঙ্দন শান্নরি। ঈখৌলাংলব শজিন লৈকংলাদ ঈশিং ওইন খন্দুন মুংশা তুরঙ্ তান্নবঙুম্ মীওইবন অরেপ্প লৈতব মন্নল্, মিং থরংগি ওইব ফম্নচিংবদ অচাউরম কাব তান্নরি। অমরোম্দ খমুনুং যম্ নিংথৌন তাইবঙ্ থরায় ফাগদবগি মুমিৎপু মুমিৎ খুদিঙ্ শীঙ্থারি। অসোন্-দদি খন্দন মশাগি ফিভম্ য়েংদব লৈবাক্কি চৎনবী য়েংদব কাঙ্বুন অচৌব খুভম্ তান্নবদ অতোপ্প মীদ নাপ্চত্নুন মপা মপুগি মগুণ মাঙ্হল্লি, মশাগি ঈজৎ য়োন্নরি। "মতম অতুদ" তাইবঙ্পান্বগি মুংঙাইব হায়বত্নু অসীরা? রারে রাঙমদে, চৎসি চৎঙমদে "হায়বা খোঙ্গেন্ অমন মহাকৃকি রাখল্ থুগাইররে। হন্ন য়েংখিবদ নম্বো পোব, মমায় মক্ক ফিভম কায়বব মখোয় মরি মঙা খোঙ্লম্বী অতুগি মতুং ইন্ন মরী মরী কাবকৃপ উরে। মহাকৃন ওন্শিন্তুন "কনা কনানো? অতুপ রান শোন্ববু কৃরি তৌরবগে?" হায়ন মী খঙ্দনব নারক্ক নাথৈতুন লোন্ন লাকৃপ মখোয়দ হংলুই। অমম্বদ লৈপুঙ ওইন নিংলম্ব অতুন নীপা অমগি খোন্ফম্দ হংলকৃপ অতু তাবদ মিপাইবন মফম্ মরাং খঙনদ্রব মখোয় অতুগি মরক্কগি নীপা অমন "হংলিব নহাকৃপু কনানো?" হায়ন ঈফিং ফিংন হায়রক্ই। মাতুদ নীপা অতুন ফিংগন্নু, ঐস্নু মীতৈনি। অরাবগি মরম খঙ্নিঙ্তুন তৌবনি" হায়না পাউথুম্খি।

নীপা অমন "ইবুঙো, মীতৈনি হায়ব রা অতুন হেন্নকিরে। মীতৈগি মথৌন খন্বদ ঐখোয় অসে মীতৈনি হায়গদব ঈকাইরে। মীতৈ হায়ব জাৎ অসী স্বর্গীয় গরিবনিবাজ মহারাজ সনা হাকৃথক্ ফাওবদি মীরৈবাক্ ঈমান্নবন মমিৎ অনীশুন য়েংব ঙমলম্দবনি। অতুবু মীতৈদ মমিৎন হংগৎন য়েংব ঙম্লম্দব ঔরান হৌজিক্ মণিপুব মথক মখা ওন্থ্রে। মীতৈন লাই মচানি খন্নরম্ব মৈতৈ নিংথৌ মচা পুন্নমকৃস্নু লৈবাকৃন রারব মতম্সিদদি মথরায়গিদমক্ খন্বদ লৈবাক্কি অরাব

উখিদ্রে। মখোয়বু ঐখোয়ন লাই মচাগুম্ন খল্লুবগি ন্না খল্লুবদ ঈশা ঈতোম্ত ঈকাইবন লৈফম্ খঙ্দে। ইবুংঙো, মণিপুরগি ফিভম্ খল্লুবদ তু চুংঈ, নিঙ্শিংবদ হুমাং কাংঈ। পোইন্নু থাদ ঔন্নান মীতৈ তম্পাক্ মৈ থাবদগি ঙসি ফাওব মী হাৎপদ মীতৈ লৈত্রবনি।

লৈরম্ব নীপা—তাদ, হৌজিক মণিপুবগি ফিভমবু কদায় য়ৌগ্রব-গে? ন্নারৌন্নু খঙ্দবগি হংবনিকো।

নীপা—ইবুংঙো, মণিপুরগি ন্না হায়তুনা কান্নদে। ঔন্নান ফাব কিবদগি মথাদ লৈজব অঙাং মমাগি মথুংতগি মুল্লগ মপান মচাবু নুঙ্পাক্ত হাইহংতুন হাৎপগি হালেংখিদ্রে। মমান মচা মুংশিবগি মৈচাক্ ঔন্না কিবন থম্মোইনুংদ পোমগংনতুন মাঙ্নরে। অথৌব পোক্পী মীতৈ লৈমনি। হৌজিক্তি মণিপুরদ নীপা হায়বতু অমত লৈখিদ্রে। ঔন্না অমতন মীতৈ লখা অমবু শঙ্ হোইবগুম্ হোইখিবদ কনা অমতন ন্না ঙাঙ্ব ঙমখিদ্রে। ওস্তোক্পনি, নিংথৌগি মশক্ খঙ্দ-বন নিংথৌগি ন্নাখন্ত তৌতুন লৈবাক্পু অম্পুপ্ ন্নাহন্বকো! ওক্লে, ইবুংঙো মখা তারগন্নু। ঐখোয়ন চৎকদব লম্ ন্নাংলি।

লৈরম্ব নীপা—তপ্থবিখোনে, ফিংমন্খ্রে। ঐহাক অসি লৈ-বাক্কি সেবা তৌজগে লৈব নীপা অমনি। মরম্ মুন্ন খঙ্জনিঙবগি তৌবনি।

অতোপ্প অমন—করিনো ইবুংঙো, মতম অসিদবু তপ্থব য়াত্রা? লৈবাক্কি সেবা তৌগনি হায়রগ নয়ুম্দ ফম্বা নহাক্পু কনান থাজগদগে? নঙ্সু লাল্ চেন্ব, ঐখোয়সু লাল্ চেন্ব। নথরায় হিংনবতুম্ চেল্লো। নহাক্কি থৌদোসে ঔন্নাগি মতাং মাল্লক্লে। ঈবুংশি জয়বু নিংথৌ হাপ্কনি হায়তুন মী খোমবমথৈ খোম্হল্লগ মীতৈ লখা অহুম্গ ঔন্নাদ হোইজিন্খি। মতুন নঙ্বুসু থাভব ঙম্দে। মখোয়গি মতৌদী হুপী অঙাং খাকাৎ শন্ ব্রাহ্মন নাইদে, অউ-অউব ফাব, অফং অফংব হাৎপনি।

লৈরম্ব নীপা—মত্তে, হৌজিক্ পুংণিপুরদ ঐরা থেংননব মী অসিবু শুপলৈমক লৈত্রবরা?

নীপা—কনিনো ইবুংঙো, নহাক ৱা য়াম্ন পেৎত্রেদা। নিংথৌ পাম্ব নিংথৌ মচামক্সু মথারায়গিদমক্ নারক্ উবক্ত লোৎত্রে হায়রে, অদুমক্তদ মীতৈ লৈত্রবরা হায়ব অসি করিনো? কনাবু চোংথোক্লক্কদগে? হিংলিব নহাক্মক্ নরাইবক্ ফবনি। খব হংলে, খর তাক্লে, মতুন ওক্লে। নত্তে, ইবুংঙোমকপু কনানো?

লৈরম্ব নীপা—হোয়দ, তমংলিব পাউদা অদুগ এন লৈবিব ফিভম্ অসীগ হায়গদবসি ঈকাই। অদুবু হায়দব য়াদবন হায়জব তাবে। এহাক ওম্পাক্ থাদোক্তুনা মফম্ অসিদ লৈব অসি চহী তরাবোম্ শুবক্লে। মহারাজ অহললাবনা চন্দ্রন নোংগাংথিব মতমদগি লৈবক্লবনি। নিংথৌ মচান নিংথৌগিদমক্ মপা মচা, মচান্ মনাও নুংশিনদব উবদগি কোন্থংগি ঈবাং থাদোক তুন খেংজাই খুল্ অসিদ লৈজবনি।

নীপা—ইবুংঙো, এখোয়দি ঐখোয় য়ন থেংনবক পথোংথোক্ অদুদগি কিননবন এখোয়ন উব পুন্নমক ঐরাং ওইন মথলে, ইবুংঙোবু মীতৈ ওইন খনগদ্রে। ইবুংঙোদি মণিপুরদ থোক্লিব পুন্নংকুসী কনি অমত খঙদ্রবোইবে।

লৈরম্ব নীপা—হোয়দ, এহাক্ন মফম অসিদ লাকপদগি মণিপুরগী ঈবাং অমত ওজদ্রে। হৌজিক্ থোক্লিব ঐরাংগি ৱাথোক্ অসীবু করম ওইবদগি থোক্খ্রিবনো? এহাক্তি মরম অসিদ হয়রবাং মনুংগি তীনগ চপ্ মান্নববনি।

নীপা—ইবুংঙো, মাসীগি ৱা অসী তম্বদ কয়া ফজব ৱা নত্তে, নিংথৌ মচান ওইববদি তাদদ কয়া হু ওইনম্মোই। অদুবু তমবদস্ত থোইদোক্তে লৈবাক্ পুন্নমক্ন খঙব্রব ৱানি। অহাইননি চৌবজিৎ মহারাজন নিংথৌ ওইব অসী মনাও ইবুংঙো মারজিংক মচীন মনাও

চহী মঙা মঙা পাল্লগ শিল্ওল্ শিনজিন্ নিংথৌ ওইনব হায়ব নিয়ম্ অদুগি মতুংইন্না ওইবনি। মনাওন যুবরাজ ওই। চৌরজিৎন নিংথৌ ওইব চহী মঙা শুরবদ মনাওন ফম্বাল্ থারো, মতম শুরে হায়ব য়াদবগি শাউবন মারজিৎন ঔরাদ চঙ্দুনা ময়াম্ব তান্থোক্লগ ফম্বাল্ কারে। মতম্ অসিদ মণিপুরদ চৌবশুম্ ঔরা লৈবাক্তম্বু মচীন্ মনাও নিংথৌ মন্নরে। ঔরাগা মারজিৎ মহারাজগ হায়নব মতুংইন্না লাল্ পাংনব হায়বকুপদ নিংথৌগি ময়াইন ঙায়নব রা শোয়দুনা মারজিৎ মহারাজন লাল্ পাংলুদ্রে। মতুংগিদমক্ ঔরা নিংথৌন শাউদুনা লাকপ লাননি। খঙ্দে ইবুংঙো, লাইগুকগি রা দশা ফত্তব শামু অম শিনদ হংঙাই দশা ফব লৌশিঙ্ নল্লি হায়দুনা মবাল্ লৈজদব প্রজান অরাব ভারিব অসিনি।

লাল্ চেল্লকপ নীপা দুগি রা তারবদ মরৈবাক্কিদমক্ মথরায় মুং-চুইতন লৈরকুলব হেরাচন্দ্রন মরৈবাক্কিদমক্ মথরায় কংনব মতম ঙাইরকপদু মতাং চাবরুবরা খল্লি। মহাক্কি মতুংইনব শিকম্ চাক মফম্ থিরিব, অরাবত থেংনগা ঙাইবিব স্বপনাথ্, লবঙ্গ শ্যাম্, খম্ব, অমু হায়ব মখোয় মঙা লৈবি। মখোয়গী রাখন্দ থরায়মু ঈপাক্ত চাউব কোঙ্গেনশুম নোংম নত্রগা নোংমদ মুংখিগদবনি খংদাকপ, অদুগা শিক্লপ্ অমদ মাঙ্খিগাদব মফম্ খঙদবা থরায়ন নোংমৈন পূবগুম্না মুংঙাইতব রাখন্ন ঙাওদুনা হেরাচন্দ্র মনাইশিং নাল্চেনব কচবু অদু পূদুনা মযুম লোমদ লাকলে। পামেল্ পরেংন কোয়ন হংগরিব চাওদুনা অনিগি খাইখিব খোঙ্লম্ মচা অমদ চংলকলে। থর চংলগা তুমনৌন কুঞ্জ পূয়লাগন খাব রুম অমদ চঙ্লাক্লে। য়ুম অসী পীকচরবসু তরু তরুই, কা মরি লৈ। চাঁঙ্থেকং লৈবগি মরেপ পঙ্রাং রাংদে। মহাককি য়ুম অসী হেক্ চঙ্বদ মীপূম্নমক্ অরাব কাউদুনা মুংঙাইবগি তম্পাক্ত ইঙ্ন লৈব ঙাই। য়ুম অদুদ হেরাচন্দ্রগ মনাই নূপী সত্য-বতীগি মখোয় অনীত লৈ। মখোয়গি ঈমুং অদু অচৌকপ ভাইঙ্বগি

রা নত্তন কোন্নুংসি ঈরাং, অচাউরম কাবগি অরাংব রাখল্ লৈতে। লাল্ চেল্লকপ মখোয় অহু য়ুমহু য়ৌবদ অরাব কাউহুন নুংঙাইন পোৎথানগ্রে।

সভ্যতাগীন লাক্লিব ময়ামগি চানব হোৎনখ্রে। হেরাচন্দ্রন মখোয়-গি মপূক পেন্নব রার্বী শারি—তাদ, হৌজিক্তি রারী শাব নুংঙাইনব শক্ খঙ্নব চুম্লে। তাদখোয়বু করি লম্দগিনো? ঈমুং অমতগি মীরা?

নীপা—ইবুংঙো, নম ই ঐখোয় খোমিদোক্তগিনি। ঐন কোন-সম্নি মুহোন কৌই। অহুগ ঈনাওসীন মাইবম্নি তোম্ব কৌই। নীপামচা অসীন ঐগী ঈচানি। নুপী অহল অসীন ননাইগী ইমুংনি। অমসিন ননাই তোম্বগী ঈমুংনি।

হেরা—কোন্নুংদগি অদূপ্ মকুন লৈরগ তাদখোয়ন নাম্বোক্তুন অসি য়ৌবক্লিবসী করম্ম নাম্বোক্লক্লিবনো?

মুহোন—লাইন তম্ব হায়ব অতুনী। সনাখ্বাসু মতম্ অমদ তাবি-বক্তনি, মণিপূরদ ঔরাগি মিংয়েং হায়নহৌঈ। মাদূদি ঔরাশিং অসী লৈপাক্ মথা য়েংন চৎত্তে, নোংদোন্ য়েংন চৎপন নাক-য়েৎত লোংপ মী উদে। ঔরান মীতৈ ময়াম্ খোম্খিবদি মীতৈ ফম্ পাম্ব কাঙ্বুন খোমখিবন অয়াম্বনি। ননাই ঐখোয়দি মীতৈ য়াওদব মতম্দ লীংথজবন মকম্সী য়ৌজরকপনি।

হেরা—য়েংবিয়ু, অসীমক্ শ্রীগোবিন্দগি লীলানি। তাইবঙ্ পান্-বগি মায়াগি মায়থুম্ কুপ্পুন, অঙাংন মায়থুম্বী শান্নবগুম্ শান্নরিব লীলা অসিদ অচাউবম্ কাব, মশাগি য়েংব শাগি শাজৎ চৎপ মখোয় অসীতন অমগ অমগ খংনদূন অসুপ্ নুংঙাইব তাইবঙ্ পান্ব অসিবু শাগি লৈবাক্ ওইহললিবনি। মখোয় অসীবু লৈত্রবদি তাইবঙ্ অসিদ

মপা মচা য়েংথিনরিব, মচীন মনাও য়ান্নরিব পূন্নমক্ অসী লৈরোই-দবনি। নিংথৌ খুভম্ মুন্নবদ মীচঙ্ মীচঙ্ নাইনদূন মরাল্ লৈজদব মী কয়াগি পুন্শি অরেম্বদ মাঙ্হল্লে। পাবুং চৌরজিৎ মারজিৎ অনীগি নিংথৌসীবু লীলাগি নিংথৌদগি করি হেল্লিবগে? রাম্লীলাগি রাম্ শাবদ লীলা মন্নুংদ "প্রভু রঘুপতি" হায়রম্লগ লীলা হেক লোইবদ 'তাদ' হাবত্নগ মহারাজ অনীগি নিংথৌ মথৈসীগ করি খেন্নবগে? হৌজিক্ মহারাজ অনীবু ঐরা কনান নিংথৌনি হায়বিরিবগে? চফূ কায়রগ হুয় হবাউঈ হায়দূন মচীন্ মনাওন নিংথৌ মুন্নরগ ঐরান মণিপুরদ মপু শাহুন নুংঙাইরি। মীতৈ ময়াম্ন অকায়ব চফূগি চাক্ ওইরগ হুয়ন চাবগুম্ ঔরান খোঙ্নেংনবদ রানরি। তাদ, ঐগি রাশক্তি নিংথৌ ওইব পামজদে, থম্নাদ পক্প ঈশিংন মফম্ খঙ্দন মাঙ্বগুম্ মাঙ্খিগদব থরায় পাম্মুদে। উৎ ওইন মাঙ্খিগদব পোল্ ওইব হক্চাংবু পাম্মুহুন ঐন লাক্পগি ঈথৌ চৌরম্দন হুনখিবস্নু পামজদে। অহুন অঙম্ব থৌদাং পাংথাক্লম্ব হায়বসি ঐগী রাশক্তি।

অসি হায়রম্লগ হেরাচন্দ্র মী উনবা চংখ্রে। সত্যবতীগ লান্ চেল্লক্প মুহোন্খোয়গ লৈহোরে। মুহোন্ন হু হখি "ইবেম্ম, ঐখোয়গি-দমক্ খর রাবিরেদো। ননাই ঐখোয়ন চরা ৩/১ চারক্তবগি রাবন লেঙ্ব য়াদ্রবনি। অহুগ ইবেম্মগি থবক্ত পাংজগদবস্নু পাংজব ঙম্দ্রে। ইবেম্মখোয়দি মী অনীদ লৈবনি, ঐখোয় মঙান নৈবদ রাই খর চিন্ব তারেদো।

সত্যবতী—তাদ, মদোম্দ খনবিরুগনু। ঐখোয়ন পাম্জবদি মী য়াম্ন লৈবনি। অহুগ সনাখ্বাগি সনা পুক্তিঙ্দ ওসি তাদখোয়ন পুরক্প পাউ অসী মমল্ য়াম্নবনি লৌবিরি। সনাখ্বান পাউ অসি ঙাইথকপা কুইরংবনি। মতাং অসীদ ঐগি য়েংব মতম্ নত্তে, অহাউ হাউং খায়দন অরৈব খর চামিন্নব অহুতনি। শ্রীগোবিন্দগি থৌজাল লৈরবদি ঐখোয়গিস্নু মতম অম শোয়দন লাক্খিগনি।

মুহোন্—সনাখ্যানা লেঙখ্রিব অসী কদাইদনো?

সত্যবতী—তাদ, সনখ্যাগ ৱাশকনব মখোয় মরি মঙা লৈরি, মখোয়দু উনব লেঙখ্রিবনি।

মুহোন্—সনাখ্যাখোয়ন অসিদ লেঙশিনবসীদি করিগিনো লাল্লী ৱাশকনব অম লৈদ্রুন লৈব ওইবরাই। নৎত্রনদি।

সত্য—মাননি তাদ, মীতৈ লৈমগী মফম খঙদন অয়াব পীবসি কোক্কুব লম্মল শিনেব ৱাশকনি। ফম্ পাম্বদগি খুং খোমত্তুন লৈবাক্ত অরাব পীবগি লম্মল্ খুনবনি। ইন্দক্ তাদগায়ন পুবক্লিব পাউ অসী সনাখ্যাখোয়ন পায়না লম্ অত্তুমক্ থোক্কি। নিংথৌ পামত্তুন মীরৈবাক্তগি খুং খোমত্তুন ঐরান মীৎবু নৈব অসীনক্ সনাখ্যাখোয়ন মীতৈ লৈমগি অরাব কোক্কুব লম্মল্ শিংফম্ থোক্কুবনি।

মুহোন—সনাখ্যাগি মীবু কয়া য়াম্না লৈবগে? ঐরাগি মী ময়াম্ অসিদ সনাখ্যান খুং য়াওদন মকোক্ ওইকদে মায় পাক্পা রাগনি: মণিপুর অপূম্বন থেংনব ভম্নবব ঐরা তেঙ্গালবু সনাখ্যা খোয়গি মঙা হরান করি তৌকগদগে? লোক্তাক্ত থুমপাক্ অম থাদরুবন করি তৌনগনি?

সত্য—ঐরা তেঙ্গোল্ অদুবু কয়া য়াম্গ্রদন থেংনব য়ারোইদৌরি-বনো? ঈপা ঈপুন হায়নব 'ভাখা শঙবাই অমবু শূবল্ অমদ শুগাই' হায়ব রা লৈ। সনাখ্যাখোয়গি মী অসী পুক্চেল্ তিন্নদ্রবদি খঙদে। মপু মনাই মখোয়ন পুক্চেল্ লীচিং অমতদ চঙখ্রবদি মতুং ইনব মী থাৎলোই, অতুগ ঐরাসু পুঙয়াল্ লেপ্প ঙম্লক্লোই। খনবিয়ু, চীঙদ মান্দ লোংলিব মী পুন্নমক্ সনাখ্যাগি ওইরক্নি। তৌববুদি মী য়াওদনদি করম্না লাল্ চৎকদগেদো।

মুহোন্—খঙদে, মীতৈ হায়ব অসীন মভাত তিন্বদ মকোক্ ওই-নিঙবন তিন্নব য়াদবসিদ হায়জবনি। অদুবু নত্রবদি মীতৈবু লাক্চগদব

কনা লৈবগে? ইবেম্ম, ঈবুংন কিবদি সনাখ্যাগি থৌগল্ তৌরম্লগ খুৎদোংচাব অম ফংবদ মকোক্ ওইনিঙ্ব য়াওরকপ খন্দুন হায়জবনি।

সত্যবতী—চুম্‌ঈ তাদ, মাতুম্সু খন্দব য়াদব ব্রানি। ওইবঙ্ পানবদ লৈরিব জীবন মকোক্ থোংব পান্দব লৈতে। নিংথৌ মচান নিংথৌ পাম্‌ব, অইেন অচৌব কম্ পাম্‌ব. লায়রবন শেল্ পাম্ব, অতোন্‌বন চাউনিঙ্ব অসি মশান চেন্‌নরক্লবনি। ঐখোয় ওইবঙ মীওম্সু নত্তে, শম্মুক্‌ন মচী ফেং মখোঙ্ হোৎতুন খোংলি, লাউরিব অসিসু মকোক্ ওইনিঙ্‌বগিনি। শঙ্গোন্ মশেন্ কাওনা, শাম্মু মশেল্ য়াথিন্নবসু মকোক্ ওইব ওন্নবনি। মাসিগি রাখল্ অসি লৈতবদ মীওইবদ ওম্‌লোইদব লৈতে। পূক্‌চেল্‌বু মান্নরবদি পীকব ককুচেংন অচৌব ওীস্তাক্ লায়ন পূই। পীক্‌ত্রব লৈশৌ মচান চাকুপদ লেপ্তবন চাউর চাউবব য়ুম্ উ উং ওইন তাই। সনাখ্যা খোয়গি কওব্রু অসিদি কম্ পাম্‌দে, শিব কিদে, অরাব খঙ্‌দ্রব কাঙ্‌বুনি। মখোয়গি রাকনুতি মীরৈবাকুন মরৈবাক্ মাঙ্‌হনবদগি কন্‌বনি।

মুহোন—ঈবেম্মন ডাকুদিরিব অদু ওইবদি থেংনব য়াগনি। ওম ওমদবগি রান অমনি। অদুগ ঈবংন হায়কবন নিংথৌ মুম্নবগি রাথোক্‌ত ঈরান খুৎদাংচাব লণ্ডন মণিপুরন অসি য়ৌন রারিঙৈ অশিদ ঈবুংশি জয়োন নিংথৌ ওইনবগি মীওই নয়াম্ খোম্‌থিব অতুদগি হায়জবনি। কনান খঙ্‌গনি, মীওইবগি পূক্ শঙ্গম থুম্ব পুক্‌নি। অপাম্বন খুদুং, চনব মী য়াওরম্‌দুনা তাঙ্গা চান য়েংলক্ত্র খনজকবনি।

সত্যবতী—চুম্‌ঈ, তাদব খসলিবত্তু খনকন্ খোকপ রাকমনি। অতুদ সনাখ্যাখোয়গি মী ও অসিদি অতুম্সু মীদি য়াওদে। মশক্ খঙ্‌নবগ লোয়নন পূক্‌চেল্ খঙ্‌নরব ডাকুনি। সনাখ্যা জয়োন তৌথ্রিব থবক্ অতু কনাগুম্বনদি মরাইবকুন ওম্বনি হায়রম্ব য়াই। মাসীগুম্বসিদ নচন্ন হায়নিঙ্‌বদি লাইবক্‌ত ইম্থোক্‌প হায়বসি অয়ম্ব মীগি রানি।

সনাখ্যান নৈবাক্কি য়েংব, মরৈবাক্ মুংশিব মী ওইরম্লবদি ঐরান য়াবিনব মীতৈ খোম্লোইদবনি। মীওইবগি লাইবক্ হায়ববু লহাম্মুক্কি মপোক্ত মা-মানা তৌরক্প থবক্ন হন্দক্কি মপোক্ অসিদ লাইবক্ ওইরবনি। মথৌ খঙ্ন চংপ নীপান লাইবক্ত ভস্ব কক্প ভম্ঈ। মথৌ তৌদব নীপাদ লাইবক্ন লাক্তুন পীরব হঙনদে। লাইবক্ত ভস্ব লাক্কনি হায়তুন কন্দুন লৈরবদ করিগু লাক্তে।

অস্তুম্ তৌন মপু মনাই রারী শারিবৈদ হেরাচন্দ্রনচিংদুনে সুপথাথখোয় চঙ্লক্লে। সুপনাথ্ন ফম্থবগ মুহোন্দ হায়খি। "ঈনাও, হৌজিক্পু ঐরাগি থিভম করম্ তৌহৌরিবগে? অতুগ লাল্লোঙ্ন করম্ তৌরিব?"

মুহোন—হান্ঈবুংঙো, হৌজিক্ ঐরা লাল্ লেপ্হৌরি। মখোয়গি মী অয়ান্ব চানব লৈহবদগি চীঙ্খোঙ্ চীঙ্য়াদ ফৌখোম্ব চংহৌবি। সনা পুয়ানচিংব মীতৈ লপা অম পুখিব মতুং অসী লাল্ মায়োক্য়ানব মীতৈ লৈহৌবন খুল্লক্ চঙ্দন মী তান্নহৌরি। অতুগ মখোয়ন ফৌখোম্ব চংপদ য়ম্লব, মী কায় চংপদ য়াম্লব লাল্ মচা মচাদি লেপ্ল লৈতে।

ভবক্ত-সনাখ্যাদ ঈনাওখোয়ন হক্চংপদ মনিপূরদ নীপা অমত্ত লৈত্রে হায়ব অসীন করম্ তৌবনো?

মুহোন—মাদুগি হদি অসীনি। হৌজিক্ অসী মনিপুরদ লাম্গি দমক্ মাকোক্ ওইন চোংথোক্নব নীপা অমত্ত লৈত্রে। অদুগ লরায় থৌরাই, চাঙ্খোঙ্ চাঙ্য়াদগি হেন্ন হৌজিক মুন্ফাল্ মতুংদ অনম্ভঙ্ অকোয়বদ মী অমত্ত লৈহৌদ্রে। মীতৈ অয়াম্ব চীংদ মান্দ চেন্নখিবন ভম্পাক্তদি মী অমত্ত লৈত্রে হায়ব য়ারে। হৌজিক্ ঐরা লাল্ ওম্বগি মন্নাইন মী উহৌদে।

সুপনাথ্—হৌজিক্ ঐরা ভেঙ্গোল্ মণিপুরদ লৈরিব অসী কয়া-মুক্তি ওইগদগে?

মুহোন্—তাঈবুংঙো. মাহু ঐখোয়্‌ন হায়ব ঙম্‌জরোই। ঐখোয়্‌দি লোৎপমক্‌ত হোৎনবদ ঐগি লৈকাইগি ৱা ফাওব খঙ্‌ব ঙম্‌দে। পাউ ঈবাংদ তাবদি ঔৱা তেঙ্গোল্‌দি হুমিদাংৱাই পাইথোক্‌লক্‌প মূক্‌থ্রু-বীমুক্ য়াম্‌ঈ। মখোয়্‌গি মফম্ খঙ্‌দে মায়কৈ পুন্নমক্ ঔৱাগি ঔৱা ঙাক্‌ত লৈ। ঔৱা চাম চাম, কুন্ কুন্ মটি মচিদ চিক্‌পক্ চিক্‌পক্ লাল্‌চাব চৎপ তোক্‌তে। মখোয়্‌গি অচৌব লাল্‌শঙ্‌ন কোন্থং মন্নুংদ লৈরিব অহুদ ওইরি।

লবঙ্গ—মাহুগিদমক্‌তি ৱাবিরুগন্নু। ঐগিদ লৈব নীপা অশোয়্‌বত্ত থাগনি। মহাক্‌তি মাদুগিদনক্ পোক্লব মীনি। মহাক্ চপ্ চান অঙাওব ওইব ঙম্‌ঈ, ঔৱা লেল্ চপ্ চান হৈ। মশক্‌স্তু মশান অঙাওবদ লৈব মীতানি। মান ঙাঙ্‌বদ মী থাজহনব ঙম্‌ঈ, অহুগ শিশিন্নহুন মীগি মপুক্ লওথোক্‌প ঙম্‌ব মীনি। মখোয়্‌ন থাজনব মখোয়্‌গি মী ওইন ঔৱা মরক্ত চা—থক্‌লন মবাইন লৈতখিগনি।

হেবা—মাহুম তাদন শোয়্‌দনব শিন্‌খ্রো। হৌজিকতি মী হান্ন উনকরিসি। মীগি ফিভম্ য়েংলগ খুং থাসি।

অম্মুম্ হায়নরগ মখোয় হন্নখ্রে। নোংঙাল্‌লে, হুমিং হ য়গৎলক্-পগ লোয়্‌নন হেবাচন্দ্রগী য়ুমদ ময়াম অমুক তিন্নৱে। মহুদ হুপনাথন নোক্তুন—সনাখ্যা. হৌজিক্‌তি য়ুবিষ্টৰ মহারাজগি খোঙ্‌নী মবাই লুক্‌ঈ, থবক্ হৌব য়াদ্রি হায়্‌ব অদুদি তৌবগন্নুনি। লৈবাক্‌ন ৱারব মতম সিদ তুমিন্ন লৈথোক্‌প য়াদ্রে।

লবঙ্গ—ঈশাও ঈবুংঙো, মীতৈ মন্নুংদ চফু ঈৱাল্ কেংনবগুম্ কেংন-বদবু খোঙ্‌বী মরাই লুক্‌পনি। হন্দক্‌কি অসিদদি খোঙ্‌বী মবাই লুকপদি হায়রুগন্নু তিক্রি থৎপগুম্ তক্‌শিল্‌লক্লুগনি।

হেবা—মনাঙ্‌গি ৱা থল্লগন্নু মাম। লাল্ থৌরাঙ্ লোইরো। য়ামবুং জয়োগি ৱা তারেদনা? নিংথৌ পাম্‌বদগি য়ামবুংগি চীরোন্‌দগি ঔৱান মীতৈ লখা অমগ লোয়্‌নন পুখ্রে।

মেবঙ্গ--নয়াম্বুং ঈবুংঙোখোয় অহু অচাউবম্ কাব, নিং-মাংগি রাখল্ য়াওদব নীপানি। অদূন মশাগি য়েংবদগি তৌখ্রিবনি। সনাখ্যা খোয়হু অরাংব কাব ওাল্লবদি অনেম্বদ তাপক্কনি হায়ব রাখল্ তৌদব নীপানি। অওকপদি নিংথৌ খুভম্ মুন্নবগি রাথোক্ অসিদ নিংথৌগী রাখল তৌরিবসিনক্ ওস্তোকপ রাখন্নি। মরম্ অসিন ঐখোয়দি হায়নখিব রাশক্ অহুগি মতুংইন্ন লৈবাক্ কন্নব হোৎনবতাই। ঈপু ঈনাই ঐখোয়গি মী রাংলবোই। অহুনকপু হন্দক্কি লাল্ অসীদি ঈচেল্ কপ্প তুরেন্দ ঈবোইব মীবু অকম্ব ঈরৈ ঈথক্ ঈথিন্ন কাওদূন ঈবাক্নবগুম্ তৌগদৌরিবনি।

হেবা—মাহু কিহ্ন লৈব য়াদ্রে। হন্দক্কি লাল্কম্ অসী নীপা থোক্ল মায়োক্নন থেংনব য়াদ্রি। ঐখোয়ন তৌগদৌরিব লাল্ অসী ফম্দ ঈশিংপগুম্ লোইকম খংলোইদব লাল্কম্ ওইন তৌখিসি। অহুগ সুদিংত মাংজোং চোংবগুম্ মহুম্ শান্দন মখোয়ন উশিংতনব তৌসি। অহুন লোয়নাংদ ঙৈরা কিহ্নব হোৎনখিব তারি।

সুপ—তাক্পিরিব সনা য়াথং অদু অচুম্বনি। নিংথৌ মচাগিদি ময়োক্নব লান্কম্দ থরায় থাহন স্বর্গ কাবতবু তান্নবনি। অহুবু ঐখোয়গি লাইবক্নদি হূবান্ লান্নাদ নীপা থোক্প তারি।

লবঙ্গ—মাহুসু ঈশাগিদমক্ তৌব মত্তবন অকায়ব লৈতে। ঐখোয়ন তৌগদীরিব অসী মমা মপা কায়নবব অঙাং কয়া মফম্ খংদন ঙৈরাগি খুনাক্ত লৈরম্খিগনি। মপুরোয়ব কায়নববী নুপী কয়া চাফম্ থক্ফম খংদন চীংদ মান্দ রান লেল্লম্গনি। মখোয় অহু কন্নবনি।

সুপ—সনাখ্যা, খন্নবগি লোইব মাইরোই। ঈপু ঈনাই ঐখোয়ন লাল্-লাল্ হায়দূন লাংলকপ ফন কুইরে। অসীগুম্ব মতম্ অমত থোক্লক্ত্রি। হন্দক্কি তাঞ্জা অসী নবুধৌ পাথংবন পীখিরব মতম্নি। লাল্ ঙনলে মায় পাক্লগনি 'অহুগ থরায় থাগ্রে মায় পাক্ল স্বর্গ

কাগনি। তাইবঙ্পানবু অসীগি শাজংতি হানৌন অমুক্ ৱাং, উচুংন অমুক্ ৱাংবগুম্ ওন্ন-ওন্ন চংলক্পনি। হৌজিক্ ঐখোয়গি মতম লাক্লে। অতুন লাল্ অসী পল্লব পাম্দ্রে।

হেরা—মাম, লাল্দি সোয়দন হৌব তারবনি। মতম্ অস্নুপ্ কুইন অসীগুম্ব লাল্ অসী থোক্প ঙাইরব্লগ মফম্ মরাং খঙ্দন লাল্ পাম্ব তাহনবস্নু পামদে। লাল্ চঙলবদি লৈবাক্কি কান্নব অম তৌরম্দন শিবস্নু পামদেদো। অতুন থন্নবনি। হৌজিক্তি গোবিন্দপি কৃপান ঐখোয়গি মীস্নু ৱাংলরোই। ঐখোয়ন হৌগদবদি ঙরা ভাস্থোক্লগা মতিক্চাব নীপা অমদ লৈবক্ শিন্নবমবনি।

লবঙ্গ—অপঙ্ব ঐগী মোতংতি ঙরদ ং নুংথোক্নব ৱুরাল লাল্নাপ লোয়রাল্দ লোইনব হোংনব তাই। নাসী নত্তন ঐখোয়গি মীতা অসীন মপাল্ নাইদব ঈপাক্কুম্ব ঙরা হেঙ্গোল্ চাইখাইতুন মণিপুরদগি ভাস্থোক্প ঙম্হৈরোই।

হেরা—নাতুগি ৱাদি উচেক্ অচৌবন চাউন মহুম শানৈ, অপিক্পন পীক্ন মশাব হায়বতুনি। অচৌবস্নু চাউন পাল্লী. অপীক্পস্নু পীক্ন পাল্লী। অচৌব মখোয়ন চাউন থেংননব তৌরিবৈদ অপীক্প ঐখোয়ন উচি চাক্হোনদ লোইনব তৌরগ লোইরে।

স্নুপ—ঐগিদি উচি চাক্হোল্ খঙ্দে, লোইরাল্ খঙ্দে থেংনগনি। অতুপ ঈশা শিব য়াদে। ঙরারা অশোম্ব খঙ্দে, অচেম্ব খঙদে, অফংব মফম্দ ঙিক্-ঙাক্ত লোইথোক্লগ লোইরে।

হেরা—মতম্ পল্লতুন কান্নদে; হয়েংমক্ লাল্ যাত্রা তৌদব য়াদ্রে। নখ্ং চাব থাঙ্ অম, টা অম, শগোল্ অকম্ব অমমম্ থৌরাঙ্ তৌরো। অতুগ মতিক্ চান আরাম্বাই হাপ্চেম্গদবনি। মণিপুরদ ঙরা মঙাত শুন পূন্ন থমদ্রগ লোইরে। তাদ মুহোন, নখোয়দি ৱামন্দ্রে। মতম থর পোৎথাখো। অতুগ মাম, মখোয় অহুম্স্নু তাক্পিদ্রো।

অস্তুম্ হায়নহুন হেরাচন্দ্রগি কাঙ.বু লাল্গি থৌরাঙ লোইখ্রে। স্তুপনাথ, লবঙ্গ হয়েং লাল চংলগনি হায়হুন মথরায় নুংঙাইহন্খ্রে। হায়নখিবগি মতুংইম্ন লমতাগি ওনি ইরাইদ হেরাচন্দ্রন খোংজাই খুন্দগি কুম্নক্.তুন ডাকু লিংহুন লাল্ হৌখি।

—:( ० ):—

## অনীশুব পন্.দুপ

হৌজিক্ মণিপুরদ মমাঙ.ঙৈগি নিংথৌ পানবগি ঈরাং লৈত্রে। মনা কোন্নুং কারক্পা অচম্ অথৌন লাঙ্.লম্বা কোন্নুং অত্থু ওইত্রে। নোংমৈ পায়ব থোড়্গঙ্বু মী লৈত্রে। অদুন কোন্নুংগি অকা অকুম্ লাক্পা মী থাদোক্ থাজিন্ তৌরম্বা পুন্নমক্ তৌখিত্রে। থাইনগি মীতৈ কোন্নুংগি ফজব নিঙ্.থিব, ফজব থৌগল্লোল্ পুন্নমক্ ওরাগি ঈথক্ত লোইন থুপ্খ্রে। কোন্নুং মনুংদ ওবা লাম্মীন লাঙ্.জব নংতন অতোপ্প জাব অমতন কোন্নুং মনুংদ, মনাক্ত চংথেক্ চংশিন্ তৌখিত্রে। অতুগ অমুক্ নুংথিল্ অনীনক্ত মীতৈগি ইমা ঈবেনশিংন মনা কয়থেল্ অচৌবদ মাগি মাগি পোৎফম্দ পরেং পরেং ফমদুন ওইজ ওইথক্ থিরম্বা থিখিত্রে। নোংমগি চিঙ্গাক্ তানব কাঙ্.বুন পোৎফম্ খুদিঙ্দ ওইজব শিব চৎপদ চিংন চায়ন ওম্লম্দব কয়থেল্ অদো তুমিংকাওবা কৈন পাইখিত্রে। মনা কয়থেলগি নোংচুপ্ মতাইদ ফৈদা পুঙ্.গি পুঙ্.থক্ত কয়থেল্ শেল্খায় খোম্ব ফৈদান ভিল্লম্ব ফৈদামচা ভ্রিন্খিত্রে। ছাওমচা লোয়শঙ্.গি লাইগি লৈ থিবন কয়থেল্ পোৎ লাক্পা অভাং লাক্খিত্রে। মচল্ লৈমশিং শিন্তম্ব লাক্খিত্রে। মনম্ম লৈম শিন্-তাক্পা কারক্খিত্রে।

মহাকৃকি পিদোনব ফিভম্ অদু ফংবদ কয়থেল্ লাইরেম্ম ইবেম্ম মপারি মমোম্ কায়নরবী নূজান খুদাং পিকম্ তৈহুন অহিং হুংখিল্ কপ্পুন ব্রান থাহ্নবগুম্ লৈবাকৃকি অরাব পোংলুন্ কন্দুম অহিং হুংখিল্ অনীদ খুদাং পিকম্ তয়ন অরাব খোঙ্জেন্ খোকৃচমদন চেংথানি। কয়থেল্ লাইরেম্মগি অরব মাংগী উনদ ঈরংতন মনাক্ত লাঙ্লম্ব সনথোঙ্ন মনাক্ত ঈবাং চৌহনখিদ্রে। লাইরেম্মগি অরা হুংশি পুমিন্নহুন কয়থেল্ পাংন শংভিক্ য়েংহুন লাইনিঙ্ পরেয় চেংপ নীপান লেঙ্দব চীঙ্গুম্ কম্দুন লাই নিংজবগুম্ মমিং কুপ্তুন লেঙ্দন লেপ্লি। মফম্ অদু ঔরাগি রা নত্তন অংভাঙ্গ মীগি মন্না মখোল্ তাগিদ্রে। ঔরা নত্তন কনা অমত্তন লম্লম্ অদুদ চংনদে।

অয়ুক্কি অনৌব কুমিংন অনৌম মঙাল্ য়েন্হুন ভাইবঙ্ জীব পূন্নমক্ত অনৌব পুন্শি য়েন্ব মতম্দ মকস্ খঙলন মীতৈ নীপা অম লাক্তুন মফম্ অদুগি অচীক্প থুগাইহুন কয়থেল্ ময়ায়দ লাউন থোংন চঙ্লগ অভাব পোং খুল্ল খুল্লদুন চারি। অফংব পোং লংহুন মান থোকৃপ ঙাঙ্লি। মহাকৃকি মখোল্ অদু ভাবদ ঔরা অনী লাকৃলগ মহাকৃকি মতৌ য়েংলৈ। নীপা অদু মখোয়বু থোইদোকৃন থৌওইন য়েংলুদে। মান ভৌরিব, পোং খুল্লগ লংহন শাল্লব অদু অতম্ শান্নরি। নখোয় অনীন লেপ্ল অদু য়েংলগ নীপা অহুন ঈশি শিন নোক্লগ হায়রকঈ "হায় অঙাওবশা, ঐগী ঈভৌ য়েংলগ নখোয়বু চাদব য়াগদ্রা? চংলো, নহুগি নঙ্গি নাংথৌ ভৌরু।"

ঔরা ১—নঙ্ন ভৌরিস অদূদি মাহুন নপুক্ থন্গদ্রা?

মীতৈ—ঐগী ঈভৌবু নখোয়দ কনান য়েংউ হায়রগে? ঐগী চাফম্ য়াংতে। ঙরাং মুমিদাংস্থু অসিদ লৈব ঈমুং অসীদ চায়দন। নখোয়বু কনানো? মফমসীদ কনাগি য়ান লাকৃলিবনো? ঔরা উরবদি ফাজখিনি।

ঔরা—ঐখোয়বুদি ঔরান কাগনি হায়রি। নঙ্বুদি কারোইদ্রা?

মীতৈ—ঐবুদি করিগি ফাগনি! মখোয়নবু ফাত্নুন মখোয়গিদ থম্বিরবদি লোইরক্নে। মখোয়ন চাকস্থু থাক্প্রগনি। অদু ওইরবদি চার-তুম্ল তৌদুনা মুংঙাইনা লৈথোক্কনি। মপা কনান করি তৌবগনি।

ঔরা—হায়, ঐখোয় ঔরানিমে, নঙ্বু ফাব লাক্পনি। চংসি, সেনাপতিগি মনাক্তা চংসি।

মীতৈ—করম্ তৌব, ঐবু ফাব লাক্পনি হায়বা? ঐদি নখোয়ন ফাব য়াব মী নত্তে, নখোয়গি সেনাপতি লাক্লগা চংকনি। নত্রবদি নখোয়গা চংপদি চংলেক্তে। চংলো, নরাতানিঙ্দে।

মখোয় অনী চংদুনা ম রগা পুন ভম্রে। মাবু থাংদুনা পুগদবদ মঙোয়রে। মতম্ অদুদ ঔরা অমন অঙাওবনি খল্লদুনা থেম্লগা য়াত্রা য়ংগে হায়দুনা হায়বকই, "নত্তে, নীপা নঙ্বু ঐখোয়ন ফাগদব নত্তে। ঐখোয়গী সেনাপতি চৌহানন নঙ্বু উননিঙ্ঙঈ হায়বগি ঐখোয় নঙ্বু কৌব লাক্পনি। সেনপতিন নঙগ য়া ঙাংনেনিংদুনা কৌবনি।"

নখোয়গি য়া অদু তাবদ নীপা অদু ভূমিন্ন লৈ। মহাক্না নিঙ্ব থুংলগনি খঙ্লে। অদুদগি মান হায়রকই, "ফরে, সেনাপতিন কৌব ওইববদি চংলগে। হে বেল্ সেনাপতিগ উনদ্রবদি য়ারোইক্কো।"

ঔরা—সেনাপতি সোয়দন উনগনি। চংলসি।

মীতৈ—হো, হো, মাদুনিঙ্দনা, চংলু, সেনাপতিবু কিগন্নু। ঐন নখোয়গি ফনব ঙাংনেবিগনি।

অমুম্ তৌন ঔরা অনী অদুন মহাক্পু ঔরা লাল্শঙ্ য়ৌনবত খল্লি। অদুগা মীতৈ অদূন মহাক্ক সেনাপতিগ উননব য়াখল্ং তৌদুন ঙাওশিন্নবি। অদুম্ তৌন ঔরা অনী অদুবু মীতৈ অদুন হোইদুন পুরক্লগ সেনাপতিদ নীপা অনী অদু শিন্নরগ হান্নরকঈ,—"সেনাপতি সাহেব, মখোয় অনী অসীন ননাই ঐবু ফাগে হায়বগি ফাদুন পুজ্জরকপনি।"

চৌহান্ন মাগি মওঙ্ অদু উবদ অঙাওবনি খঙ্দুন হায়রকই,
"হায়, নীপা নঙ্ কদাইদ লৈবগে? নমিংন করি কৌই?"

মহু তাবদ নীপা অদুন খুমই "এদি অসিদ লৈরিবসীনি। এ ইমিং খঙ্দে।"

সেনা—নঙ্বু কনাগ লৈমিন্নবগে?

মীতৈ—এহাক্কি পাবখে য়. ইমাখোয় উরান ফাম্বিবদগি ইংোম্ লৈ। মখোয়দি ইতে মং হুনদোক্পিবহ্নগ চংখ্রে। (কপ্প)

সেনা—অঙাওব অসী থেমহুন থাদোকখোসে।

মীতৈ—হুংঙাইদা, এবু অঙাওব হায়নহ য়। ঙাওবদি ময়াম লাকপ মীবু চাকু পীজপেদি হায়দ্রপ থেম্হুন থাদোকখো হায়রিব মানি অঙাওব। অঙাওব হায়ব অসী খ্বাইগি চংনবিদগি কায়ব অহুনি। এবু অঙাওব হায়রিবহু এ খঙ্ই। এ খ্বাইগুম্ চংখ্রে, অফং অফংদ চারে, ফি শেংপ শেংতব খায়দ্রে। অসি নত্রদো? নরা লওদে. এদি অঙাংসু নত্তন মীন থেমলগ হেক্ য়াগদ্রাও? কবি কবিগুম্ব খর চাগে. ঙরাং নহান্দপি চাদ্রিবনি।

ঔরা অম—ভুমিন্ লৈরু। কদাইদগি অঙাওবনো। নথারায় মাঙহুন তোকচগনি।

মীতৈ—ঈরা-য়া। হায় অপংব থরায়দি মাঙদবনি। মাঙ্লিবদি হকচাংদনি। নত্ত্রে, চাকখিংত পীজোও।

মতম্ অদুদ লালজাব মীপা অম ইফিং ফিংন চেম্পিশিলকপ "হায়, সেনাপতি, চেল্লো; লোইখ্রে, মঙা অমনি।"

সেনা—ঙাইখোনহায়, ফিংগংকনু তপথৌ।

লালজাব—করিগি তপথবনো? অসোন্দ ডাকুন অফং অফংব ককপ, পোং মুনব, নফম্ হায়কম্ খঙ্দে।

মীতৈ—করিনো হায়, হৌজিক্পু কদাইদগি ডাকুনো? করিনো, নাখোয় অসিদি শারৈন ময়ুং ওইরগ লম্প্রাইন মফেল্ ওইরেনে। মাখোয় অসী পাখংগ্রে. ঈশিং থর পীথক্উসে।

সেনাপতি—পাখংকন্নু, পাউ অতু নিঙ্থিন তম্মু। করম্ তৌবনো? মীতৈ কনান কনাবু হাংত্রিবনো? নাখোয়না কদাইদ চংপদ থেংনবনো? হৌজিক্ অসিদ এখোয়দ থেংনগদব মীতৈ লৈরিবরা?

লাল্জাব—মণিপুর লৈবাক্ অমনি। মীতৈ লথা অম ঔরাদ পুখ্রুগ মী হেক্ লোইব য়াব্রা? হৌজিক্ ঔরা থেংননব মীতৈ রাংপগি রা লৈতে। হেরাচন্দ্র হায়ব নিংথৌ মচা ডাকু অমন ডাকু লথা অন পুনক্তুন ঔরা তুমন হাংখ্রে। এখোয়ন হায়ব থাজৌ। হয়বেং মনুংগি তালগুমন লৈবিরন্নু, এখোয়গি রা ভাবিয়ু।

সেনাপতি—নখোয়গি অসিবু ঈনাওশা, মী থর য়াম্মনখ্রে। ঈয়ান্বন থব্দি হৌজিকমক্তি মীতৈদ ঔরা মায়েক য়াগদব মী মরু হুনদ্রিবরা থল্লী।

মীতৈ—সেনাপতি, মাহুস্সু থনগন্নু হৌজিক্নক্ মরু হুনদ্রবন্নু মহয় য়াল্লম্বদি য়াইদনা।

লাল্জাবা—সেনাপতি সাহেব, হেরাচন্দ্রন ডাকুলিংব শোয়দ্রবনি। মহাক্কি লেঙ্গোল্ নকন্ত্বু থঙ্জদ্রি।

অতোপ্প লাল্জাব অম, ডাঙ্নরিউ অতুদ হাথু হাথু চঙ্লক্লগ সেনাপতিদ হায়বৈ, "সেনাপতি সাহেব, হেরাচন্দ্র ডাকুনিংথৌগি মীন চান-থক্নব থিব ঔরা চামরোম্ হেনন হাংখ্রে। মনাঙউগুম্ এখোয় নিঙ্তৌন চংথোক্ চংশিন্ তৌব য়ারোই। চাদবন শিবতাই। মীয়াম্ অসীগি চানব লৈত্রবদি লাল্দি লায়রদন চিঙ্গাক্কি রাথোকত কুম্মে তাবতাই। মতম্ য়ারিবদ চানব থৌরাঙ্ থর তৌহৌনব লম্বী অম য়েংনীয়ু।"

অমুলাব—হৌজিক্ত খর চীকৃলিব লম্ অসী মোইবাং লোমদদি ঙৈরাস্নু য়ৌদ্রি। অতুন ডাকুন খঙ্লোইদব মোইরাংদ ঙসি অহিং ফৌ খর খোমলুসি। মী চামতা চৎলু। খোইমাউ নঙ্নচিংদুনা চৎলু।

মীতৈ—ঐস্নু চংকনি, চাদবন লৈ উদ য়েংতুন খঙ্লে. নংবন নংগল্ পায়তুন লেল্লে।

সেনাপতি- হায়, অঙাংবে, চৎলো নঙস্নু চংনমদাইদ লাকুউ। চাগদব চারুরো।

মীতৈ—হোয়, ঙাইহাক্ কোয়থোক্তুন ঈরাং য়েংলুগে।

মীতৈ অঙাংবে চৎখ্রে। সনাথোঙ্ য়ৌবদগি মফম্ থঙ্খিদ্রে। অসোম্দ ঙৈরা মখৈ মখোয়ন তৌগদব থৌরাঙ্ লোইখ্রে। অতুগ হেরা-চন্দ্রগি ময়ৈকৈদস্নু মখোয়গি পাউ খঙ্লতুন তৌগদব থৌরম্ ওানখ্রে। স্নুপনাথন হায়খি, "সনাখ্যা, ঐখোয়গি লালসি হয়েং স্নুমিদাং হৌনব তৌগদব লাললোঙ্ শিন্নব তৌরসি।"

হেরা—মাম, লান্বু কদাইদ হৌগদবনো? ঙৈরাদি ঙসি ঙরাং অসী ঈশিং মনুংদ লৈতুম্ থাদবগুম্ লৈবি।

স্নুপ—ননাই লবঙ্গগী মী থুংলরে। ঙরাং ঈপূ ঈনাই ঐখোয়ন তৌখিব থবক্ অদূ ঙৈরা তেঙ্গোল্ য়ৌখ্রে। ননাইশিং হয়েল্ অহিং মোইরাংদ ফৌ খোম্নব চৎকদৌরি।

হেরা—ঐখোয়গি রাবু ঙৈরা তেঙ্গোলদ করি ঙাঙ্নরিবগে?

স্নুপ—ননাইন হায়রম্বদি ঙৈরা লানজাবশিংন মখোয়গি তেঙ্গোল্দ সনাখ্যাবু ডাকু নিংথৌ মিংথোনখ্রে। ডাকু লথা অমগ লোয়নন ঙৈরা অফং অফংব হাৎখ্রে হায়ন তম্লে। অতুগ ডাকু কাঙ্বুন ঙৈরা চাম হাৎখ্রে হায়রি। অদূন ননাইশিং লাল্ তোক্তুন ফৌ খোম্জিনবগি থবক্ তৌগদৌরি।

হেরা - মাদূদি ইবুংথৌ পাখংবন ঐখোয়বু চানবিবগি য়ানি। অকোংব লাল্ থেংনব য়াদ্রিবৈদ ঔরান কিনব মফম্ খঙ্হন্দন চিংচা পোইচাদ অফং অফংব ছাৎলগ ধ্বনিদ রায় ওন্নব হোৎনব হায়ব অদূনি।

স্বপ—থবক্ ইভৌ তৌদ্রিবৈদ সনাখ্যান পামদ্রব নিংথৌদি ঔরান মমদূন ছাপ্ত্রেদনা।

হেরা—মান, হন্দক্কি ঔরান থোন্ব ঐগি মিং, ডাকুনিংথৌ অসী ওঙ্গোকুম ফত্রে। ঐখোয়গি মী য়ামদ্দব উবদগি ইবুংথৌ ইবুং-ঙোন ঔরাদ কিহনহূন মিং অসী থোন্ববনি। মী য়ামদ্রবসু মিং অসীমক্ন সোয়দন কিনবগনি।

স্বপ্ন—হন্দক্ ঔরান থোনব মিং অসা ঐখোয়ন তৌগদৌরিব লাললোঙ মংগসিগ ওঙ্গোকন চূনথ্রে। ঐখোয়সু হূবাল্ লালনাদ ডাকু শান তৌগদৌবি। ঐখোয়গি ডাকু হায়গে হায়য়ু; ডাকৎতি হায়গে হায়য়ু, মণিপুরগি মঙ্গল মংচ্রেনদনব খংদং তৌব ওন্নগ লোইরে। ঐখোয় মীগী মপোৎমক্তি মুললোইদন।

হেবা—হোয, ঐখোয়ম পামলিবসি অইত নত্তে, ঔরান রাব; মীইন হুংঙাইবনি। ঔরান কিংক্ তৌবদ ঐখোয়গিসু মী মবাইন য়ামজরক্কনি। মীন ঐখোয়গি থবক্ উদন থাজব হৌনদে। ভবাংগি করিসু নত্তব থবক্ মচা অতুমক্তদ ঔরান অদু য়ৌন কিববদি ঙসি অহিংগি অসিদ খুদোং চাববদি করিগি ঔরান ঐখোয়বু কিরোইদবগে? মশান মীইবু কিব ঔরানি। অতূদ ঐখোয়গি মীন ফম্ পাম্মনবদগি ঔরান নাউ চাউখিবনি।

স্বপনাথ—সনাখ্যা, ননাইশিং অরান ঙসি অহিং ডাকু থেংনদনব মোইরাংদ ফৌ খোম্ব লোৎন চৎপ অসী শ্রীগোবিন্দন ঐখোয়গিদমক্ শেমবিবনি। মখোয় চৎকদৌরিব নীপা ৫০০ অসীদ মতিক্ চাদ হাৎহৌরবদি মতুংদি মনিনতদ লোইব য়াগনি।

হেরা—ঐখোয় ঙসিদগি ঐরা থেংনব লাল হৌব তারে। হৌজিকতি ঐখোয়গি মরু ওইব থবক্ হায়রবদু মীন কিনব অশিব অতুন থেংননব থিরগদবনি। মরমদি লুংঙাইব পাম্ব মী অদু অরাবওন মাগি শরুকনি। অরাব পামব মীন লুংঙাইব মনাংনি। হৌজিক্ ঐখোয়ন লুন খন্নরিব অসী ঐরা থেংনবনি। ঐখোয়গ মখোয়গ অমুকতং হেক্ থেংনবদ ইলায় লায়ন থোক্লকনি। মবম অসীন লুংঙাইসি হায়রবদি হন্দকুকি লাল্ ঙসিদ অরাব. অসিব থেংনবদ তনগনু সি। ঐখোয়গী মী য়াম্লে। তৌগদৌবিব লাস্ অসি অকন্নগ অসোন্নগ ফুনগদবনি। অতুন অকং অথংব লোইশিনগদবনি। ঈরাসু ঐখোয়গি ইপুন্ তাবদ ধ্বনিদ পাখংলেদন। নম্বান তাব অকিবত্তু থনকত উংনব তৌসি। মামগ শামগ মী ৫০ পুতুন ফুখালদ নাৈখেতুন ঐরা লাকপা ডাইবিবো। ওদ সবঙ্গগ অমুগন থিংতুনংকৈগি বামজি প্রভুগি লাইকোন্দ ঐরা থংনব মী চামগ লৈবিবো। ঐপ খম্বগ ঐখোয় ২০ ডাংখ লৌরাইদ মী চাম য়াংখৈন লুমতুন ঐরান হল্লকপ ডাইবগ মতুং ইন্নককে। মখোয়গী মী চানঙা অসৌ কৌবি লাক্কদবনিন ঐখোয়গি মী ৩০০ন থুগাইবদি ফজনা ওমগনি। ঐখোয়ন হৌরগ থাদখোয়ন থংচিল্লকপগ নামখোয়ন চাইথোরকপা ঐরা হাৎনব তৌবিয়ু।

সবঙ্গ—মতু ওইববদি নিংথিব পোক্কনি আজ্ঞা, ঐরান কিম কিন ফৌবি মপোৎ ফান পুতুন অনম্বদ লাক্কদবনি। ঐখোয়ন খুদোংচাব নফমদ হাৎনবা ডাইগদবনি। মখোয়গি মীন ডাকুগি খম্বদ থগৎতুন লোইরবনি। মতাং চান লাউবতদ মপোৎন ননতুন শিজগনি।

হেবা—ঐখোয় তককসু লম্ পাইরগ নকম্ খঙহন্দন শগোল্ থৌতুন মখোয়বু চোইথোকখিদন লাং থাক্কদবনি। মতা চাবদ মপোৎক লোয়নন লাংদ থুরব ঐরা হাৎকদবনি। হাংত্রবসু শগোল্ থত্তন থত্তন হাৎলু হাৎলু লাউগদবনি।

মখোয়গি লানথোক্ শিন্নলোইরে। মখোয়গি মশাদ য়েক্লব ওইরাবু কিদে, লাইকিদে, অশিব কিদে। মখোয়নাকিব হায়বব মখোয়গি নিঙন থুংদন, মরৈবাক্কি অরাব কোক্হনব ঙমলোইদ্রা হায়বনি। মবম্ অসিন মপূ মনাই তকক্তনচিংব ডাকু লানমী ২৫০ তগ ওইরা চামঙাবু ধ্বনিদ কিহল্লগ থুগাইনব চংখিবনি। অসুম তৌন হেরাচন্দ্র মখোয় মঙাগ লোয়নন পুন য়ব মী পুহুন মোইরাং মায়কৈদ মীন উদব মতমদ লানগি খোচুশানখ্রে। অতুগ ওইরাগি রাখনন ডাকু থব অতু নঙন তুম্ফ কুং মখোয়দ চহুজব মী নত্তুন মতৈ কনা অমত্তা লৈদ্রে। লৈবাক অনীগিদমক্ চপ্পে তুন ওইরা, মায়েক্ য়াত্তুন লাল্ তৌরগদব নৈতৈ নিংথৌ মচা কাওনে মখোয়দ চহুজহুন মমল য়াওদনা মশা কং-থোক্লবব অদুন ওইবা পুন্নমক মখোয়াই কাখিবদগি মমিং উদ্রবনি। মখোয়ন তৌনিংদা তৌবদ থিংবিনব মী লৈতবগুম্ খনখ্রে। অতুন মা ফাংলে মনিঙ্ তৌরে, মীপোং মুন্নলে চিংনদ লৈতন মখোয়ন তৌনিঙ্ব তৌবদ অকিব লৈত্তব ওইরানি। মবম্ অসীন ওইরা পুন্নমক্ মখোয়ই কনা মোইরাংদ ফৌ শেম্ব চংলি।

মোইরাং অসী অবাঙ্গদগি লংবদি থংজীং চিঙ্গ থাংজীংগ অনীগি মরক্ লোক্চপ্পু শামু শকপ্, শকপ্ চারগুম্ পুল্লপ্, পুল্লপ্ তাব মোইরাংগি লৈকাই ময়ামনি নিংথিজে। থংজীংঙন নমডা ওইরে, লোক্তাকন মিংশেল্ ওইহুন মোইরাং থংজীং লাইন ঙানথোইব লমদমনি। লোক্-তাকক্কি ইরাংন য়োংঙ্মদব, হয়কক্ যেম্নান অশংব ফিদা ওইরগ চেক্লা তাউথ্রান ফমদেংব। অকোয়বদ কম্বোংনান শংন হঙবদ নোংগাংখোংগি মালংবন তপ্প লিরি হুম্বদ কম্বোংনান লয়ন নোয়ন জগোই শাজব, য়েন্নান লেঙব থুদিংদ তাউথ্রান হুংঙাইজব লমদমনি। লোক্তাক্ ইরাং ইয়ায়দ থম্বাল্ লৈকান তাউবগুম্ ঙাহু খাবা, থংগোং কাংঙন তাউহুন মখোয় মাশেল্ হুংঙাইন শান্নহুন লোক্তাক্কি নিংথিজব হেন্হল্লব লমদমনি। মালংন লংন হুম্বদ ইথক্ লমজেল্ তান্নবন থাঙ্ক

চীঙ্ তম্‌ন চেন্‌শিন্‌তুন মখোঙ্ কোন্‌তুন শাম্নব লমদম্‌নি। ঙুংমিদাংব্রাইগি মতম্‌দ অঙান্‌ব মতেক্ তাবন য়েন্নাথক্ত সনা মকুপ্ চাইরিব, লোক্‌তাক্ ঈরাং ঈপাক্‌থক্ মালংন ঈথক্ হঙবদ লুপা কোঙ্গোল্‌ন ঙৌন চাইতুন কম্‌বোংনাবু লঙনবি। ঙুথুম্ নাংথাক্‌প চংপ মীগি অপীক্‌প নুকাই হিশিংন ঈথক্‌কি ঈহুল্ ইম্ন নোয়ন জগোই শাবগি তান্‌থা ইম্ন নঙখপ্ তোয়ন খপ্ত্ন চীঙ্‌য়া শম্ন চেম্নরি।

লোক্‌তাক্‌কি মতৌ য়েংন য়েংন চংলম্ব মালেম্ অঙান্‌ব, মতম্ হেনখিগনৌরে মতাঙুন্ তুইবঙ্ পুনশিগ লোয়নন সনা মবী পোন্‌জিনতুন থঙ্‌জীঙ্ চীঙ্‌দোল্ য়ৌরে। কোরঙ হনন্‌ন মোইরাংগি লাক্‌কদব ফিভম্‌বু খন্‌বদ নীঙ্ক মুন য়েংলগ চীঙ্‌য়াঙ্‌দগি নেথরে। ঙুমিৎকি মতৌ উন্দ কিবন পামেল্ ব্রাংথোইব খিবিক্‌সু ফিম্ ফিশেৎনতুন মোই-রাং খুল্লক্ত লেংনরে।

ঙুমিৎ তারে। মহৌশা লাইবেম্মন মোইরাং কন্‌নব অমুব ফিজঙ্ পুথোক্‌তুন মোইবং অপুম্ব কুপ্ত্ন থমরে। মতম্ অদুদ তোর্ব্বঙ্ লমজাঙগি মালংবন লোম্ন নাক্লগ ঔরান মোইরাং য়োবকপগি পাউ অদু লোক্‌তাক্ নৈমদ চীক্ল তম্‌লবে। মালংবগি ব্রা অদুগি মরম্‌দ লোক্‌তাক্ লৈমন খন্দুন মোইরাং লোম্‌দ য়েংনিঙৈদ খঙহৌদন ঙুপী অঙাংন "হাৎলে, শিরে," হায়ন লাউব অকিব খোঞ্জেল অনন অচীক্‌প অদু দুগাঈতুন মোইরাং খুল্লক্ পুম্‌নমক্ নিংরে। মতমতুদ অকিবগি খোঞ্জেল্ অদু নত্তন "কনানো, কবি পোৎরবগে" হায়ব, লাউরিব মখোয়গীদমক্ অকিব কোক্লব খোঞ্জেল্ অমত তাখিদে। মখোয়ন লাউবগি অরাঙ্‌ব অদুস্তু মফম্ খঙ্‌দন অতিয়াদ তিনখে। মোইরাং খুল্লক্ অমুক্ উল্‌মুক চীক্‌খে। মোইরাংগি অব্রাব খোঞ্জেল্ অদু তাবদ থাঙ্গা চীঙ্‌নিংথৌন মথবাক্ত খুদূম্‌ন শুবদ মনাক্ত পোৎথাজব হি পুন্নমক্ থগৎপগ লোয়নন কিবন হাইন ভুম্ন নীঙ্ক নীঙ্ক খাঙ্‌নরে। লোক্‌তাক্ থগৎপদ মশাই গোন্‌দ থুপচব পোত্থী চেক্লা পুন্নমক্ মফম্ খঙ্‌দন চেন্নরে।

ঐরা নীপা চামঙা মনিঙ্ থুংন ফৌ খোম্লে। মখোয়গি থবক্ত কনা অমত্তন রা হায়বিনিঙাই লৈত্তন মখোয়ন তৌনিংবত তৌরক্লবদ ঐরা মখোই কাখিবন শিব নাব কাউখ্রে। অয়ুক্ত সেনাপতিন হায়খিব ডাকুগি অকিন কাউখ্রে। মাগি মাগি চেঙ্পোৎ পুত্তুন লম্শাং পুম্নিল নিনন কাখৎলক্লে। মখোয়গি থবক্ অদু মীগী মপোৎ মুনতুন পুবক্পনি হায়ব কাউখ্রে। মখোয় মোইরাংদগি হেন্দোক্লগ নাকুয়েং লৈথোক্প য়াদব লম্শাং য়ৌবক্লে। মফম্ অদুগি নোংচুপ্ থংব নাকন্দ থংজীঙ্ চীঙ শংন লাল্ওমদব লাল্বল্ ওইনগ পামেল্ পরেং হওনন লাল্বন শংব লাম্মীগুম্ মুশুক্ মুশুক্ লেপ্লুন লম্বী চৎপ মীগী তু-চুংনব মশক্ ওইরে। চীঙ্মায়দ হওব পূয়লাং হাউনানচিংবন তুইনা লোন্দুন লয়থোক্ লয়শিল্ খুদোং চাদব মফম্নি। নোংপোক্ থংব মায়কৈদ থংজীঙ্গি লোইরোয় হাইথরক্পন লোক্তাক্ খেওবাল থেংব লন্দমনি। নাকুয়েংদ হাইদোক্তুন চৎপ য়াদব মফমদ ঐরা চামঙাদুন ফৌবি অমমম্গ অমম্ব লম্বী অতুদ ময়াই কাবগ লোয়নন মাঙ্থাব তাননবদ ইন্ন ইন্নচৎলি। মতম্ন থেংজিল্লক্পগ লমশাং চৎপগি রা-রক্পগ ঐরা পূন্নক্ চোকথবন মখোঙ্ থাংতুন চংশিন্দুবদ মতাং লাক্লে। মখোয় খোঙ্থাং খুদিংদ অমগ অমগ তাখা খেথুনন চংল-ক্লে। ঐরা পুন্নমক্ রাবগ ভূম্নিংবগন পড়ুথনবক্প মতম্ অতুদ মফম্ থংহৌদন ডাকু কাড়বু অমন তুংলোমদ শগোল থওজিল্লকতুন তুংথংব ঐরা থাওন য়ান্দুন, টান থিন্দুন হাংলবে। মতুংগি নাম্থোক্-হৌব কাওবুন "ডাকু লাক্লে, হাংলে, চোল্লো" হায়ন লাউরক্পদ ডাকু কিবদগি মশা হিংনব চেন্নবদ মাঙ্গি কাঙ্বুসু ডাকুন থংতুন হাংলক্লে। অসুম্ন মাঙ্তুং চেনক্ম্ লৈত্তন ইন্নবদ মখোয় মশেল্ থেংনবদ চেঙ্পোৎন ননতুন কয়া শিরে। মখোয় মশেল্ ডাকু ওইন খন্নতুন অমম্বদ অমগ অমগ য়ান্নবদ কয়া অমসু শিরে। অসুম্ তৌন ঐরা লাম্নী মখোয় মশেন ইন্নবদ লোক্ত তাতুন শিরে, ডাকুন হাংতুন

শিব অদুগ মথায় হিংনব চেনবদ ডাকুগি পন্দ থেংজিন্দুন কয়া শোক্লে। অসুম্ন ঔরা চাইথায়বম্নগ তাক্তক্ শিরবদ অহিংব ঔরা লোক্তাক্ খোঙ্-বান্দ চেম্থদুন লোৎতুন খাঙ্হৌরে। অদুগ ডাকুদি মফম্ খঙ্দন মাঙখ্রে।

ঔরা ফৌ পুব কাঙ্বু ফৌবি কোনদুন মোইরাং সোবোক্ত মথরায় থাদুন তুহোবে। অহিংব ঔরান মথরায় পুদুন অরাব পাউগ লোয়নন ঔরা তেঙ্গোল্ অচৌব য়ৌনব চেনখ্রে। মখোয়ন খোম্লকপ ফৌ-চেং লায়বব প্রজান খুন্দুন চাহৌবে। চেল্লকপ ঔরা তেঙ্গোল্ অচৌব য়ৌখ্রে: মোইরাংগি থৌথোক পুন্ননক্ সেনাপতিদ তম্খ্রে। সেনাপতিন হংখি "মোইরাংদ মী কয়া য়াম্ন লৈদুন নখোয় চাম্ডাব অদুক্ থীন চাইথাইদুন হাৎখ্রিবনো? নখোয়দি করিনত তৌহৌদ্রা?"

লাম্মী—বড়সেনাপতি, লান্দ তৌদুন লাক্লবনি। খুদো' থাবসু মথেংনরবনি। সেনাপতিন তাক্পিবিব রা অদুদি সেনাপতিন থংনদব. মিংন উবিহৌদবগী তাকপিবনি। ঙসিগি থৌথোক্ অদুদ হিংলক্লিব এখোয় ববসি চেঙ্ লৈবগি হিংলকপনি। মোইরাংগি মী নাত্তে, পোৎ পুদুন লাক্লবদ লম্খাঙ্দ ডাকু থেংনদুন মখোয়ন হাৎখিবনি।

সেনা—ডাকু কয়া য়ামদুন অদুপ্ লায়ন তৌখ্রিবনো?

লাম্মী—সেনাপতি, ডাকুগি মশিং অসুম্ য়ায়ই হায়ব ঙম্দে। তৌরক্প থবক্ন তাক্পদি মখোয়গি মী অসী লীশিং অমরোম্দি শুবয়াই। থৌঙুদি চীংলোমদগি কাঙ্বু, নিঙ-মাঙ্দ থংপ শগোল্ তোব কাঙ্বু, অদুগ মবক্ত খুগাইদুন মী হাৎপ, পোৎ মুনব কাঙ্বুন পুঙ্লেঙ্ লেঙ্ঈ। অদুগ মখোয়গী থাঙ্-টাম্নু মশিঙ্ লাক্প ঙম্ব নাত্তে। অমম্বদ মখোয়গী মীন ঙারোল্ চোংবগুম্ পুম্লেঙ্ লেঙ্ঈ। মখোয়গি মতৌদু মফম্ খঙদে, চেনফম্ লৈতে, মিংন কুপ্পদ কুক্-কাক্ত চেল্লাক্ চেনফোইদ হাৎপগ থিনবগ তৌরম্নগ খায় নাঙখিবনি।

ঐখোয়ন য়াম্ন ভাঙ্‌দুন কান্নদে, মী চামঙাদগি মী চহুম্‌ত হল্লকপসি য়েংলগ ডাকু য়াম্না য়াম্‌দে অতুম্‌মক রাখল্‌ তৌবিরো।

হৌজিক্‌ ঈরাগি মহুন্দ ডাকু কিব কাঙ্‌লুপ্‌ অমগ মোইবাংগি থোংথোক্‌ থাজদব কাঙ্‌লুপ্‌ অমগ য়েংনহুন মুংবঙ্‌নরিঙৈদ মীৎ অঙাওব উফুল রাইফুল ওয়নগ মকোক্‌ত ঈ চেন্থবা লাক্লগ সেনাপতিদ মোইরাংদ ডাকুন মীয়াম্‌ হাংপ, মাবু য়য়থুগ হুন্দোক্লম্বগি রা তম্‌লরে।

সেনাপতি নত্তে, নহবু মোইবাং চৎপ য়াওকব্রা?

অঙাওব—চংলুই. অহান্নবদি কনাসু রা অমত হায়রম্‌দন ফো খোম্নগ লাক্‌প অদুদি য়াম্ন নুংঙাই। অদুদগি ডাকু থেংনব মতমদগি মী পুন্নক্‌ উতি মখুন্দ চহুন খাদ্রনি। মানী সেনাপতি সাহেব নঙগী ঔবা অসীদি মচীল্‌ থীরে। ঐখে য়ন চৎলিবহু হুরান্‌ব চৎপনি। মীব করেম্‌ কথাইনহুন মায়কৈ অদ্‌ পুম্‌নিল্‌ নিন্নন চৎপন মীগি ঈবং ভাবদগি মফমদুদ ডাকুন ভান্নন তন্নহুন হাংখিবনি। মখোয় কনা অমত মথুং হনব ওমপোং নত্তে।

সেনা—ডাকুবু কযা য়ম্বগে নঙ্‌ খঙ্‌ব্রা?

অঙাওবা—সেনাপতি নহবু ভাওরবরা? থরায়নমক্‌সু মফম্‌ খঙদব মতমদুদ কনান ডাকু মশিঙ্‌ থীদুন লৈগদ্রা?

ডাকু হায়ব অসীদি মী অমতনসু ডাকু ওই, মী লীশিঙ্‌নসু ডাকু ওইবনি। অদুগ ডাকুগি থবক্তি অমগ লীশিংগ চপ্‌ মান্নবনি।

ঔরা—খঙ্‌ত্তে চৎলো, ঐখোয় রা অরুব ভাঙ্‌নবগে। নহ্‌ন মফমসিদ লাক্‌লিব অসীবু করিগীনো?

অঙাওব—নখোয়গিদমক্‌ পাউ তম্‌বিগে লাক্‌পনি। মী পুন্নমক্‌ চানব লৈব মফম্‌দ চৎপনি। অঙাওবন কয়থেল্‌ চৎপবু করিগিনো? কয়থেল্দ অচাপোৎ লৈবগি চৎপনি। ঐগিদি পূক্‌ থন্ন পীজো, নখোয়ন ভৌ হায়বমখৈ তৌবিগনি।

সেনাপতিনা অঙাওবতুবু তাম্হোকৃতনব অমস্তুঙ্ চাক্ পীজনব খঙ্হল্লগা পুথোকৃহন্‌খ্রে। ঔরা পুন্নমক্ত অঙাওব অদু মোইরাং চৎপ য়াওবগি রাখন্দগি মাবু চিংনব কোক্‌খ্রে। ঔরাগি অচেৎ অকোম্ তানব য়াওবদ অপম্ব লৈত্রে। মোইরাংদ ফৌ খোম্ব চৎপদ ডাকুন মীয়াম্ হাংখিবদগি কিখিবন ঔরা পুন্নমক্ লাল্শঙদগি হেন্নদ্রে। ঔরা অহুম্ত শুন মপাল্ থোকৃপ য়াদ্রে, ডাকুগি মথুংত তাতুন ঔরা মথং মথং শিজিল্লকৃপদগি ঔরা মপাল্ থোক্‌খিদ্রে। ঔরান মপাল্ থোক্‌খিদ্রবদ হেরাচন্দ্রগি থবক্ লেপ্‌লে। ঔরান মখোয়গি লাল্‌বন্ মন্নুংদ তুমিন্ন লৈত্রবদ হেরাচন্দ্রগি কাঙ্‌বসু চিংখোঙ্ চীঙ্য়াদ কোয়ন চৎতুন লৈপাক্কী ঈরাং য়েংলগ লৈ।

মতম্ অতুদ মারজিং মহারাজগি মচা ঈবুংঙো য়ুম্জাউ৪াব ঔরাদ চঙ্জনবগিদমক্ মৈতৈ লৈবাক্ য়োৌবক্রে, ঙসি হয়েং মাক্লং য়ৌ-রক্লগনি হায়ব পাউ ফংলে। পাউ অতুন হেবাচন্দ্রগি কাঙবু ঔরা অমস্তুঙ্ য়ুম্জাউবগি ঈরাং য়েংতুন লৈখে। হেরাচন্দ্রন মী থারগ য়ুম্জাউ৪াব উননব মাক্লংদ ঙাইতুন লৈহন্‌খ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৮৫০গি শজিবু থানি। মারজিং মহারাজগি মচা ইবুংঙো য়ুম্জাউ৪াব মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবগি রাখন্দ মনাই অনী অহুম্ য়েংথাঙ্-ওইথাঙ্ খল্লগ নীপা অহুম্ন মতুংদ থৌগল্ ইনতুন নিংথৌ পোৎ-লোই শেংলগ কোয়েং তোল্‌লোকৃত উরেক্‌শেং থেৎতুন লম ঙাম্ন কুম্ম-ক্লে। কুম্‌গি নানৌ অনৌবন মপুঙ্ ফাতুন চীঙ্মায় শংন ফজরক্লব, মীওইবগি পুক্কিঙ্ মকা লাম্লক্লব মতম্‌নি। মাক্লং খুল্ লোইজীঙ্ চীঙ্-খোঙ্‌গি নোংপে কৃত তাব খুল্ মচা অমনি। খুল্ অদুগি খা-রাং অকো-য়বদ খুল্‌গি লওন মতুপ্ মতুপ্ তারি। লোইজীঙ্ চীঙ্গী লোইরোয় তারকৃপ কাছার চৎপ লম্বীগী শঙাইথেলমগি মাক্লং অহাম্ব মীতৈ খুল্‌নি। খুল্‌গি অকোয়বদ লওবুক্কি লওরীন ময়ুং মফেস্ নাইন তাবন লৈরোং

য়েরূপ অপারূপ ফিদা থাবশুম্ চাক্নি ইচ্নি পান্জব লম্নি। লম্ অদুর্ কোল্লিব পিক্লব মাক্লং ফুরেনন লুপা মরী তাবশুম্ খুল্লায় খায়ন চেন্দুন অরা মুংঙাইগি পাউ খুঞ্জাশিংদ য়েল্লি। অতুগুম মাক্লং খুনগি খুন্দোন্দ হেরাচন্দ্র মহাকবি মীগ লোয়নন সনা য়ুম্জাউতাব ওাইরি। মতম্ অদুদ উরাদ চঙ্লগ নিংথৌ ওইবগি রাখল্দ লোংচুন কচারদগি কারূপ সনা য়ুম্জাউতাব মাক্লং খুন্জিল য়ৌরক্লে। মাক্লং খুন্জিন য়ৌরবদ মনাগু ইবুংঙো হেরাচন্দ্রন মনাইশিংগ লোয়নন লৈরম্ব উবদ য়ুম্জাউতাবন নিঙ্লরূপ রাখল কায়দুন শগোল মচীন্ চন্দনশুম্ পুদ্রয়াল্ লেপ্তুনা মন ওবু কোৌব উমদে। হেরাচন্দ্রন ইবাং খঙ্লত্তুন হাউ হবাউ চঙ্শিল্লগ থুকনত্তুন হায়রক্নি; "য়ামবু, করোম্দ লেঙ্বিগদৌরিবনো? মনিপুরগি নিংথৌ ওইবিনব মত্তিক্চাব মী লৈত্রে পঙ্গবদি মতম্ চান য়াম্বুং লেঙ্বিরকপ অসী য়াম্ন ফরে। য়াম্বুন নিংথৌ ওইবিরগ লৈবাক্ অসি কননা অয়ুক্ং চুংনা হায়রবু য়াম্বুংগি সনা পুক্লিঙ্দ করি লৈরগে?"

য়ুম্জাউতাব—ঈনাওন তাক্পিরিব অদু য়ম্ ফজব তাকম্নি। লৈবাক্ কদম্ক ঈয়াম্ববু সেবা তৌহন্নিঙ্দুন তাক্পিবনি। অদুগ ঐখোয় নিংথৌ মচানবু নিংথৌ ওইনিঙ্দ্রব কনা লৈবগে? ঈয়াম্বগী মা লৈতন নিংথৌ ওইনিঙই কায়দুন ওইব য়াদে। মখম্ অসিন ঈনাওগি মা অসী খর খন্নব তারি।

হেরা—য়াম্বুংন তাক্পিরিব অসীগ লেঙ্লক্লিব খোঙ্চমসীগ উরা চঙ্লগ নিংথৌ ওইবিগে হায়রব সনা পুক্লিং লৈবিত্র খজে। মাদু সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। য়াম্বুং জয়ো তাদুন তোকত্র। য়াম্বুংন উরাদ চঙ্দুন নিংথৌ ওইরবদি মুংশিজরব মীতৈ প্রজাগিদি য়েরুব হায়বত্তু ওইবিব তারোইদ্রা? ননাই ঐখোয়সু মতাংদুদদি য়েরুব ওইরকপতাই।

য়ুম্জাউ—ইবুংঙো, ঈয়াম্বগি রাখন্দি মদু মত্তে, উরা হায়ব অসি থায়নগি ঈবুধৌশিংগি মতমদগি ওাই ওইন লাক্পনি। অদুন মখোয়গ

মরূপ ওইরগ মখোয়গি অশাউব অসী নেমহল্লগ লৈবাক্কি অরাব কোক্লব হোংনসিরা তৌবনি।

হেরা—য়ামবুংন তাক্পিরিব অদূ য়াম্ন ফজব ৱাফমনি। অদুগ হন্দক্ ননাইশিং ঐরান মণিপুরদ ভৌরিব অসীমক্তি কনাদগি থোক্পনো হায়বত্থ য়াম্বুংদি খঙ্বিররিগনিদনা? মানী য়াম্বুংব্ পোক্প পাবং য়ায়মন নিংথৌ পাম্বদগি ঐরাদ লেঙ্শিন্দুন মখোয়গি মপান্ন নিংথৌ ওইরুবদগি থোক্পনি। মখোয়ন হায়রক্প মতম্দ পাবুং য়ায়মন মখোয়গি মপান্ন ওইব নিংথৌ খুভমথু য়েংলুদন হায়নখিব ৱা শোয়রুবদগি লম্নশিংব লাক্পনি। অহুগুব পাবুংন পোক্প য়াম্বুংবু ঐরান লৌশিনবদি য়াই, অদুগ তরাম্ তরাম্ ভৌদুন নিংথৌমক্ হেক্ হাপকনি হায়বদি থাজবিগনু। য়ামবুং, নিংথৌ মচা ঐখোয়সে লাইরেন্ন মগুন্ ভোক্পদ লফুৎ কাদুনশি হায়বলৈ। ঐরান য়াবিরবদি ফরে, নত্তুদুন গুন্ ঙাকব হোৎনব ভারবদি মীতৈদ তাইনরক্প শোয়দে। অদুন য়ায়বুংগি সনা বুদ্ধিদ ঐরান য়ারগ মীতৈগি নিংথৌ হেক্ত ওইগনি হায়বসি অমক্তং থম্থদুন য়েংবিখো হায়জনিংঙি। ননাওদি অফব ওইবোই খঙ্গে। ঐরান য়াম্বুংবু নিংথৌ হাপ্পদ ঐরাগি মখা পোনদুন মখোয়গি পাখোললোয় ওইথ্রগনি। অমরোম্দন মুংশিনন নৌমিন্নগদব মীতৈগিন য়েক্রুব ভনথ্রগনি। নরমসিদগি য়ামবুংগি হাক্থক্তগি নৈতৈ রাজবংশদ চাক্ চথ্রিং অমন চেথ্রকোক্ চাম্ মাংব, শিঙ্গাইবাক্ অমন হি লাক্পদি ভাহনবিগনু। ঈবুধৌ ঈবুংঙোগি মগুণ মাঙ্হনলন্নুসি।

য়ুনজাউ—ঈনাও ঈবুংঙো, নিংথৌ ওইনিঙ্ঈ হায়দুন খুং য়াওদনদি কাদৌনোংদস্থু য়ারোই। অদুগ ঈয়াম্বগিদি খুংলাইস্থু লৈজদে। ঈনাও ঈবুংঙোগি য়েংঈ কদায়? অদুন ঈনাও ঈবুংঙোগি অনিঙ্বদু থুংহনব ভনগনি থাজদ্রে।

হেরা—য়াম্ন ফরে য়াম্বুং য়াদ্রবনিন লেঙ্বিরো। অদুগ সনা পুক্নিঙ্দ কাউনিরোইদবদি ঐরাগি ৱাশক্ক মীতৈ তুম্ন হাৎপ, ননাই

ঐখোয়গি রাশকস্তু ঔরা তুম্ন হাৎপ হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। হৌজিক্ ঔরাদ লেঙ্শিন্ব তারবনিন ঐখোয় মীতৈগী য়েক্সব হায়বত্থু ওইরে। সনা পুক্লিংদ চিংনব লৈবিদন সনা খুৎকী খুৎলাইগ শগোল্ অনী অতুগদি থম্বিরম্ব তারে।

য়ুম্জাউ—ঈবুংঙো হেরা! মচুমক্তি হেন্মল্লি, সনা বুদ্ধি লৌ। নিংথৌ মচান খুৎলাই থাবদি চুম্লোইদবোইন।

হেরা—চুমঈ য়াম্বুং, নিংথৌ মচান খুৎলাই থাব হৌনদে। অতু-গুম্ন নিংথৌ মচান মরৈবাক্পু মীৈববাকৃকি মীদ পীথোক্লগ নিংথৌ ওইব হায়বসিস্ব ওইফম্ থোক্তবন থম্বিরম্নব হঙ্গৎচবনি।

লবঙ্গ—ময়াম্বুং ঈবংঙো, হৌজিকৃতি ঈপু ঈনাই থৌগলাকল কায়নদ্রি। হয়েংদি করি ওইরগদব খঙদ্রে। ননাও ঈবংঙোগী রাকনসি থাঙ্গন কায়দববা খল্লি।

য়ুমজাউ—নত্তে, ঈনাওখোয়গি মীবু কয়া শুরবগে? এদুম্ব থাক্তব য়াব খরদি খঙ্ক্নখোদন।

হেরা—হৌজিক্‌ক্ ননাওগিত নত্তন মীতৈ লৈপ কৃকিদমক্ থবাই কৎথোক্লব নীপা ৫ গী লোয়নব মীশক ৮০০দি লেংদ্রে। অতুগ লোয়-নন নোংমৈ ৫০ অমস্তুং শগোল ২০০গি মথক্ত লৈজরে।

য়ুম্জাউতাবন ওাইহাক খল্লগ—ঈনাওগা মী রংলবেই। অদুব অশেংবদি মীতৈগি নিংথৌ ওইবসিস্ব ঈযাম্ব পাম্জবনি। অতুমক্পু চন্দকৃকি মওাংসিদি ঈয়াম্বব্ রারৌবন্নু।

লবঙ্গ—রা ঙাঙ্নবদ কোল্লু মরৈ চানদবগুম্ লৌনববদি সনা পুক্লিঙ্দ তুংঙাইনররোই। মরৈ চানদবদ অঙম্ তান্নববস্তু অমগ অমগ মপোপ্ লয়থান্নরক্প লাক্কনি। অদুন ফজনরিঙৈদ ইরেম্ লেম্ন খুং-লাইশিংত্থু থম্বীরম্লগ সনা পুক্লিঙ্ থুংনব লেঙ্বিরো। অতুগ নোংমদি ঈপু ঈনাই ঐখোয় ওন্শিন্নরগনি হায়বনিদি সনা পুক্লিঙ্দ কাউবিগন্নু।

হেরা—য়ামবুং, ননাউদি হায়দোকৃথ্রব রা অমুক হোংব ঙমঙ্গদে; মথা তাবদি থৌগল্লোল্ কায়ব ঙাক্পিগনি।

হেরাগী রাহৈ তাবদ য়ুমজাউতাব পাউথুম্বগি মহুৎত মশাগী শগোল্গ খুৎলাইগ থনম্লগ মনাইশিং পুদুনা ঔরা চেঙ্গোল য়ৌনব চৎথ্রে।

তাইবঙ্পানব অসিদ মশাগি য়েংবন মীওইবদ শাম্নরিব লীলা অওক্পনি। করিস্সু লৈতব নিংথৌ পাম্বগি ময়াইন চিংথিদুন মনাওন অদুপ ফজন হায়জবদু য়াদ্রগ নিংথৌগি রাখল্দ মীনাই ওইব চৎথ্রি। মীওইব ঐপোয়ন নুংঙাইবগি কুয়োম্ খোক্পদ মনুংদ অরাব কয়া লৈরিব অদুগি রাখল্ তৌদবন নুংঙাইব তম্বদ অরাব কয়া ওনরি। সনা য়ুম্জাউতাব অপাম্বগি লাংন পুদুন সমাজ, জাতি অমদি মপা মপুগি মগুন্ খণ্ডখিদ্রে। ঔরান মহাক্পু সোয়দন নিংথৌ হাপ্পগি রাম্সু লৈত্রিব অদুগ নিংথৌ হাপ্পিবো, মীতৈগি নিংথৌদি ওইরোই, ঔরাগি থৌদারোয় তাগনি হায়ব খনখিদ্রে। মতৈন হাপ্প নিংথৌ নত্রবন প্রজান য়াদব নিংথৌ ওইদুন করিমত তৌব য়ারোই। কবিগুম্ব ঔরান মহাক্পু য়াদদুন নিংথৌ হাপপিদব থোক্লগন মপা মপুগি মগুন ঙাক্তব, সমাজ অনম্বুং জাতিগি চৎনব ঙাক্তবগি নিঙঙমদব নুংনাংবন মপুন্সি চুপ্প পুক্লিঙ্ ইথ্রব লৈতন অঙাওবগুম্ অরাব শরুক্ত ওইরপ-দবনি। অসিগুম্ব মশাগিগ য়েংব, অচৌব পাম্ব মীন মৈগি অরংব মঙাম্ত য়েংদুন শিবগি রাখল্ তৌদব মৈরানবীন মৈদ চোংশিনদুন শিবগুম্ সাঙনরি। কাঙবু অমন মশাগি রাখল তৌদন মরৈবাক মজাতিগিদমক্ মথরায় কংপদ করিশু ওইদন উনরি।

য়ুম্জাওতাবগি থম্মোয়দ হেরাচন্দ্রন ঙাঙখিব অমম্বুঙ্ লবঙ্গন হায়খিব খোল্ অদুন মথরায় নুংঙাইতন মনাই মঙাগ খুৎশ্ খুৎলাই অমত য়াওদন লৈকাই কোয়বগুম্ ঔরা চেঙ্গোল্ য়ৌনব চৎখ্রে। জয়সিং অমম্বুঙ য়ুম্জাউতাব অনীগী শাজৎন হেরাচন্দ্রবু অমুক্ হনন মথৌ শঙ্খ্রে। অদুপ মশাগি ফম্ থাদোক্পগি রাখনবুন হেন্ন ফজন ফুদোংখ্রে।

মোইরাংগি থোৌথোক্‌ংগি চঙ্‌লক্‌খিব মীন হেরাচন্দ্রগি পুক্‌চেল্‌ শেংব, মবৈবাক্লীদমক কংথোক্‌প থম্‌মোয়বুসু যুমজাউতাবগ ভাঙ্‌নব রাভাঙ্‌দগি খঙ্‌খ্রে। মীযাম্‌ পুম্নমক্কি পুক্লিং মথৌ শঙ্‌খ্রে। অসুম্‌ তৌন ডাকুদ চঙ্‌লক্‌প নী লীশিঙ্‌ অম হেন্‌খ্রে। হৌজিক্‌ হেরাচন্দ্র অকোংব ল্‌শ তৌনব রাখল্‌ তৌবক্‌লে।

অসোম্‌দন যুম্‌জাউতাব, হেরাচন্দ্রগি থৌদৌন লম্‌জিংহুন লাক্‌পন ঔরা তেঙ্গোল্‌ যৌখ্রে। যুমজাউতাব, ঔরা সেনাপতিন যানব ডাকুন মঙোন্দ তৌতৌব থবক্‌, অমসুঙ্‌ মপেৎ মুলহৌবগি রাত তম্‌খ্রে। মহাক্‌ন মহাক্‌পু চানবিনব তমলিব রা অদুদগি ডাকু কিবন মপাল থোক্‌পা ভন্‌দ্রব ঔরাদদি ওস্থক্‌প অরাব রাফম্‌ অম ওইহল্‌লে। ডাকু নিংথৌগি রা খঙ্‌নিঙ্‌ব্বন মাবু কানব মীতৈ থিবিব সেনাপতিদ ডাকুগি রা খঙব যুম্‌জাউতাবন মখোয়দ চঙ্‌জবক্‌প অহুবুদি সেনাপতিগি মপুক্‌ত কুংভাইব পোক্‌ই। মহাক্ক যুমজাউতাবদ হংলক্‌ই—"সনা,নঙ্‌গি খুংলাই মুলহৌঙ্গ হায়রিব ডাকুশিং অহু কয়া য়াম্‌হুন নিংথৌ মচা নহাক্‌ মক্‌কি নখুংত পায়ব খুংনাইবু কবম্ম মুলহৌবিবনো?"

যুম্‌জাও—সেনাপতি, ডাকুগি রাদি হায়রুহুন কান্নদে। ঐগী মীসু মঙা লোয়নবক্‌লিবনি। মহুদ শগোল্‌ অনী, নোংমৈ অহুম্‌থাঙ্‌ মঙাসু লোয়নবক্‌লিবনি। অহুবু ডাকুগি মমাঙ্গদ মাহুন কবি অমত কান্নদে। মখোয়গি অদুদ নোংমৈ অহুম্‌ন কব্রি তৌগনি।

সেনাপতি—ডাকুগি নিংথৌ অহুবু কনানো? কনান পোক্‌প—কদায়দগিনো?

যুম্‌জাউ—নিংথৌ শাবিব নীপা অহু মহারাজ অহল্‌ লাবন্যচন্দ্রগি মচানি, মাগি মমিং হেরাচন্দ্র কৌই। মহাক্‌ নহা ওইবিঙৈদগি লম্‌ হেন্ন হৌবক্‌প (লাক্‌প) অঙাংনি।

সেনাপতি—সনা, মহাক্‌ন ওইগে হায়বিব নিংথৌ অসী মীতৈ হাংলগ ঔরাগি ফনব তৌব নিংথৌনি। হেরাচন্দ্রন ওইবিব নিংথৌন

ঔরা হাংলগ মীতৈগি ফনব তৌব নিংথৌনি। সনাবু মহাক্ক মায়োক্ য়ান য়াম্নব ঙমগদ্রা? ঔরা অপুম্ব মহাকপু কিবন চিঙ্গাক্ থিব, ঈ-পাউ চৎপ ফাওব ঙম্নদ্রে। সনান নিংথৌ শেম্মু হায়রবদি মহাকপু হান্ন ফাহুন পীখিবতাই। অতুগি মতুংদ নিংথৌ হংপকনি।

য়ুমজাউ—মহাকপুদি নোংম উনব মুমিংদ ফাদুন পীবগ লেংইরে। মাকলংদ ঐদি পোৎ মুলহৌবদি ঐখোয় মডাত ওইবগি মুনহৌবনি। হৌজিক্তি ঐখোয়ত চংকদব নত্রে, ঔরা লাম্লীগ চংকদবনি। হেরাচন্দ হায়বসি ঐন পিশক্ পিকলিডৈদগি মগুন্ ঈগুন্ খঙনব নীপানি।

সনা—সনান মাহু ফাওব হায়রবদি নগুন য়েংব ওইনঙসি অসী শেক্মাইদগি ফৌ খরদং পুবিরুব ওরে। ঐখোয়গি ঔরা ওন চংলবদি ডাকুন হাংখিব শোয়দবনি। মাহুদ ডাকু নিংথৌ উনরবদি ফারকপ য়ারেদন।

য়ুমজাউ—সেনাপতি, ডাকুগি দমকৃতি নুংশা থীবিগনু। উনদব উনবদি শোয়নন ফারক্কনি।

মৈতৈ নিংথৌ মচাগি মগুন্ খঙব ঔরানি। য়ুমজাউওাবগি রাহৈ তাবদ মখোয় পুন্নমক্ নুংঙাইরে। ফৌ খোম্ব চংনব ঔরা চানঙা থৌরাং তৌরগ য়ুমজাউতাবগ শেক্মাইগিদমক্ খোঙশানখ্রে। মদক্ অসিদ মীতৈ অঙাওব শেক্মাই চৎপ য়াওখ্রগ ডাকুদ ঈ-পাউ পীখ্রে। নংখোয়ন চংখ্রবদ য়ুমজাউতাবগী রাঙাং, চংখ্রিব খোঙফম্ অদু খল্লুবগ ঔরা মন্ত্রীন হায়বকই "ঙম্মোকপনি, তিংথৌ মতেনদ পকপ লীক্লাগুম্ মিকুপ্ত মাঙখিগদব ফমগিদমক্ মপা মচা, মচীন-মনাও হাৎনরগ মীখা পোনগনি লাকুলিব সনা অসীব ঐখোয়ন থজাদ্রা? করিম্নু লৈংব ফম্ অসীগিদমক্ মপা মপুগি লংলব মি চৎ মাঙনব তোংনরবনি।"

সেনাপতি—মন্ত্রী, মী অমন অমবু তেনদবনি। সনা য়ুমজাউওাব নিংথৌ মচানি। মহাক্কিসু রাখন্ অম লৈরম্গনি। মন্ত্রীবু চহী ফন

য়ামলে, অদুবু ফম্‌গিদম্‌ক্ নাবক্ উধকত নোংজু নুংশা খাঙ্‌হন তুম্‌দ হিপ্‌তব মখৈ লাল্ লাকপিব অসিনি। সনা য়ুম্‌জাউ তাবদি ইন্‌খংলক্‌প নহানি, মবৈবাকিদংক্ লাকপনি। মীওইবগি অপাম্ব রাখল্‌দি শিরবতদ থাগদবনি। কনা খঙগনি ঙসি মৈতৈ নিংথৌবনগি মচা যুম্‌জাউতাবন ঈরদ চঙ্‌জবি। মতম অমদ ঐখোয়ন মাঙেন্দ চঙ্‌জবেই হায়নিঙ্ঙাই লৈতে। য়েরু, ঐখোয়গি নিংথৌবেল আলাউ মেন্‌দিয়াজিন মখোয়গি নবধৌ গবিরনিরাজ মহরাজগি দোলাইবেং ওইবদগি নিংথৌ হাপ্‌পিব-মনি। নইবঙ্ পানগি শাজংতি কংগুম্ ওন্ন ওন্ন চংপনি। অতুগি মথক্ত নিংথৌ ওইবগা রায়েল লমচং য়াম্ন থুপ্ন লৈ।

মন্ত্রী-সেনাপতিন হায়ব অদু অচুম্বমক্নি। অতুদ য়ুম্‌জাউতাব ঙসি, ঐখোয়ন মৈতৈন নৈবিব অমগি মক হায়নব সোয়্‌ব মাবর্জাং নংবৌগি মতমনি। কৈন ঐখোয়ন পোক্‌তে হায়বগুম্ মপাগি শাজং চংকেং অমা তৌবক্নদবা হায়বগি চিংনতুন হায়বনি।

সেনাপতি অদন মহাক্কি মমক্ খঙ্‌সি হায়বসি ঈচীন ঈনাও ঐখোয়ন অহানমক্তদ অশিব থেংনবা থাগ্রিব অসিনি। ইন্দক্কি খোঙ্‌থম্ অসিদ মাগি মশক খঙ্‌গনি। মহাক্‌ন হায়বন চুম্‌লবদি ঙসি তৌ পুবক্নি। ডাকু থেংনবাহই।

হেরাচন্দ্রগি তেঙ্গোন্দ যুম্‌জাউতাবন লুচিংতুন ঔরন শেক্‌মাইদ ফৌখোম্ব চংকদৌবি, ডাকু থেংনববদি মাগায়গি লুচিংব হেরাচন্দ্র ফাগনি হায়ব পাউ পুন্নমক্ তাবে। মহাক্ক ঔরা সেনাপতিগ ওাপ্‌নব রা পুন্ন-মক্‌সু তমতুন খঙ্‌লে। মতুদ হেরাচন্দ্রন মহাক্কি তেঙ্গোন্দ হায়খি "ইন্দক্কি য়াম্‌নুংগি খোঙ্‌ফম্ অমা ঔরন মখোয়না মপাঙ্গল্ য়েংবগি অহানব চাংয়েংনি। ডাকু নিংথৌবু কিব ঔরানি, ডাকুগি মগুণ খঙ্‌দ্রিব যুম্‌জাউতাবনি, অদুম মহাক্কি থবক্‌ত অপম্ব লৈতন তৌগ্রিব, মায পাক্ন পাঙ্‌থোক্‌শ্রবদি ঔরান য়াম্‌নুংবু থাজগনি। য়ানবংন ঔরা সেনা-পতিগি মমাঙ্‌দ তৌখিব নাপল্ অতুগি মতুংইন্ন, মহাক্কি খোঙ্‌চংত

অপম্ব লৈত্রবদি ঔরান য়াম্বুংবু থাজতুন মঙোন্দ খুংগু-খুংলাঙ শিন্নরক্কনি. ঐবু ফাব ঙমগদবোই নিঙ্‌তুন মখা তাব থবক শিন্নরক্কনি। অতুন মাদু মান্নব থম্ব নঙ্গ মী খরা চৎতুন ঐখোয় লৈরম্বদগি মখোয় লাক্পদ কিতুন চেন্‌খিব মান্নব থবক তৌরু।"

হেরাচন্দ্রগি য়াথং মতুংইন্না খন্নম (মখোয়ন লৈরম্ব মফম অমা শেম্লগ তৌজিক্ত লৈরম্বগি মতৌ উৎলগা ন খৈদ্দুন মখোয়গি ঈবাং উব মফম অমদ লোৎতুন লৈখ্রে)।

অসোম্দ য়ুম্জাউভাবগি কাঙ্বু তিঙ্গি, চীডন কোনব, মেংচুপ্পু লম্হাং, অরাংদ কঙজেঙ্‌ লৈনগি উয়েক্‌, মথাদ লঙুরু ঈপাক্‌ পাক লমহাঙ্‌ ওইব, কৌক্রু লাইন ঙাল্‌লিব শেক্‌মাই খুনজিং য়োৌবক্লে। শেক্‌মাই খুনজিল্‌ য়োৌবদ ঔরা ওয়্গোল ডাকু কিবন মশাগি রাখল শোম্থনরকই, মখোঙ্‌ থাংব হৈনিংলক্রু। ঈরাগি মতৌ উবদ য়ুম্‌-জাউভাবন চঙ্‌শিন্নব হায়বদ ঔরাশিংন খুন্‌খি "সনাখুনি পুবক্‌পগি, মাঙ্‌ থাগৎপিয়ু। নত্রগ ডাকু লৈংবগি ঈরাং খঙ্‌দোক্লগা চঙ্‌সি।"

য়ুম্‌জাউ—লাউ. নীপা অনী অতুম ইতুং ইন্নকউ। ডাকুগি ঈরাং য়েংলুসি। মখোয় নীপা চামঙাবু মখোয় ডাকু খরন কদৌগনি। ডাকুন য়ান্ন লৈরবদি ঈরাং খরদসু তকৈ, অতুগা ঐখোয়ন অসিদ লাক্পগি রা খঙ্‌দবদি মখোয়সু নিঙ্‌ঙাইদন লৈগদবনি। ডাকু অদু লৈরম্‌সন্ন কারগ সেনাপতিদ কংকে।

অসী হায়রগ মতাউ ঈকাই লাম্দ শিবগি খোঙ্‌ফম্‌দ য়ুম্‌-জাউভাব শেক্‌মাই খুন্নক্‌ চংখ্রে। মহাক্ক চঙ্‌লক্পদ য়ুম্‌জাউভাবন কৌক্রু লাইগি লাইকোও ডাকু লৈরন্নগ চেন্‌খিবগি খুদম্‌ কংলে। মাদু উবদ য়ুম্‌জাউভাব নিঙ্‌ মাঙ্‌ হাইদোক্তুন য়েংবদ ডাকু লৈতব শেংলে। মহাক্ক মতুং ইল্লক্প ঔরা থাদুন মী পুন্নমক্‌ কৌরগ মখোয় চানঙা খুন্নক্‌ চঙ্‌তুন ফৌ খোন্নব হায়রে। মখোয়গি থবক্ক অপম্ব লৈত্রবদ য়ুজাউভাবন মহাক্পু কিবদগি হেরাচন্দ্রগি কাঙ্‌বুন

চেন্‌খিব ওইগনি খল্লী। অদুগ ঐরা লান্মীশিংনা ডাকুগি রাথল্‌দ নুং-ঙাইবা ওনদ্রি, হৌখিব মোইরাংগি পোখোক্‌কুন লম্বীদ খুদোং থীগদ্রা চিংনরি। ঐরা পুম্নমক্‌ মনিঙ্‌থুংনা ফৌ খে মরবসু ডাকু লৈরম্বগি খুদম উরক্‌প অদুদগি মশাবু অশোয় অভাম্‌ লৈতনব চেক্‌শিনদে। কিন কিন লাল্‌শঙ্‌ ভান্‌না হল্লক্লে। লম্বীদ খুদোংথিব থোক্‌খিদ্রে।

সনা য়ুমজাউ তাবগি শেক্‌নাইগি খে ওচৎ মায় পাক্তুনা মতিক্‌ চাব ফৌ পুরগ অশোয় অভাম্‌ লৈতনা হল্লকলে। নীপা চামঙাগি মপোং ফৌয়াম্‌ উবদ ঐরা সেনাপতিগি মপুক্ক মহাক্ক হায়রিব রা পুম্নমক্‌ মায় পাক্ক পাঙ্‌থোক্‌প ওম্বগিদমক্‌ য়ুমজাউতাবন তেন্ন থাজখ্রে। য়ুম্‌জাওতাবগি মতৌংনা চানব লৈত্রবা ঐরা তেঙ্গানগি চিপ্পাক্‌ রাত্তুনা ফাখ্রে। য়ুমজাউতাবনা হায়খিব 'মহাক্‌কি মপি ওবদ ডাকু লোং-খিগনি' হায়বদুমক্‌ সোয়দনা থোকখ্রে। মসিদগি সেনাপতিনচিংবা ঐরা পুম্নমক্‌কি মপুক্ক য়ুম্‌জাউতাববু মখোয়গি মীচঙ্‌দ লৈরবদি ডাকু মনিঙ্‌ তৌবা ওম্নরোই হায়না চপ্‌চান খল্লখ্রে। হৌজিক্‌তি য়ুম্‌জাউতাবসু ঐরা তেঙ্গোল্‌দ মচীন্‌ চৎপ নীপা অমা ওইরে। মহাক্‌কি মরা তাদনা থবক তৌদে। মৈবিগুম্ন মথোই কাব মীওইবগি পুক্‌চেল্‌নি থাগৎপ মতুংইন্ন হরাউঙ্গ, চীবোননি খংনা খংনা তুংঙাই। য়ুমজাউতাব, ঐরাগি থাগৎ-রাহয় অমসুং চাবোনগি লাংনা কুপ্পুনা মনাও ঈবুংঙোন শান্নব তাং, শেক্‌নাইগি লান্‌লোঙ্‌ খঙ্‌দনা অওইব ওইনা খন্দুনা হেরাচন্দ্রবু মী ওইনা খল্লক্‌ত্রে। নাপল্‌গি লুত্তোল্‌ কাখ্রে। মরম অদুনা ঐরান মথরায় শোক্ক কিনরব ডাকু কাড়বুবু তূমিং-কাড়্‌গুম্‌ উরক্‌লে। ঐরাগি আতওই ওইনা লৈরব ডাকু নিংথৌ ঈরায় লায়না ফাব ঙম্নগনি খন্দুনা ঐরা সেনাপতিদ য়ুম্‌জাউতাবনা হায়রকই—"সেনাপতি, ডাকুগি লাল্‌ অসীনা কুইরবদি সেনাপতিখোয়গি থবক্ক অপম্ব অমা ওইরগনি। লাল্‌ অসী খর থুনা লোইশিন্‌সি হায়রবদি ঐখোয়না তানশিন্নব তৌবতাই। মরমদি অতানবগ অচেম্বগ অতাম্বনা কোমঙ্গ। হৌজিক্‌ তৌনরিব ফীভম্‌ অসিদগি খঙ্‌বদি

ডাকুন অত্তানব, ঐরান অচেম হায়বতু ওইরি। মরম্ অসীন অকিব ঐরান কিদব ডাকুবু ফাব কদৌনুংদসু ওম্লোই।

সেনাপতি—সনখ্বা, অতুদি করম্ তৌবগ ডাকুবু ফানব তৌসিগে? ডাকুগি পাউ তাব থর ম্বায়। মখোয়গি তেঙ্গোল্ মফম লৈরে, ঐখোয়ন থিবন খড়ব ওমদে, মখোয়দি ঐখোয়গি মীন লোম্ম চৎপ মফম্দ হেক্ লৈরমই। মখোয়ন তৌনিঙ্ব তৌরম্লগ হেক্ মচৎখি। অতুন ঐখোয়গি মী পুন্নমক ডাকুবু পড়্কিদ কিনখিবনি। অতুমক্পু ঐখোয়গি লানচাব কাওবুন তম্নব পাউদগি খড়বদি হৌজিক্ ডাকু নিংথৌ অদু মহাক্কি মীগ লোয়নন হয়েল্দ ঈক্রোপ্ নিংথৌগি লাইকোন্দ লৈহৌই হায়রি। মখোয়ন তৌহৌব ঈরাংদি মফম্ অতুদ নোংম মীনি লৈবগি ফাভন্ মাক্লি হায়।

য়ুম্জাউ—সেনাপতিন ওবিরিব পাউ অসিমক্তি শোয়ম্ব পাউরা? পাউতুন চুমলবদি ডাকু ফানব লাংলিব ঐখোয়নি। ঐখোয়ন মখোয়গি লৈফম্ তশেংন খড়্লবনক্তদ করিসু তৌদন তুমিন্ন লৈপোক্লবদি মখোয়বু কিতুন লোৎপ তাতুন মখোয়গি নাম্বাংব হেনখিগনি; অতুন মথম্বায় শুব, অচত্তব মী খরগ মতিক্চাব খুৎলাইগ পীবিরো; ঙসিনক্ লাল্ চৎনব তৌজগে। পম্বতন কান্নদে।

সেনাপতি—অদু ওইরবদি সনাখ্বান পাম্ব মী নখুৎচাগদব নীপা ৩০০গ, অপাম্ব খুৎলাইগ পুবিরে। পাউগি ম্বাদি সোয়্রবোই। চৎনব তৌরো।

য়ুম্জাউতাব সেনাপতিগি রাথং ফংলে, লাল্ চৎকদব মী থৌরাং তৌরে। য়ুম্জাউতাবদি ডাকু ফাবগি রাখন্দ মুংঙাইরি। অতুগ ঐরা লাম্মাদি হেরাচন্দ্রগি ডাকু থেংনগনি খনবদ কাল্ হায়ব লাই ওক্পগদবগুম মিপাইনৈ। ডাকু থেংনবগি রাখল্ তৌবদ অশিব থানবগুম্ কিবন মখোঙ্ থাংতুন চৎনিঙ্দে। সেনাপতিবু কিবগি খল্লগ লালশঙ্দ মিকুপ্ অমত লৈনিঙ্দে। অতুম্ ওইতুনসু মশাগি মথৌ শোয়্ব থৌশাদব

য়াদবন অপাম্ব খুৎলাই পায়নতুন লাল্ চংনব থৌরাঙ্ লোইখ্রে। ঘুম্জাউভাব, ঔরা লাম্মী ৩০০গি মথক্ত সেনাপতি ওইয়ে। মহাক্ত ফাগে থল্লিব হেরাচন্দ্র মপা মপা পোক্মিন্নব মনাওনি। মহাক্ত হায়বদ লম্ হেনলোই ছায়বগি রাখল্দ নাপলগি মৈতোন্দ ভোংতুন ঘুম্জাউভাব ডাকু নিংথৌ ফাগনি হায়ন হয়েল্ মায়াক পাংখ্রে।

অমরোম্দ হেরাচন্দ্রন হায়জব য়াদবগি মতিক্ চাব লাক্কনব খুদোংচাব থাঙ্গা ভাইরি। ঘুম্জাউভাবদি ডাকু নিংথৌ ফারগ ঔরা সেনাপতিদ খুংশিন্নরবদি মাগি নিংথৌ ওইব শোইদ্রে হায়রব রাখল্ল লমজিংলি। ঘুম্জাউভাবন হয়েল্ থুন য়ৌনিঙ্ঙি। ঔরা লাম্মীন চংলিব থোঙচং অতু মখোয়গি অদোইব থোঙ্চং ওইবগদ্র চিংনবন মখোঙ্ থাংনিঙ্দে। হুডাইকদবগি চংলি। মখোয়গি থেন্নব রাখল অসীন ঔরাগি লাল্গি থোঙচং মতম শান্দে, শুক্চেন্ তীন্নদে। অতুমক্তদ ঘুম্জাউভাবদি রাখল্ল চুংডাইবি। লম্মী মশক্ টন্নন চংলি।

—:০:—

## অতুমশুব পনক্পপ্

নুমিৎ ভারমদাইগি মতম্নি। মালংবন লিরি হুম্বদ লোক্তাক্ন লাইজ ঈপোম্ কাহুন লেংলেঙ্ হওরিউৈ নুমিৎ মশেক্ তাবন লোক্তাক্ অপুম্ব সনা মকুম্ব ইরং লংখয়ে। সনা মপাক্ মথক্ত অশংব মনি চাইবগুম্ য়েল্লা অনৌব থিবিক্ত মযুং মযুং চাইতুন মতম অতুগি লোক্তাক্পু নিঙ্থিব মশক্ হেল্হল্লি। অরংব ঈপাক্ ময়ায়দ ভানু, কাংঙনচিংব লাইজ থক্ত ভাউব চেক্লা থিবিক্ত ঈথক্কি তানথাদ তোংতুন নোয়ন নোয়ন জগোই শাবন লোক্তাক্কি মগুণ হেন্নরি। অদুগুম্ব মতম্দ হেরাচন্দ্র মমায় নোংচুপ্ পাংন ফমতুন লোক্তাক্কি মতৌ য়েংলম্মী।

লোক্তাক্কি ঈথক্ ঈপোম্ন খোংন লাউন লাংপাল্ ফুক্কে মত্তাগুম্ চোংন চোংন লাক্লগ লাংনাগি চয়থেং কংতুন নিঙ্থেংনন তুবদ মরু চুরু তুরোয় ঙামলোয় হন্খিব মতৌ য়েংলমঈ। লোক্তাক্কি কোঙ্গোল লোইনব লাইজন অক্কিব ফংন ঈথক্ ঈপোম্নগ লে'য়নন লাউন খোংন লাক্লগ লাংপাল্ অমদ থেংবদ মচৌব ঈথক অদ্ কায়তুন মচোই মচোই হন্খিব মতৌ উবদ লোক্তাক্কি ঈথক্কুম্ মখে লাংন লাক্লগ ঔরা ভেঙ্গোল্ন ডাকু থেংনবদ কায়তুন তুমিন্ তুমিন্ চেন্খিবব্ চাংদম্ন-রতুন হেরাচন্দ্রন মোমোন্ নোক্লগ হায়বকই—"ওয়্খাক্পনি, ঈথক্ লাংপাল্ মরু ফুক্প ঙমদ্রগ লাংপাল্ মখোঙ্দ কক্য়া ওয়বল্লগ হন্খিবগুম্ ডাকু ফাব ঙমদ্রগ য়ুমজাউওাব থারুম মেতৈ নিংথৌ শাগৈদ মিংচং থীহন্নব লাক্করি। অদুবগি মমাঙ্দ অবান্বন মমিৎ য়েংন লেপ্ল ঙমদবগুম্ য়াম্বুং য়ুমজাউওাব ঈমাচুদ লেপ্ল ওম্রোই। হন্দক্ করিগুম্ব খুদোংচাব ফংলবদি, হওদোঙ্ উরগ উচিন পঙ্থবগুম্ ডাকু উরগ ঔরান পঙথবিদৈদ য়াম্বুংদ ঐখোয়গি ঈগুন্ খঙ্হন্দব য়াদে স্বপনাথ!"

স্বপনাথ—নয়াম্বুং ইবুংঙো অনীমক্তি হ য়নখিব রা পঙন সোয়দ-বনি। নহান্গি রাশক্ মতা অতুন নয় মবুংন মনাখাবা ফানব সোয়দন ভৌরক্কনি। অতুবু কনান খঙ্গনি. ঐখে য়াদি সোয়দনব চেক্সিনবতায়। ঔরান থাজনব থৌরাঙ্ কয়া ভৌরম্বয়াই, রা—কয়া হায়রম্মু য়াই। নয়াম্বুংগি অরেপ্প রাদি নিংথৌ ওইবনি।

অমু—হন্দক্কি খোঙ্কম্ অসীদি তাং ওইন লাক্লম্মু অওইব ওইরবস্সু নয়াম্বুংগিদি ঔরান থাজনব থবক্ খরদি থরায় য়াওন ভৌর-গনি। নয়াম্বুং ঈবুংঙোগি মচংতি লিন্নন মথুল্ চঙ্লম্দাইদ চুম্ই হায়বগুম্ মহাক্কি থবক্ সোয়রবতদ মপূক্ চুম্লক্কদবনি।

খম্ব—ননাই ঐগিদি তাং-পাং খঙ্দে, পুঙ্য়াল্ লেপ্তুন য়ান্নব ভৌরক্কবদি ঐখোয়গি সোয়দনব তৌবতাই। অতুন নয়াম্বুঙ খঙ্দে অম খঙ্দে অঙম্ অঙম্ য়ান্নব, অঙম্ অঙম্ কক্কব হায়বতুননি।

অমু—হোয়, তুংগি থবক্ত খুৎলোদনব শেংদোক্পন খুদোং চাগনি। নক্সগদি ইতৎতক্তন লোয়রং খোংনাংগুম্ য়েৎলগনি।

হেরা—মাদুদি য়াস্ত্রি, ঐব্রান য়াম্বুংবু খুৎলাই ওইন শীজিন্নহুন ঐহাক্পু ফানব হোৎনরি। অদুগ ঐহাক্ন ভৌরিবন য়াম্বুংন খুৎলাই ওইরগ ঐব্রাগি খুৎলাই খোম্নব হোৎনরিবনি।

লবঙ্গ—ইবুংঙোখোয়, হৌজিক্তি সনা পুক্লিংঙ্ খঙ্লেদো। অহুন নশা নশাগি শোয়দনব থৌবাঙ্ ভৌরো। হৌজিক্ য়ুম্জাউভাব লাক্প লাক্তব খঙ্ত্রি। মনিদ খৌশ্‌তুন কান্নদে। অহুবু লাক্লবসু থেংনব য়ানব, লাক্ত্রে ঐখোয়গি ভোগদব ঈথৌ কায়দনব থৌরাঙ্দি তৌবভাই। হৌজিক্ অসী থেংলক্লে, অদুন নঙ্ নঙ্গি থবক্ সোয়দনব ভৌরুরো।

মালেম্ অঙানব্ হুমিংন নুমিৎসিগি অহিংদ ঐব্রান ভৌরগদৌব থবক্কি ব্রাখল্দ শাউবন মমিং লয়ন থান য়েংলম্লগ মমিং কোরি কান লোইজিঙ্ মরুম্দ থুপ্‌খ্রে। মতম্ অহুদ হেরাচন্দ্রগি তেঙ্গোল্ মাগি মাগি খুদোং চাব মফম য়েংতুন ঐব্রা লাক্প ভাইখ্রে। উচিব্রা খুন্দোন্দগি ডাকু কাঙবু হয়েল্গি মনিঙ্ লোক্তাক্ লোম্দ পরেং লৈখ্রে। কাঙ্বু অমন তুরেল্ খোঙ্নুঙ্দ লুম্লি। ডাকু কাঙ্বু অমন হয়েল্ খুনয়ায়দ ঐব্রা থংনব ভাইখ্রে।

য়ুম্জাউভাবগি ভেঙ্গোল ময়াং য়ুম্ফাল য়ৌরক্লে। মহাক্ন ডাকু নিংথৌ ফাবগ নিংথৌ ওইবগি ব্রাখল্দ লাল্গি ব্রাখল্ কাউতুন মথক্ত মুংঙাইন থিৎ থিৎ নোক্ঈ। ঐব্রা লাম্মীন হয়েল্ য়ৌবক্পদ ডাকু থেংনদুন মায়োক্লব লাল্ নৎতব অরোম্ব লান্দ শিগদ্র কিবদগি মমিং-মনা তথক্লরক্ই, মখোঙ্ থাংবদ হয়নিঙ্ব পোক্তে। য়ুম্জাউভাবদি ব্রাখল্দ লুপ্‌খিবন মচিন্দ শোল্লক্ই—"ডাকু নিংথৌ ফারবদি ঐ নিংথৌ সোয়দন ওইরগ-দবনি।" মহাক্কী চোইরোল্ ভাহৌব ঐব্রা লাম্মী থরন য়ুম্জাউভাব য়েংলগ নোক্ই। লাম্মী থরন নোক্পদু উরগ য়ুম্জাউভাবন লাউরক্ই—"ঈনাওশা, প্রপ্‌ প্রপ্‌ চৎলু, ওসি ডাকু নিংথৌ ফাদব য়াদে।"

অম্মুম্ন যুম্জাউতাব ঔরা লান্মীশিংগ লোইনন লাক্পন উচিরা খুন্জিল য়োরক্লে। অহিং মতম ওইরক্পন মায়কৈ মরি অমম্বন কোইশিন্খ্রে। অমম্বদা নিংথৌ ওইবগি রাখনগ যুম্জাউতাব উচিরবু হয়েন্ খুল্ ওইন খন্খ্রে। ময়াম্বু হেন্গংহুন লোক্তাক্ খোঙ্বান্ লোম্দ হাঙ্গথখ্রে। মহাক্ন খর চংলগ হন্ন য়েংলকঈ। অসোন্দ সোরোক্ পরিং চৎপ কাঙ্বুগি মাঙগি লম্বী থিংখ্রে। হয়েল্ য়োৎক্পগি তুরেন্ মন্নাগি অথুব সোরোক্ত মাঙ্গি লম্বী থিংলগ ডাকু কোঙ্গায় খুংলাই পায়হুন ঔরা হাৎপ হৌরক্লে। অহুগ তুংদ ডাকু তেঙ্গোল্ অমন্ ঔরা শাবগ ইন্থৎলক্লি। পূন্নমক অমম্বদ যুম্জাউতাব শেংন উদ্রে। ঔরা লান্মাদি কিবন চংলি হায়বহুনঙাই ডনা লেংবদ থকৎলে। মখোয়গি তুংদ ইন্নরিব ডাকু কাংবুন মখোয়গি খুদোংচাবঙাইরি। মতম্সিদ অংোম স্বপনাথ, মোইরাং লবঙ্গ অনীন যুম্জাউতাব কানবা ইন্নবি।

যুম্জাউ—লান্জিংব, হেরাচন্দ্রসী মোংোইদবোইনা! সেনাপতিম হায়রক্প অসীবু কনাগি পাউদগিনো?

লান্জিংব—সনা ইবুংঙো, মফম্ অসী হয়েন্ য়োদ্রি। মাসী হয়েল্গি অরাং খুন্দোল্গি লম্বীহুনি। ডাকুদি অসিরাইদ নত্তে, হয়েল্ খুনদোল্ ঈকোপ নিংথৌগি লাইকোন্দনি।

যুম্জাউ—অদূদি লম্বীবোম্দ হাইগংলু।

লান্জিংব—তেঙ্গোল্ অসিদ লৈরে। তেঙ্গোল্ অসীবু য়াম্ন ইন্নবঙুন্ উরি। খর থুন চংসি।

যুম্জাউ—নখোয়তন হেরাচন্দ্রবু কিমন্হুন তৌবনি। মহাক্ন ওম্ব থবক্সু এখোয়দগি থোইন হেনব নত্তে।

অম্মুম্ তৌন রারি শানহুন লাক্পন মখোয়ন চৎকদব লম্বীদ সোরোক্ থুংন লাংখোঙ্ কৈগাক্ তওরগ নাক্য়েৎত ডাকুন লোৎহুন ঙাইরিব মফম্ য়োরে। যুম্জাউতাবগ ঔরা লান্জিংবন তেঙ্গোলদ মক্মহু থুন লাম্বোক্নব থওরবদ ঔরা শাবা ডাকু কাঙবুন তুংলোম্দগি ইন্শিল্লক্লে।

মমাঙগি কাঙ্বুন কোম্দ তাহুন মথং মথং নন্নবদগি হৌগৎনব হোৎন-রিডৈ ডাকুশিংন অকং অকং হাৎনরে। অশোক্পা কাঙ্বুন 'শিরে' হায়ব খোঞ্জেল্ হেক্ তাবদ মতুংগি ডাকু তেঙ্গোনন তুংলোম্দগি তান-খাইহুন ঔরা হাৎলক্পন তেঙ্গোল চরাহুনরিডৈদ স্বপনাথন য়ুম্জাউ তাবনু মতুংলোম্দ স্বপকোন্ কোল্লগ "সনা ইবুংঙো, অচাক্পদ লেংথোক্সি" হায়ন পুথোক্খ্রে। য়ুম্জাউনা বন নিঙ্বন য়ান্নরিব অহুদ মহাক্নু লোক্তনব ঔরান পুথোক্পা ওইন খন্দুন ইকোম্ কোম্ন চংলিডৈদ চাকু ময়াম্ চঙ্হুন পুখ্রে।

আসোনন্দন তেঙ্গোল্ কাংখোং চাইহুন ঔরা মশিং খঙ্দন শিখ্রে। লাল্দ শিকৌদন ঔরান ডাকুগি মখুৎত বন্দি ওইখ্রে।

য়ুমজাউনাব ভাব তারক্লে। মহাক্না ফারিব স্বপনাথ য়েংলগ হায়রক্ই—"মাম ওইরে, ফাগনব ঔরাদি কাদ্রগ ঐবু ফারগ করি কান্নগদগে ?"

স্বপনাথ—সনাখ্বা ফারগ পাউ তৌজগনি, অমন সনাখ্যান মহাল্ থাক্পিনব 'লাল্ তৌশিন্নরগ খুৎলাই খর পীরক্ম য়ানব তৌসি' হায়ব সনা য়াথং মতুং ইন্ন পুনজ্রগনি। ননাই ঐখোয়ন তৌজরিব অসী ঔরান থাজনবা থিদনক্নি। সন তৌগল্ তৌজবনি। সনাখ্বাগী নিংথৌ ওইবগি রাখল্ল ননাও ইবুংঙো ফারগ নিংথৌ ওইনব হোৎনবদ ননাই ঐখোয়ন্ কাউবিবিরনি। ঔরান ননাও ইবুংঙোবু কিব অসী সনাখ্বাদ ওন্শিনব য়াররে ই।

'য়ুমজাউ—মাম, মখুং চন্লে হায়হুন পাংথোয়দি হায়রগন্নু। ঐহাক্সু নিংথৌরেল্গি মচানি।

লবঙ্গ—ইকাইদ থাক্পিরিব সনা য়াথংদো, ঔরাগি মীনাই ওইব মতম্দদি নিংথৌরেল্গি মচানি খন্বিদ্রগ মীন পুল্লগা ইপা পুথোক্কনি হায়ব অহুবু মহারাজ ইবুংঙো অহুন কন্গনি খন্বিদরা ? সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। হৌজিক্ ঔরান নৈরিব অসী সনাখ্বান নিংথৌরেল্গি মচা

ওইরবদি পুম্নমক্ অসী উবদ ঐরাগি মখোঙ্ কোন্‌ফম্ থোক্তে। নত্তে, ননাই ঐখোয়না ঈবুংঙোবু নিঙগদব ঈকাই খুম্নব উৎকদব অসীবু নপাবুং ইবুংঙোন হায়নব ব্রা ঙাকৃতবগি ঐরান মনিপুর নৈবদ মজা ঈবুংঙোন ঐরাদ নপ্‌চবগিদমক্ ওইরব্রা ?

স্বপনাথ্—সনাখ্বা, তাকপিব সনা য়াথং অদু তাকপিগনু। হৌজিক্ ঈবুংঙোন তারিব দশা অসী ঈবুংঙোন থাকৃপ লাংদ থুবনি। নিংথৌরেল্‌গি মচা হায়ব অদুসু মীতৈ লৈবাকৃকি মগুন মাঙবনি। নিংথৌ ওইবিগে হায়রবদি অহান্‌বদ নিংথৌগি মথৌ, মথংদ নিংথৌন চৎকদব শাজং, লম্‌চং, প্রজাগ লোয়নগদব শাজং মুন্ন খঙ্‌লগ নিংথৌ ওইনব হোৎনব। অদুদি নত্তুন নিংথৌগি থৌদি খোম্‌নেৎনবগ নিংথৌগি ফম্‌বাল্ পাম্‌লবদি লৈবাক মাঙ্‌নব মী ওইগনি। ননাও ইবুংঙোন "মীতৈগি নিংথৌ ওইবিয়ু" হায়ব মতম্‌দদি 'খুং য়াওদন নিংথৌ ওইব য়াদে' তাকপিরমঈ। কদায়, সনা খুং অসীবু কনানো ?

য়ুমজাউ—মামগি ব্রাসি হায়ব য়ারে হাদুন পঙ্‌হায় মহায়রেনা. ঐগি অশেংব থরসু খঙ্‌বিব ফৈদ।

স্বপনাথ—কান্নদেদ ইবুংঙো, মীগি মখোঙ্ কোন্‌বদগি হৌজিক্ মনিপুর কোংগ্রেঙ্ মকু অমগি চেঙ্‌দ শেল্ লখা মঙা ( ল্পা ১ ) য়োথ্রে। মী পুম্নমক্ চাদবন শিনরে। মসিদ ইবুংঙোন ঐরান শেন্ন নিংথৌ ওইরগ মীতৈন নুংশিগদবসীবু কদাইদনো ? ঈবুংঙোন নিংথৌ ওইরগ তৌগদবব্ করিনো ? ঐরাগি রায়েল্ পথাপ্, ঐরাগি চৎনবী চাকৃচা য়ুথক্ পুশিনদুন লৈব, লৈবাক চানিঙ্‌ঙাই লৈতদুন হুরানব। পোৎলাকৃপ. মাদু ঙমদবন চাদদুন শিব। অদুগ ঈবুংঙোন ঐরাগ তানদুন লৈবাকৃকি ঈ চুপ্লগ ফুরা-দলাল্ শাদুন নুংঙাইব, ঐরান মিতৈগি শেন্ন শেনগাউ চোন্নগদবতনি।

মতৌ অসুম্ন স্বপনাথ, লবঙ্গগি কাঙ্‌বুন য়ুম্‌জাউতাব ফাদুন পুরক্লে। অমরোম্‌দ খম্ব, শ্যাম, অমুগি কাঙ্‌বুন ঐরা ময়াম ফারগ

হেরাচন্দ্রগি লাল্শঙ্দ স্বপনাথ খোয়রু ভাইরি। নোংঙাল্লম্দাই য়ৌরক্লে, চীঙ্খৈ লৈমন অমুব ফিবোয় হোংহ্নন নুংঙাইব নশক্ তাক্লব ঙাঙ্লৈনব ফিজোন্ শেংকৎলক্লে। থাগি নুংশিং নানিবন হুম্বদ নানৌন লেং লেঙ্ ঈথক্ হওরক্পন অনৌব রাখল্ পোক্হল্লে। তাইবঙ্ জীব অপুম্বন অশিবগি তম্পাক্ত অশিবগুম্ লৈরম্বদগি চীঙ্খৈ লৈমগি মশেক্ ফংবদ অনৌব মুনিং লাক্তুন তাইবঙ্ থরায় হাপ্প মংম্নি। অসীগুম্বা মতম্দ অহিংচুপ্প লাল্ থেংনকরগ তুম্ব ফংদ্রব, লাল্ফা ঔরাশিং, মখোয়বু ফারিব মীওৈ লাম্মীশিংগা নুমিংকি মশেক্ ফংবদ য়াইন য়য়ব ঙাগুম্ ঙাউরি ঙাউবি লাল্শঙ্ য়ৌবক্লে। হেরাচন্দ্রগি লাল্শঙ্ য়ৌ-রকপদ যুমজাউতাব মহাক্কী মৈরিগুন্ কাবম্ব ঈথক্ কাব রাখল্ অতুগি ওন্নবদ মায়থিব অতুদগি মমায় থম্ফন্ লৈত্রে। লৈকু লৈরাইদ থেংব ঈথকুম্ ঈকাইবন মরু লুক্লক্লে। যুমজাউতাবন হেবাচন্দ্র ফারগ ঔরা সেন পতিদ পীগদৌবি হায়বগি মতুংইল্লক্প ঔরা লাম্মী, অতুগ যুম-জাউতাববু ঔরাদ চঙদনব হায়জনদ য়ারম্দন হুন্দোক্লম্ব মনাও ঈবুংঙো অনীগি মমাঙদ মুঙ্ অর্নাগি মরক্ত হা ওল্লে। যুমজাউতাব মশান থাক্প লাংদ থুবহুন স্বপনাথ-লবঙ্গ অনীগি রাহয়গি ঈকাইব মায়থুম্ন য়োম্হুন উনিঙ্দব হেরাচন্দ্র অমসুং ফাহুন থর্মলিব ঔরা তেঙ্গোল্ অনীগি মমাঙ্ য়ৌখ্রে। যুমজাউতাব উবদ হেবাচন্দ্র ফম্ফম্দগি চোং-থোক্তুন ময়াম্বুংগি থৌগন্লোন্ কায়দন খুরম্নগ মহাক্কি য়েংত কম্হল্লে। যুম্জাউ তাববু পুন্বগি মরম্ হংলক্ই।

হেরাচন্দ্র -মাম, য়াম্বুংমক্পু অসুম্ন ঔরা মমাঙ্দ পুন্ব অসীমক্তি তৌহন্নিঙ্দবনি। অতুবু মামখোয়ন করি রাখন্দগি পুল্লিবনো ?

স্বপনাথ নয়াম্বুং ইবুংঙোগ ঐখোয়গ য়ানদব উংনব অমসুঙ্ ঔরাশিংন নয়াম্বুংবু থাজনব তৌজবনি।

হেরা—অতু ওইরবদি য়াম্বুংবু পুল্লিবসী থাদোক্লো। অতুগ ঔরা অফাবশিং অসীসু য়াম্বুংগি সনা খুৎত শিন্নখ্রো। (যুম্জাউতাবদ

ওন্‌শিন্দুন) ননাইশিংন থৌগল্‌লোল্ কায়খিব পুন্নমক্ ঙাকপিয়ু। ঈপু ঈনাই ঐখোয়ন লৈনরিব ফিভমসিদ অস্নম্মক্ লৈরবদি অসিদগি হেন্‌ন থৌথোক্ কয়া লাক্‌প য়াই। ননাই ঐখোয়দি ঔৱাগি মখুংত তাব য়াদবন ঈশা কন্নব হোৎনবক্‌পদ থৌগল্‌লোল্ কয়া কায়রক্‌প তারি। খোঙ্‌ফম্ খুদিংদ শংগোল্ শল্ মশেন্ ব্রাইনগদবগি মহুৎত পুন্‌শিন্‌বন ফগদ্রা? শেক্‌মাইগি থবক্ অতুস্থু য়াম্‌বুং চাপ্তনব ঐখোয়ন চংথোক্‌-চবনি। সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু

য়ুমজাউ—চুমঈ ঈনাও ঈবুংঙো, ঈনাওস্থু নিংথৌবেন্ন পোক্‌পনি, ঈয়াম্বস্থু নিংথৌবেল্‌ন পোক্‌পনি। ঈনাওন নুংশিবদগি লৈবাক্‌কি য়েংহুন হায়ব মতম্‌দ য়াহৌদ্রগ য়েক্লব ওইবগ নথুক্ত বন্দি তারবদ থরায়গিদমক্ কিহুন ঈচীল্ অমত্তদ ঈবৈ অনী শুবদি পাম্‌দ্রে। ঈয়াম্ব ঔরাদ চীন্ পুৎথদ্রে। অহুন ঈয়াম্‌বগি লাইবক্ল এম্ব অম য়েংথ্রগে। ঈহাক্‌থক্তগি মীতৈ নিংথৌ মচাবু অরেপ্প লৈংব তাবদি তাহননিঙ্‌দ্রে।

হেরাচন্দ্র–সনা য়াথং ঙাকপিরিব অহু অশেংবনি। ঙসিগি থৌ-থোক্ অসীমক্ য়াম্‌বুংন ঙাক্‌পিরিব অসী তানবগি লম্‌বেল্ অমনি। 'লাইরেন্‌ন মগুন ঙাক্‌পদ লফুং কাহুন শি' অহুমক্‌পু সনা বুদ্ধি মুন্‌ন তৌবিয়্। ফম্ হায়বনি লাইবক্‌ত তম্‌দ্রবদ হেক্ ওইব য়াদে, অহুগ ওইরবস্থু পুন্‌শি কোন্নবগি নিয়ম্‌স্থু লৈতে। লাইগুরুন "মিংচৎন অমরনি, মিংচৎ উবোং খিল্লু" হায়। মীওইব ঐখোয় অশিব মচানি। ঙসি য়াম্‌বুং নিংথৌ ওইরগ হয়েং শিবোই হায়নিঙ্‌ঙাই লৈতব নপোক্ত পোল্লগ লাইবক্‌কি মথা পোন্‌ব নিংথৌ ফম্‌গিদমক্ মফম্ খঙ্‌দন মীখা পোন্‌ন অরেম্বদ পুন্‌শি মাঙহন্‌ব চুম্‌দে। অৱাংবদ কাবন মথাদ কুম্নক্‌প সোয়দবনি। অহুগ য়াম্‌বুং হেন্ন খঙ্‌বিরিবনি, নিংথৌগি ফম্‌বাল্ হায়ব মফম অসী মীরাইগন কাফদব, পোংলাইমন য়ৌফদব অঙম্ব চীঙ্‌নি। মাঙোন্দ কাবদি লাইবক্ল কয়রাক্ ওইরগ লৈবাক্ল ঙাক্‌লও ওইহুন কাগদব মফম্‌নি। অহুমক্তদস্থু ফম্বদ তাবগি অকিব মিপাইবন পুক্লিঙ্ লৈতাব

য়াদব, অতুগ অরাংবদগি য়েংব মিংয়েংন মখাদ লৈব মীবু করিস্নু লৈতন উত্থুন নাপল্ পোক্প মফম্নি। অতুবু সনা পুক্লিঙ্ থুগাইব ভমজদে, সনা পুক্লিঙ্ মতুংইন্ন তৌনিয়ু। ঐখোয়ন ফারিব খুৎলাইশিং অসীদি মাক্লংদ তাকপিরম্ব মতুংইন্ন পীবিরম্মো। অতুগ বন্দি ওইরিব ননাইশিং অসীন হুন্দক্তি য়াম্বুংদ কৎচরবনি

লাইবেনন মগুন ভাক্পদ ফুং কাহুন শি, নিংথৌ মচান য়াথং ভাক্পদ মঙক্ য়োল্লী, চীনন পুৎথরগ চাম্ঈ। য়ুমজাউতাব কাথোক্থ্রব য়া হনজিনব য়াদবন রা ভাংদন খুংলাই পুন্নমক থনম্লগ শিহৌদব ঐরা থরগ হনব তাখি। য়ুমজাউতাব ঈকাইবন মরু লুক্তন মহাক্ত তৌগদব থবক্পু মনাওন রাবক্প ওইন তৌখিব অতুদ নিংথৌগি রাথল্ থাখ্রে। ঐরাদ লাম্হোক্খিব ঈশা অসীদি নিংথৌ মচাগি য়াথং ওক্তুন মখোইগিদ লৈবগে, অতুগ মতাং চাবদ মীতৈগী ফগদব ওইরবদি হেরাচন্দ্রগি মতেং পাংগে হায়রগ ঐরা তরামুক্ পুহুন হেরাচন্দ্রগী লান্শঙ্দগি হনখ্রে।

--:(০):—

## ময়রিশুব পনদুপ

সনা য়ুমজাউ তাবন লাম্মী চহুম্গ লোয়নন ডাকু নিংথৌ ফাবা চংখিব জুমিং ৭ নি শুরক্লে। মাসী ফাওবদ অমুম্ তৌঈ হায়ব পাউ অমত ফংলক্ত্রে। লাইবার থাহুন ময়োল্ অম খঙনব তৌসি চৎপিনব মী লৈতে; থৌদারুংদ ডাকু কিবন য়ারক্কনি নিংদে। মী থাহুন পাউ অম খঙদ্রগদি খুদোং চাদব অকায়ব কয়া লাক্প য়াই খন্দুনা চৌহান্ সেনাপতি রাখল ঈপাক্ত তাহুন মঙল্ মঙল্ খল্লুরগ মমৈদ

সনা য়ুম্‌জাউ তাববু মপুকুনিংদ চিংনব পোক্লকলে। মরম্ সিদগি সেনা-পতি চৌহাল্‌ন অমুলাবদ হায়বকই, "অমুলাব, য়ুম্‌জাউতাব অসীবু ঐখোয়গি ফিভম্ য়েংনব ডাকু নিংথৌন থাবক্‌প মীরা নত্রগ মথরায়মক্ য়াওন নিংথৌ পামহ্নন লাক্‌পরা য়াম্ন চিংনবক্লে। মহাক্‌ন খুৎশু খুৎলাই মখৈ পুত্রগ ঈশিংদ লৈতুম্ থাদবগুম্ মনিল্ মহা ওাদন তুমিন্‌ন লৈথোক্‌খিব অসিদ চিংনদব ঙম্‌দ্রে।"

অমুলাব—তপ্‌থবিখো সেনাপতি 'ডাকুনিংথৌগি লাল্ অসীমক্তবু লাল্‌লোঙ্ মতা অমনি, চেক্‌শিন্ন চৎলগ থেংনদন ইতিং তিংন হল্লক্‌প অম, নত্রগ তেঙ্গোল তুম্ন শিবগ হল্লক্‌প অন থোক্কল্লী। লৈবাক চৎনবিব মায়োক্লব লাল্ ওইববদি ঈ পাউ খবম্ন থাদোক্-থাজিল্ তৌব ময়াবনি। অহুদ মখোয়গি শাজৎ অসীমক্তবু মী হাংলম্‌দাইদদ মউবনি। হন্দক্ তৌরিব থোদৌ মতা অসী লাল্ থেংনবগ ঐখোয়ন খুদোং-চাদবন পাউ পীরক্তব তাই।

সেনাপতি অহুব্ জ্ঞান তাব নখোয় অম যাওবদি ফিভম্ অসীমক্তি থোক্‌লোইদনা।

অমুলাব—মহাক্‌নদি ডাকু নিংথৌবু কবিম্ন ওইদন হায়ব. অহুগ লাল য়াম্ন চৎনিঙ্ব মতৌ অহুদ থাজবন ঐখোযম্ন চৎচহৌদ্রে।

সেনাপতি—ডাকুব্ মহাক্ত খঙ্দব নত্তে, অহান্‌বনওদ মাক্‌লংব মপোৎ মুল্‌হৌবব নীপাব্ মহাক্ত থৌওইদন হায়ব অহুন ঐন মহাক্‌পু চিংনবনি।

অমুলাব—তাক্‌পিব চুমঈ, উন্ন খুম্ন পুকুনি। অহুমক্‌পু পাউ অমতদি তাখিবন চুম্‌গনি। হৌজিক্‌মক্ মঙোন্দ থাজদবগী থবক্ লৌখৎপদি তৌবিখিগনু। মীতৈ ঔন্নান লাল্ থেংনবসি ওসি ঙরাংতগি রা নত্তে। মাসিদ ডাকু নিংথৌগি লাল্‌লোঙ্ অসীদি মীতৈ ঔন্নাগি মহৌশা লাল্‌লোঙ্‌গ শুপ্‌মান্ মান্নদে। ডাকুত ডাকু হায়ব অদুনি।

মহাক্কি লাল্লোঙ্দি লম্হাংদ নংব নোং নুংশিৎকুম্বনি। উন উন তৌকম্ হেক্ত লৈত্রবনি। হাৎলে হায়ব খঙ্ন খঙ্ন থুংহল্ব নংদবনি। মাঙ্দ হোৎনরিঙৈদ তুংলোম্দ হেক্ত শেংইখি। মরম অসিনি। য়ুম্জাউ তাবন ডাকু নিংথৌ থেংনব থব লাগনি।

সেনাপতি—নহাক্কু হায়রিব অসীনদি হন্দক্ য়ুম্জাউতাবনা ডাকু নিংথৌ ফারক্তব হাবি?

অমুলাম—কদাইদগি ফরকবানা ফরকনি হায়না থাজদে। মৈরক্ত চৎলবদ পোক্তনা তোক্পা হঙনদে। অদুগুম্ব ডাকুব থেংনরবদি মা থব শিক্হৌব, খুংলাই খর মাঙহৌবদি শোয়রোই। য়ুম্জাউতাবগি মপুক্ত ডাকু নিংথৌ অসীব থায়নগি হেরাচন্দ্র তত্নু এইন খল্লি। নরাইবক থীবনসি মহাক্তুম্ সোয়বক্প য়ানলে। মৈরিদ চঙ্ব মৈবানবীন মক্কু মমাল্ চাক্থেক্লগ পাইব ঙমদন লৈমায়লক্কু তাত্নুন লৈরগুম্ খুংলাই পুন্নমক্ মাঙহৌরগ মংকারক্পগুম্ মথুং লেংহুম্ নাইত্নুন হল্লক্প য়াই।

অসুম ঔরা সেনাপতিগ, অমুলামগ য়ুম্জাউতাবগী মবম্দ থন্নরি। অসোম্দ হয়েল্গি লাল্ লোইরে, ঔরা তেঙ্গোল্ তুম্খ্রে। নারক্ত লোৎহৌব ঔরা থরদি অমম্ব লান্ফম্দগি নাম্বোক্তুন ঔরা সেনাপতিগি মাক্ য়োনব চাদ-থক্তুন লাক্পন তারেৎনি শুবগি হুমিদাংদ সেনাপতিগি মনাক্ য়োরক্লে। মখোয়ত্নু চাদ-থক্তুন লাল্গি থগৎতুন চেল্লক্পগি ৱাবন রা ঙাঙ্ব পোক্তবে, য়োরক্পগ তোপ্-তোপ্তুরে। মখোয়গি মতৌ উরগ সেনাপতিন ওয়া রা হংলক্ই "ইনাওশা, তপ্থরো রা হংগে। য়ুম্জাউতাবন করম্ তৌহৌরিবগে অদুগ ডাকু নিংথৌন করম্ তৌরবা?"

লাম্মী—সেনাপতি সাহেব, লাল্দি লোইরে, তেঙ্গোল্সু লোইখ্রে। য়ুম্জাউতাবগি ৱাদি থঙ্খ্রে। ডাকু নিংথৌ ফাবগী ৱাখল্ থাদোক্পিয়ু। ঐখোয়গি য়ুম্জাউতাবত্নুম ডাকুন ফাত্নুন পুথিবগি ঈরাং অম তারক্নি।

অতোপ্প লাম্মী—করিনোহায়, পাউতম্বব্ব চদোল লাক্লন তম্ব অসীবো। সেনাপতি সাহেব, লাল্ অসী মাযোক্লব লাল নত্তে। মশক্ উদব, ঐখোয়গি তেঙ্গোল্স্ সু মফম্ খঙ্দে, চীৎচা পোইচাদ খুনু খরঙ্ন য়েন্নাউ লাক্পগুম্ হেক্ত চেন্খি, হাংখি খঙ্দে, ফাখি খঙ্দে, মফম্ ইখঙ্ খঙ্হৌদন মিংন কুপ্পদ কোঙ্গোল্ ভাক্পগুম্ লোইখিবনি। সনা য়ুম্জাউতাব নীপা থোক্ল য়েনরমঙ্ই, অদুবু মহাক্ কুইবম্দ্রে। মরা মখোল্ অদুম্ তাখিদ্রে। মহাক্ শিখি খঙ্দে, হিংহৌই খঙ্দে, থেংনরক্রে।

অমুলাব—এন হায়ব্বদুনি, সেনাপতি। ডাকুগি লাললোঙ্ মতো অমনি। ডাকু লৈতে হায়দুন খজিক্ কোমথোক্লুবদ কদোম্দগিনো খঙ্দে শগোল্গ-শগোল্গ গ্রুড্ হেক্ত লোইখি।

মতম্ অদুমত্তদ য়ুম্জাউতাব ঐরা কুনমুক্ক লোয়ননা চঙ্লক্লে। সেনাপতিন য়ুম্জাউতাব উবদ হায়রকই—"করম্ তৌবা সনা ইবুংঙো? খুৎলাইদি কয়া য়াম্ন মল্হৌবে?"

য়ুম্জাউতাব—রাসী তাবদসু কয়া মুংতাইরোই, অদুগ তম্গনবসু খর ইকাইরে। সেনাপতি, ঐখোয় নীপা ৩০০ন শাপোৎ—লাল্পোৎ শেৎতুন সনজীঙ্ কুক্কদবগুন্ চৎলগ পাম্বোম্ লেংদুনা নাইদুন হল্লক্প অসিদ রাখল্ অদুন্ তৌবিরো। নীপা চদুম্বু মফম্ ইখঙ্ খঙ্দন অশিবসু উদব, অশোক্পসু থেংনদব লাললোঙ্সীবু করিনো? এহাক্ন খল্লুবন নহাল্ডৈগি হেরাদু ওইরবোই নিঙ্লুই। মহাক্তি ডাকুদ ডাকু ওইরম্লে। মখোয়গি লাল্শঙ্ য়ৌবদ তেঙ্গোল্ অপুম্বগি খুৎলাই মখোয়গি লানশঙ্দ লৈরম্লে। অদুগ ঐখোয়গি নীপা ২০ অসিন পুল্লগ নীপা মল্লিন শঙ্লম্ব থেংনৈ। অদুগ এহাক্ক ঐখোয় তরা চৎ-মিন্নবসু মফম্ মরাং খঙদন মাঙ্খ্রগ এহাক্পু সুপনাথখোয় মরি মঙান নম্দুন পুন্খি। মতু মফম্ কদোম্দগি লাক্পনো খঙ্দে। লাল

থেংনব মতম্দ ডাকুন পুম্লাঙ্ লাঙ্ লম্লগ ঐবু কারব মতুংদন মখোয় মরি মঙাদ লৈরম্ঈ। মসিদ ঐ ওক্পা লোইথ্রে।

সেনাপতি, হৌজিক্ নুংবঙ্নব মতম্ নত্রে। সেনাপতিন মী কনা থানিঙ্বগে? লাম্মী কয়া থাগদবনো তাক্পিরগ লোইরে।

সেনাপতি—নত্তে, সনা ঈবুংঙোবু ৱারগদ্রা? থৌবান্গিসি।

য়ুমজাউ—মাদুন্না হংবিগদব নত্তে, থৌবাল্গিমু ঐন চংকনি। মীপান অমুক্ মায়থীরগ ওক্পা হৌরদে। খুদি অমুক্ত থীবদ কিদুন চংপ ওক্পা য়াত্রা? মায়খিব কিদ্রগ মায় পাক্পা ফংগনি। লম্মল্ শিংনবগী হন্দক্কিসি তাঙ্গা চারবনি, লাম্মী কয়া পুখো হায়বগে?

সেনাপতি—মী চামঙা পুবিখো। কনা কনা লৈ? থৌবাল্ চংনব মীপা চামঙা থোরাঙ্ তৌ। ঈবুংঙোখোয় থীল্লে চংনব লোইরো। ঈবুংঙো সনাদি?

য়ুমজাউ—ঐগীদি থৌবাং লোইরবনি নৌন অমুক্ থন্ননিঙাই লৈতে।

অমুম্ন থৌবান্ চংনব মী ঙাইনরিঙৈদ ঐরা লাম্মী অম হাথু-হাথু চন্নরুগা লাল্পাউ অমমুক্ তম্লরে—"সেনাপতি! ডাকু কাঙবু অম সাক্তুন খোমিদোক্কি তেঙ্গোল্ চাইথায়দুন হাংহৌরে। মী খর থুন থাবিদ্রবদি তুম্খিবন হানব তারে।"

সেনাপতি—নত্তে, নঙ্গিসাদ পাউ থাবরা, নঙ মরু উরক্লবরা?

লাম্মী—সেনাপতিন তাক্পিরিবদু লাক্লে। ঐমরু উরক্পা ওই-ৱবদি কদাইদগি পাউদী তম্লরগদগে। ঈবুংঙো, ঐখোয়তনবু কন্থ ফংবনি, ডাকুগি থবক্তি ৱামৈ চাক্পগুম্ চাক্শিন্নক্পনি। অদুগ থবক্ত লাইশ্মথান্বীগুম্ ঈফুৎ টফাই কাওবনি!

সেনাপতি—সনা ঈবুংঙো, থৌবাল্ চংদুন ডাকু থেংনগনি থাজদ্রে। থৌবাল্গি লাল্ তোকপিরো খোমিদোকক্ত চংপিরো। ডাকুগি চিংচা-ফোইজা অসিদ তেঙ্গোলবু থাজদন তুম্শিন্নক্লে।

য়ুম্জাউ—ঐদি চৎচরগনি। য়ারবদি সেনাপতিস্থু লাল্গি থৌবাঙ্ তৌরগ লাক্পিরো। হন্দকী খোঙ্ফম্সিদ ডাকুগি লুচিংব থর নমগ্নুন ফাহৌসি।

সেনাপতি—সনা ঈবুংঙো! ঐস্থু খল্লম্বনি। সনা চৎলমগো, ঐস্থু লাক্কে। লাল্শঙ্দ ফম্লগ হৌজিক্ চীনুদন শীগ্ন মতম্ নত্রে।

সেনাপতি—অদুদি সনাখোয়দি করম্ন নাম্বোকৃঈ?

য়ুম্জাউ—লাম্বোকৃলক্প নত্তে, মখোয়কুন্নসিগ ঐঙাক্ন নগোয়ন থা-দোক্পিবক্পনি। অহ নুবদ ইমুংগীদন ঈকাই হায়ডবদু অসিনি। সেনা-পতি, ডাকুশিংন তৌবগ্ন থবক অসীদ ঐখোয়স্থু ব্রখল্ থনখি। লাল্ চৎপনি, নীপা অম অসীদস্থু হায়ন লম্বীদ করি লৈব, করম্ন অকায়ব লৈবগে হায়বহু য়েংঙউদে। মখোয়ন থাদোক্পিরক্লব মতুংদ উরক্পনি, লম্বী ফৈগাক্ কোম্ লৈরমলে। ঐখোয়াগ মী অয়ান্ব সোরোক্কি কোমহুদ শিবতাই। অহুগ অমন চঙ্ব মতমদ লৈহৌদব পল্ অম হন্দোক্লক্পদ লৈরমৃঈ। মতুন করম্ তৌবনো খঙদ্রে। নফম্ ওহুমদ মী শিবগী খুদম্ থর লৈতৌঈ। ডাকুগি লাল্লোঙ্ নিং মাঙ্ থৎলগ মী হাৎপনি, মথোঙ্ খঙবজাৎ নত্তে।

সেনাপতি—সনান হমলিব অস্নুম্ন ঔল্লা কনা অমত্তম তমদে। অহুন ডাকুন ঔল্লা হাৎপদ ঐখোয়গি মীন চেক্শিন্দবন কোম্ন শান্নখি-বনি। মখোয়ন ডাকু কিবদগি লাল তৌনিঙ্দবন ঐপী মী অনুপ্ য়াম্ন শিখিবনি।

মতম্সিদ ঔল্লা অম স্বর থবেৎ থবেৎ চেল্লক্প সেনাপতিদ হায়রে—"সেনাপতি সাহেব, ডাকুনিংথৌগি তেঙ্গোল্ন থৌবাল্ তেঙ্গোন্ চাই-খায়হৌরে। ঐখোয় মী থর থাবিদ্রবদি তেঙ্গোল্ লোইখিবন হান্নগনি।"

সেনাপতি—ওল্লোক্পনি, ডাকুগি থৌদৌ অসীমক্তি মতা অম হায়-বহুনি। ঈফুৎ-ঈফাইদৌন অন্দগি লোইদ্রিডৈদ অম হেক্ মথোক্লই।

ঐখোয়গি চেল্লকপ মীদি থুংলবত মঙাইরি, মখোয়গি থবক্তি অমসু পায়শিল্লকই ; মখোয়গি ডাকু অসী কয়ামুক্ য়াম্থুরবনো খঙ্দ্রে।

য়ুম্‌জাউ—সেনাপতি, হৌজিক্তদ ঐহাক্ ব্রাখল্ লাক্লে। মখোয়-গি থৌবাল্ চাইখায় হায়রিবসি হয়েল্গি ডাকুশিংতু ওইবতাই। ঐহাক্পু ফাব অসী লবঙ্গ য়াওবমঙ্। মতুদগি মহাক্ উখিদ্রে। ডাকুগি লাল্-শংদ ঐগি ঈমাংদ লৈরম্ব মখোয় ১০দগি নীপা ৪গ হেরাগদ ভাইহৌই, অতৈদি মশক্ উখিদ্রে। লাল্ লোইবগ ডাকু ময়াম্ উখিদবসী লবঙ্গন পুত্নুন থৌবাল্ য়ৌখিরম্বতাই।

অমুম্ তৌন য়ুম্‌জাউতাব অমসুং সেনাপতিগি লাম্মী পুম্নমক্ খোমিদোক্কি লালফম্দ চংনত্রে। অমরোম্দন ডাকুন মায়কৈ মরিদ চাইথোক্নুন ঔরা নম্নুন ফানব শীব লোইখ্রে। য়ুম্‌জাউতাবগি তেঙ্গোল্ খোমিদোক্ লাল্ফম্ য়ৌরে। ডাকুগি মী লৈব উদ্রবদ য়ুম্‌জাউতাবন লোয়নবশিংদ হায়খি—"ঈনাওশা, ডাকুশিং অসী মরো তৌখ্রে। নত্তে, মখোয়গি থবক্ লোইরগ চংগ্রবরা? লান্‌জিংব! নখোয়গি অঙাংশিং অসী কিমনদুন কেক্ত হায়বদ হান্ন পাখৎপন ডাকু ওইন থন্দুন তম্লব পাউরা?"

ব্রারী শান শান খর চঙ্শিল্লগ ঔরা অশিব খর থেংনরে। মতু উবদগি য়ুম্‌জাউতাবন হায়রক্ই।" ডাকুশিং অসী মখোয়গি থবক্ লোইখ্রে। ঐখোয়গি লাম্মান পাউ পুবক্পতু লাল্ লোইরগ তম্লবতাই। অসিনদি লাল্ চৎপ ঐখোয়গি মায় পাক্ফম্ লৈররোই।"

অমুলাব—ঐখোয়ন তৌরিব অসী অমম্বদ পোৎ মাত্নুন থিবগুম্বনি। থেংনদব মুমিৎ থোক্লে মফম্ খঙ্দন শিগত্রা মকিব, থেংনব থোক্লে অমম্বদ উখোংগ লাইবক থেংনগুম্ মফম্ খঙ্দন খর মশিবা। অত্নুন কনান থাজগনি? ঐখোয়গি লাম্মীশিং অসীন লাল্ চৎলিবসী চৎন চৎন শিন্নিবনি।

য়ুম্জাউ—হোয়, থৌদী মতাসিন থাজফম্ লৈতে। অতুগ সেনা-পতি নত্তন অতৈদি ডাকুগি চয়থেং খড়লব ঙাকৃতনি। অতুন খোইন ঈকায়ফম্ লৈত্রেদা।

মতম্ অতুদ লাম্মী অম লাতুন হায়রৈ—"সনাখ্বা! ডাকুনিংথৌ অতু মোইবাংখোম্দ ইফোং ফোংন তেঙ্গোল্ লিংতুন লৈরে হায়ন ঐখোয়গি মীন তম্লবে।"

নীপা অদুগি পাউ তাবদ খোমিদোক্ত তেঙ্গোল্ অনী থিব খড়দবগা য়ুমজাউতাবগি মপুক্ত রাখল অম তৌবক্লে। মহাক্ত খন্খি 'হন্দক্ এন তৌরিবসি কবিনো! ওস্তে ক্ত কিগল্লব ঔরা মবক্ত মীতৈ ঈংোম্তন করি তৌগদৌবিব? অতুগ ঔরান ঐগি ফনব তৌবিবক্তনি হায়বস্তু উদ্রে। লাইগুকগি রা চেঙ্ব লায় হন্দোক্প লুহ হায়বত্ত তাবে। ঐ তৌভিক্ ঔরাদগি নাস্তেক্তব তাঞ্জা ঙাইবতাই।'

হেবাচন্দ্রন শীল্লক্প লাল্লোত্নন য়ুম্জাউতাবগ ঔরা ২০ থাদোক্পগ থৌবাল্গি টাপ্ থুগাইরম্লগ সেনাপতি চৌহান্ কানব মায়কৈ মবি কোয়হন্খ্রে। কাড়বু অমবু খোমিদোক্ত ঔরা চাইথাইব থাখিবনি। খোমিদোক্কি লানফম্দ চৌহান্ খোক্তব শীল্লগ মহ ক্কি মন্তুংত য়ুম্জাউ-তাব চংখিবগি পাউ ফংবদ নিত্নব কায়তুন লাল্লোত্ হেংলগ মোইবাং-খোম্দ ইফোং ফোংন তেঙ্গোল্ লিংতুন লাল্ শিত্নখ্রে। খোমিদোক্তস্তু ঔরা চাইথায়দুন হাংনবে। হেবাচন্দ্রন ঔরা সেনাপতিগি মগুন্ অমস্তুত্ লাল্লোত্ খত্নন লাল্ শিঙ্নবনি। চৌহান্ন মী য়াম্বগি অমস্তুঙ্ মহাক্মক্ত ডাকু থেংনদ্রিবগি উশিংতন লাল্ থেংনব লাক্পনি। অতুগ ঔরা তেঙ্গোল্ ডাকুগি মগুন খঙ্লব, ডাকুবু কিবন মমি য়াওদ্রব কাঙ্বুনি। ডাকুগি কাঙবুন ঔরাবু উশিংতন সেনাপতি নমতুন ফাবগি রাখলদ তেঙ্গোল্ অনী মায়োক্তব অকম্ব লাল্ থেংনরে। মতম্ খঙন ডাকু কাঙ্বু অমন লোয়বান্দ নিঙ্ লোমদগি ঔরা তানখায়রক্তম হাংলক্লে। ডাকুগি লান্দ ঔরা সেনাপতি শম্দগি লিংতুন চেন্খ্রে। হেরাচন্দ্রগি

কাঙ্‌বু সেনাপতি তান্নৱক্পদগি খোমিদোক্ লাল্‌ফম্ য়ৌখ্রে। ডাকুন মায়কৈ মরি কোয়হুন ঔৱা তেঙ্গোল্‌ তুম্‌খ্রে। য়ুম্‌জাউতাবদি লয়থোক্লুন মী খৱগ ফম্‌দুন ৱাখন্ তৌরি। মহাক্ন হায়খি "ঈনাওশা, হন্দক্ ডাকুন মায়োক্নব অফোংব লাল্‌ফম্‌দ সেনাপতিবু ঙম্‌খিব অসী লাল্‌ফম্‌গি অৰুব মতাং অমনি। হৌজিক্ ঐখোয় নুংঙ্ অনীগি মৱক্ত হা ওল্লবনি। হৌজিক্ নঙ্‌ন্ নঙ্‌ন খঙ্‌ব ৱাখল্ পুথোক্‌নৱো। ঐখোয়গি খোঙ্‌ফম্ অম শেম্‌হৌদ্ৰবদি 'খোঙ্গ্রা'ই শংলিডৈদ শন্ন ৱাইব' তাহুন লোইন শিৱৱগনি। ডাকুগি লাল্‌নৈ থান্‌বীগুম্ মফম্ খঙ্‌দন ঈফুং ঈফাই তৌব লাল্‌ফম্ অসিদ চেক্‌শিন্দব য়াদ্রে। য়েংউ, মখোয়গি লাল্‌লোঙ্ অসী হৈয়েল্‌দ য়ান্নব লোইবগ থৌবাল্‌দ কোঙ্ হেক্ মতৌরে। থৌবাল্‌গি লাল্‌ লোইফংতন খোমিদোক্ য়ৌরক্‌ই। অসোম্‌দ অমুক্ মোইরাংখোম্‌দ তেঙ্গোল্‌ শাহুন লাল্‌ থঙই। মখোয়গি লাল্‌ওঙ্ অসী মতা চাবদ সেনাপতি ফানব থৌবাওনি। সেনাপতি চৌহান্ চেনখ্রে। হৌজিক্তি লাল্‌ফম্ অসী থুকুউ শেল্লু ঈনাওশা! লালওঙ্ মতা অম তৌদোরি।"

অস্নুম্ তৌন ঔৱা তেঙ্গোল্‌ তৌফম্ খঙ্‌দন লৈরিডৈদ মায়কৈ অহুম্‌দগি ডাকু তেঙ্গোল্ লাক্‌হুন থাংচপ্নন ঔৱা চাইথায়হুন হাংলক্‌লে। কোন্নুংগি লালশঙ্ অচৌব য়ৌনব চেন্নৱক্‌প ঔৱান হেৱাচন্দ্ৰগি কাঙ্‌বুন থন্তুন লোইন হাংখ্রে। মতম্ অহুদ য়ুম্‌জাউতাবদি মনাও ঈবুংঙোন চৌহান্ ঙম্‌খিবগি পাউ তাবদগি মপূক্ অম ওন্দুন তেঙ্গোন্দ চেক্‌শিন্নব শীল্লম্নগ অচীক্‌প মফম্‌ অমদ মতোম্মত ফম্‌দূন মহাক্ন ওইগদব ফিভম্‌গি মৱম্‌দ খন্ন হৌৱক্‌লে। মহাক্ন মৰু লুক্‌থৱগ থম্মোয়নুংগি ৱাখল্‌ চিন্নান্ থোক্লক্‌ই "হন্দক্ ঐহাক্ন তৌৱিব অসিবু করিনো! ঔৱা মৱক্ অসিদ ঈতোম্‌তন নিংথৌ ওইৱগ করি তৌগদৌৱিবা? ঈনাও ইবুংঙোন হৌজ হৌজ নিংথৌ ওইনব থেম্‌লম্বস্নু য়াহৌদ্রে। অমুক্ হায়ৱক্‌পগি ৱাখল্‌স্নু উদ্রে। ঔৱাগি মতেং লৌৱগ ইৱৈবাক কষগি মহুংত, ঈৱৈ-বাক্কী ঈচীন্ ঈনাও হাংলগ মখোয়গি ঈ তৈৱব ফম্‌বাক কাহুন নিংথৌ ওইনব হোংনৱিব ঐসীবু কনানো? মীৱা শাৱা? ঐহাক্‌পু

নিংথৌ ওইনব হোৎনরিব, ঈখোঙ্ কোনহুন হায়জৎপ্ব হেরাচন্দ্রবু হাৎলগ ঐরাগি মখোঙ্ কোন্দুন নিরিবনা করিনো? অতুগ হেরাচন্দ্র হাৎলগ ঐহাক্ সোয়দন নিংথৌ ওইগনি হায়বস্তু অরেপ্প লৈতব রাফম্নি। হন্দক্ ঐন তৌরুবিব থবক্সী পুক্চেল্ পীক্পদগি থোক্পনি। পুক্চেল্ পীক্প নীপান তৌব থবক্ত মায়পাক্প হওনদে। কান্নদে, হৌজিক্তি ঐরাদগি নাম্বোক্প য়াব তাঙ, য়েংলগে।" অস্নুম মথন্ত চোইবোল্শুম্ ভাঙ্লম্লগ য়ুম্জাউতাব তেঙ্গোল্লোম্দ হাথু হাথু চৎলক্পদ ঐরা মচা অম লাকলগ হায়কৃই—"সনাখ্বা. সনাখ্বাদি হৌজিক্ত হাথু হাথু হোৎনবি. অসোম্দদি নোংপোক্ তেঙ্গোল, লেইত্রে। অরাং তেঙ্গোল্ তুম্ত্রে। অতুগ নোংচুপ্ তেঙ্গোল্গ, সনাখ্বাগি তেঙ্গোন্গ পুন্দুনা থেংনবদ ডাকু নিংথৌ লাক্তুন লাঙ্গোয় চল্লগ হাৎনহৌরি।"

য়ুম্জাউতাব—মখোয় ঐরা অসীন কিমনব্দগি লান্ফম্ খুদিঙ্দি মাইথীবত মথোক্লে। লাল্ লাক্তিইন মখোয়ন হান্ন চেন্গদবগি হোৎনরিববু করিগিনো? অচেম্ব মীন লাল্তম্ব হওনদবনি। সেনাপতি তৌঈ মচানত মঙাঙ্ঈ বথুংতি য়াওদে। করি তৌবগে অমুক্তসু মখুং থাংগৎতুন নীপা থৌদাং য়েলম্লগ শিখো. নীপানি হায়গে। চৎলু. লাল্-কম্ য়োনব চৎসি।

অসী হায়রগ য়ুম্জাউতাব লাল্গি ঈরাং য়েংলম্দন নীপা অতুগ লোয়নন লাল্শঙ্ য়োনব চৎত্রে। সেনাপতিগি মনাক্ য়োবদ য়ুম্-জাউতাবন হায়খি "সেনাপতি সাহেব করম্ তৌরিবগে? থোইদোক্প শোক্পদি তৌদেদনা?"

য়ুম্জাউতাবগি রা তাবক্পদ চৌহান্ সেনাপতি খুন্নকৃই—'সনা ইবুংগো! থোইদোক্প সোক্কে। অতু করম্ তৌসি হায়বগে? ঐখোয়ন ডাকু লাক্কব য়ারোই, থবক্ লায়থোক্লুবদগি মখোয়গি খুৎ মপুঙ্ ফাত্রে। খুৎলাই হায়র, ঐখোয়দগি খুৎলাইশন মখোয়গি রাৎতন লৈত্রে। হূরান্ লাননা তৌরম্ব ডাকুন হৌজিক্তি পুঙ্য়াল্ লেপ্তুন

অফোংব লানফম্দ চোংথোক্লক্রে। ঐগি মীন মমিদ থগত্তুন শিব ঙম্লে। সনা ইবুংঙোন তৌঈ, তিঙ্গত মউংলী থবক্তি পাঙ্ব ঙম্দ্রে হৌজিক্ ঐখোয়ন তৌগদব অসীবু করিনো?”

য়ুম্জাউ—হোয়, সেনাপতিস্না নরাইবক্ থীবন খুৎ ফত্তবদ সেনাপতি ওইব, ঐহাক্সু থবক্তি পাঙ্দন তিঙ্গত উত্তুন ফম্ পাম্ব নিংথেম্ মচা ঙারে। ঙসি ফাওবদ মখোয়গি মীদি অমত শিগ্রি, ঐখোয়গি মীত মশিব অসিন মখোয়ন ঐখোয়বু উশিংপ হওনদে। ঐখোয়গি লান্মীস্ ডাকুগি মমিং ভাব য়াদ্রে, চেন্‌গদবগি। সেনাপতিন হেন্না খঙ্-বিরিবনি, থবক্ হায়ব অসীমক্তবু চীন্না ঙাঙ্বগ খুৎন তৌবগ অসী খর থেন্নৈ। য়ুম্দফম্লগ চীন্না লাল্‌থোঙ্ শীম্ব করিগুম্ব মতম্দ থবক ওইব য়াদে। মাসীদি য়ুম্দ ফম্ব মীন কয়থেলনি পোৎ মমল্ লেপ্পগুম্ চংনব য়াদব থবক্তি। অতুগ লানফম্দ মশা চোংথোক্লুন য়েক্লবগ খোঙ্-ফম্ য়েংন থেংব লানন লাননি। হৌজিক্তি ঐহাক্ না ঙাঙ্জররোই; মবম্দি হেরাচন্দ্রগ অনীরক্ অহুমলক্ থেংনব লাল্‌সিদ মশা ফাব ঙম্-দ্রবসু মহাক্কি মী অমত্তবু ফাত্তুন সেনাপতিদ পীব ঙম্দ্রি। অসিদ ঐহাক্পু থাজনিঙাই করি লৈরি? হায়ত্তুন কান্নদে, মনিপুরদ লৈরিব ঔরা অসী, সেনাপতি ফাওব হেরাচন্দ্রন উশিংপ কনা অমত য়াওদে। অদুন ঐখোয় ডাকু ওম্বগি না লৈতে।

সেনাপতি—হোয়, সনা ঈবুংঙোন হায়বগুম্লত্তুন মনিপুরদ লৈরিব ঔরা অসীন ডাকু থেংনব মতীক্ ওইররোই। ঐহাক্সু মতীক্ চাদব সেনাপতি অম ঙারে।

য়ুম্জাউ—সেনাপতিস্না রাখল্ তৌবিয়ু। ঐহাক্ পাম্বদি ঔরাদগি মী খর কৌথোক্পা পাম্‌ঈ। নত্তে, অঙাওব অহুবু করম্ তৌরিবগে? মহাক্পু ঈকোম্ কোম্ন খঙসু চুম্দে খল্লি।

সেনাপতি—মাগি রাদি করিস্না লৈতে, হৈয়েলগি লালদগি ঙসিফাওব লাল্‌শঙদ লেঙদন লৈ। মোইরাংখোম্গি লালস্না ঐহাক্ক চংমিন্নৈ।

অসুম্ন লুন খন্নবিগৈদ ঔরা অহুম্ লাকৃতুন ককচিঙ তেঙ্গোল্ চাইখাইখিবগি রা তম্নবে। মাতু লোইড্রিগৈদ শিঙ্জমৈদ ডাকুন তেঙ্গোল্ লিংতুন লাল্ শীঙ্নববগি পাউ তম্নবে। মাতু তাবদ সেনাপতি শাউবপা হায়বকই—"লাল্ ঙম্বগি রাদি অমত লাক্তে। পাউ তম্নব পুম্নমক্ ডাকু কিবগি রাত পুবকঈ। ঙাঙ্নবিব রা অসিগি ঈবাংতমু যেংউনা।" সেনাপতিগি রাহয় অতু তাবদ ককচিংগি পাউ লাক্প ঔরা অমনা হায়বকই,—"সেনাপতিন ত কপিবিব অতু ডাকু খেংনবিদ্রিব, মপাল্ খোক্তবন তাক্পিবনি। সেনাপতিমু ডাকুগি চয়খেং এমুক্তং ফংবদ শঙ্গদবনি। সেনাপতিন ফন হোৎনবিতুনসু যুমদ খোঙ্গাই চন্তুন খৌদাবনদি কান্নবরোই। ডাকুগি থবক্তি তুবেল্গি ঈচেল খাম্ব যাদংগুম্ অবেপ্প লৈতন তক্শিল্লকই। যুমদ ফম্ব মীন মখোযগি থবক্তি শঙ্-বিদেদো। ঐখোয়বুত তৃয খৌদব খৌজিনবগুম্ থাজিন্বনদি কান্নবরোই।

সেনাপতি—তুমিন্ লৈয়ু, অরুব রা খন্নবিগৈদ নঙ্গুম্ব খোঙ মীনসু অমুক্ তাক্রবিববা?

ঔরা—শাউবিগনু সেনাপতি, মনাই খাউপুবদসু রা তানৌ হায়ব লৈ। খন্দুন যেংদিয়ু. ঔন্নান খৌনা ফবম্ব অসীবু ডাকু নিংথৌ লাক্রিগৈদ ফবম্ব নত্রা? নোংমদ মীতৈ লখা লখা, লীশিঙ্ লীশিঙ্ থাদৃম পুবকঈ। হৌজিক্তি কদায়, মীতৈ ফাবৰু হাযয়ে. ডাকু অম ফাওব লাক্রব ঙম্দ্রে। মাসী সেনাপতিখোয়ন লাললম্ শানবীব শোয়বননি খদ্রে। ডাকুন নোংম নোংমগি মী চাম চাম, চনী চনী, হাৎখিবন ঔরা তুম্শি-ন্নকলে। হুয় চীক্রবদসু ঐগি হুয়বু ঙম্হন্নিঙ্ঈ। অতুগিদমক্ হায়-জবনি।

সেনাপতি—চুম্নে, হৌজিক্ ঐগী রাখল্ মফম্ শঙ্দ্রে, মঙ্দ শামুন তান্বগুন্ মকম্ শঙদ্রে। চোংথোক্তুন য়াম্নসি হায়র ঐখোয়গি মীন ডাকুবু কিবে, খেংনহৌদ্রে লাল্গুঙ্ অম ঠৌখিতুন লাল্ মাঙ্খিব

য়ান লৈরে। হন্দক ঐখোয়গি থবক্ অসী মীচা শিসন্থ নিঙ্‌হুন থোওইদন তৌরুবদগি ঈচাশি হায়বহু ভারবনি। মীতৈ মুৎনব হোৎনবদ ঐখোয়গি তেঙ্গোল্ মাঙ্‌বনি। লাল্গি থবক্তি পম্ব য়াদে, হৌজিক্মক্ অমুলাব লানজিংব নঙ্ শিঙ্‌জমৈগি লাল্ফম্ অসী চৎলো। ঊরাগি লান্জিংব অসী সনাগ নহান্ন ঐখোয় অহুম্‌দ মঙাইবে।

অমুম্ন ঊরাগি মাইকৈদ নীঙ্‌হম্নব লৈতন লাল্থেংননব থৌরাং সেনাপতিন শিন্‌খ্রে।

অমহোম্দ হেরাচন্দ্র চিঙ্‌ঙা পিশুমন কোম্ব শিঙ্‌জামৈগি অথুপ্প মফমদ খুদোংচাব যেতুন তেঙ্গোল শারগ ঊরা লাকপ ডাইদি। অতুগ চৌহান্ সেনাপতিগি য়াথং পুহন ঊরা লান্জিংব অমুলাব, মুমিং অদুগি মোইবাখোম্, খোমিদোক্ত হংখিব মীহাং অতুগি রাখনন কুপ্পুন মখোঙ্ থাংনিংত্রব লামী মখৈ খোঙ্গ্লগ ডাকু থেংনব চৎলি। অমুলাবন মথৌনা লৈব, মাপুক্ থওগংপ হৈব, মী উশিংতব লান্জিংব অম ওইবন মহাক্কি থওগংপ রাঙাঙ্, কিদব মতৌ উংপন মথৌনা লৈন লম্জিংহুন তেঙ্গোল্ পুহুন লাক্লি। মীওইবগি থবক পুক্কিঙ্‌গি মথা পোল্লি। অমুলাবন ফন থংগংহুনম্থ ঊরা তেঙ্গোম্ন মপুক্ চঙ্‌দে। চৎলিব খোঙ্‌চৎ অদু মঙম্ শান্দন ফুদিংত মাঙ্‌জোং চোংবগুম্ মখোঙ্ থাঙ্‌নিঙ্‌দন শিঙ্-জমৈগি লাল্ফম্ য়ৌনব চৎলি। ডাকু তেঙ্গোনন লাল্ ওম্বগি ময়াইন মৈতাল্ অশাব নেৎপগুম্ মরাঙ্ হওরি।

হেরাচন্দ্র তুমিন্ন তেঙ্গোল্গি ঈরাং য়েংলগ হায়রকই "লৈবাক্ মচাশা, তপ্‌থখো। লাল্ফম্ অম অনী ওম্বগি ময়াইন নাপল্ কাহুন থবক্ত অঙম্ ভান্ব হওনদে। 'ঐ হায়ম নাপল্ কাবদি রাংলৈ য়ুথক্পগ অঙ্কানি' হায়ন অহল্ লৈম্মগ্ন হায়নব রা লৈ। ময়াই পঙ্কা কাগন্নসি। অদুগ "নোংশা মখোঙ্ মরি পানিবদস্থ হোরংলী" হায়নৈ। থবক্ত মম্ব অশৌয়ব লাক্কনি। চাক্ লাম্ঙ্গ হায়হুন থুৎ অনীন হুক্প য়াদে। অদুন তপ্‌থবিয়ু, ডাইবদ কন্‌সি, চাও হায়রগ থয়াগ্ন, ফংউ হায়রগ

খুবাক্ত সোয়দন তাবক্কনি। মাইবন অনাব থিব হুৎনদে, অনাব মীন মাইব থিগদবনি। হৌজিক ঐঙ্গা লাল্গি চয়নাখোল্ ফংলবনি। মখোয়ন সোয়দন ঐখোয়বু থিবক্কনি। ঐখোয়ন তৌগদবদি ঐঙ্গা লাক্লে থেংনগনি, লাক্তব থোক্লে তান্শিন্নুন মখোয়গি টাপ্চাও থুগাইনব তৌগনি। হৌজিক্ ঐখোয়ন তানশিনব মতম্ নত্তে। ঐঙ্গা তেঙ্গোল্ হৌজিক্ চেল্লবনি। অচেম্ব মীগি শাজৎতি চেম্ব মখৈ চেল্লম্লগ চেন্ফম্ লৈবক্ত্রগ ওনশিন্দুন থেংনব মনাৎনি। অদুন ঐঙ্গা ফম্দুন লৈব মতম্ নত্রে, সোয়দন লাকলগদবনি। মখোয়গি ফিভম্দি সমুদ্রগি ঈথক্ক ঈয়ায়দগি লাউন খোংন চেল্লক্লগ লৈরাই য়োবদ চেন্ফম্ লৈংদুন ইপাক্ লোম্দ ওন্শিন্বগি ফিভম্দু ঐঙ্গা তেঙ্গোলগি ফিভম্ য়োরবনি। মতাংসিদ ঐঙ্গা তেঙ্গোলুন নিঙ্ঙাইদন লৈথোক্কদব মতম নত্তে।"

অমুলাব লান্জিংব ঐঙ্গা তেঙ্গোলগ শিংজমৈ লালফম্ যোথ্রে। চৌহান্ সেনাপতি ভূমিন্ন লৈব য়াবক্তদুন যুম্জাউতাবগ লোয়নন ঐঙ্গা লাম্মী খব পুদুন লাল্ লাক্লে। থবক্ক মতম্বু পুবক্তে, মতম্ন পুবক্প মতুং ঈন্ন থবক্ থোক্ই। মতম্ন লাকলবদ থবক্ক পম্ব য়াদবন অমুলাব মতম্ন পুদুন শিঙ্জমৈ লাল্ফম্ য়োরক্লে। মীৎইবন মতমগি খুবাক্তগি নাম্থোক্প য়াদবন অমুলাবগি তেঙ্গোল্ মোইবাং লবঙ্গগি কাঙ্বুন ঐঙ্গা ঙাইব মাযকৈদ ঈবাংয়েংব চঙ্লক্লে। মতমগি লাংদ থুবব ঐঙ্গা তেঙ্গোল্ হেবাচন্দ্রগি কাঙ্বুন মতুংদ থংলগ লবঙ্গগি তেঙ্গোল্ন মাঙদ থক্তুন হাৎলে। অমুলাবগি কাল্ লবঙ্গগি টা মতোন্দ তোংথ্রে। মহাকুকি কাল ওইব লবঙ্গগি মমাঙ্দ তাদুন মখোয় অনী মায়োক্কব লাল্ফম্ য়ান্নবকপদ লবঙ্গগি টান থিন্দুন অমুলাব মথরায় থাথ্রে। তেঙ্গোল্ পুব নীপান তুথ্রবদ ঐঙ্গা তেঙ্গোল্ মফম্ মরাং খঙ্দন নোংলৈন পুব উনাগুম্ মায়কৈ খঙ্দন চেন্নরে। লাল চেন্খিব ঐঙ্গাগ চৌহাল্ য়ুম্জাউ অনীগি তেঙ্গোল্গ ওক্কদুন মোইরাংখোম্দগি লাল্শঙ্ য়োনব চেনশিন্থ্রে। লাল্গি ঈরাং লৈখিদ্রে- ঐঙ্গা অপুম্ব লাল্শঙ্দ

ঈশিংদ থাদব লৈতুমগুম্ মনিল মগা থোক্তন লৈগে। মতম্ অতুদ অঙাওব নীপান ঐরাগি থবক্ পুম্নমক হেরাচন্দ্রদ তন্‌লম্লগ অমুক্ ঐরা তেঙ্গোল্‌দ লৈগ্রে।

—:( ০ ):—

## মঙাঙ্গুব পম্‌দুপ্

থায়নগি মনিপুরদী মীয়ামন লাঙ্বব, মীয়াম্ তিনবগি ঈরাং, কোন্নুংগি ফজব, সনা কোন্নুংগি নিঙ্থিব পুম্নমক্ লৈখিদ্রে। হৌজিক্ থায়নগি মথৌথনব অঙম্ অথৌন অহিং নুংথিল্ নাইদন নিংথৌগি থৌদাংদ পুক্তিং চঙ্‌লম্ব, মথৌ খঙ্‌ব লৈবাক্ মরৈবাক্ ঙাক্লব লাল্পুপ্ কাহুন হোংনরম্ব, নোংমগি মথৌ লাক্লবগি লাঙ্‌লম্ব মনিপুর লৈবাক্ ঙসিদি অশিবগি লৈবাক্কুম্ অকিব শক্ফম্ ওইগ্রে। ঐরান থেংখাঙ্ থেংখাঙ্ মীতৈ খোম্‌হুন পুল্‌লপ্ পুল্‌লপ পুখিব তমসুঙ্ অফং অফংব হাংখিবন মী লৈরব লৈবাক্ অসিদ মনিঙ্ তৌন চংলম্ব, অফং অফংব পোৎ খোম্লম্ব, তৌনিঙ্‌বস তৌরম্ব ঐরান ডাকু নিংথৌ কিবদগি চংথোক্‌খিদ্রব অতুদ মনিপুর লৈবাক্ মী লৈতব লম্ অমগুম্ মীচিক্ মীখোল্ তাখিদ্রে। চীঙ্‌দ মানদ, নারক্ উরক্ত লোংচব কাঙবুসু চাব ফংদবন শিজিল্লকলে। কোঙ্গেঙ্ মকু অম থম্ব চেঙ্‌দ শেল্ লখা মঙা (লুপা ১) য়োগ্রে। লম্বী পুম্নমক্ মী, শা অমতন তুবং চংখিদ্রে। নাপীন নাহুই লোন্‌খিবন মমিদগি হেন্ন লৈত্রে। মনিপুবগি থায়নগি ফজব শক্ফম্ য়েংবদ মঙ্- লৈবাক্কি অকিব শক্ফম্ ওইগ্রে। মতম্ অসিদ লাল্‌ঙম্ ময়াইন লৈবাক্সিদ মখে লাংলম্ব ঐরা পুম্নমক্ নিঙ্‌ব কায়হুন ঈরুপ্পগুম্ মনিল্ তাখিদ্রে।

মতম্ অদু অমম্ব অহিংনি, মকু, কৈ মরু মপাল্ থোরুখিদ্রব মায়কৈ অপুম্ব শুরু মম্ব্রব মতম্দ, নোংচুপ্ত লাঙ্গোল্ চীঙ্গ্ন কোয়রিব, নোংপোক্ থাঙ্মৈবন্দ খুন্শাংন কোয়রিব খা নোংচুপ্ত থোঙ্ঙাক্ লাইরেম্মগি খুভম্ অরাংদ লাঙ্গোল্ নিংথৌন ঙাল্লিব, তরুং লাইরেম্মন থৌগল্ তৌরিব লম্ফেল্ ময়ায়দ হাঙ্লব লম্হাং মচিদ হেরাচন্দ্রগ নীপা মরিন কনাগুম্ব অমবু ঙাইবগুম্ রা ঙাঙ্দন তুমিন্ তুমিন্ ফম্ই। মখোয় মশেল্ অমগ অমগ শক্ উনদে, রা ঙাঙ্নদে। মতম্ অদুদ হেরান অচীক্পদ্ব থুগাইদুন তপ্ন তপ্ন হায়রকই "মখোয় অদুবু কবি তৌরবনো হৌজিক্ফাওব য়ৌরক্লে। হৌজিক্তি ঐখোয়ন তৌগদব অম খন্নব তারবনি। ঐরা মরৌ তৌখ্রে। মনিপুর থাদোক্তুন চেন্খিবস্থু নত্তে, অদুন মখোয়গিসিবু ঐরাদগি অনৌব মী লাক্প ঙাইরিব্রা, নত্রগ মখোয়গি খোঙ্ফম্ চাব য়েংদুন মতম্ ঙাইরিব্র অম তৌগ্রে। মখোয়গি লাল্বল্ চঙ্দুন থুগাঈনব তৌরবস্থু খুদোংচাদব থোক্তুন মখোয়ন খোঙ্ফম্ চাগ্রবদি অস্থুপ্ ফজন পুথৎলক্লব থবক্ অসী হি থুংলম্দাইদ হি লাক্প তাদুন মাঙ্লগদ্র? অদুগ ঐখোয়ন ঈরাং য়েংদুন লৈরগ মখোয়গি খুদোংচাব পীব থোকখিগদ্র? ঐরাগি ঈরাং অমতং তারবদি রাখন্ থোকনি।"

লবঙ্গ—নহাল্ ননাই অদুন হঙ্গৎলম্ব অদুস্থু সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। ননাইন ঐরা মতম্ খর লাল্ তৌরোই. মরমদি চপ্ চাবদি খঙ্গদে, মখোয়গি মী ঐরাদ থাখি হায়রম্ই। ননাইন হঙ্গংলম্বগ ঐরান তৌখ্রিব থবক্ অসিগ ঐরাদগি মী কৌথোক্প ওইবতাই।

অমু—ঐরান থাঙ্গৈশেংন সনাখ্বা কিবদগি লাল্ তৌদব ওইরবদি মফম্ অসী থাদোক্তুন চংখিগদবনি। মখোয়গি মী রাৎপদগি খুদোং চারোইদব উত্তুন ঐরাদগি মী ঙাইব ওইব তারে।

খম্ব—সনাখ্বা, ননাই চৌহান্ সেনাপতিগি মমিং তারকপ ফন কুইরে। ঐরাগি মমুংদ মহাক্কি মথক্ত লৈরিব সেনাপতি অসী কাপ্তেউল্,

পাখানউল্ অনীত মঙায়রে। ঐখোয়গি লোয়রান্দ চিংচা পোইজাদ মকম্ খংদন তেঙ্গোল্ মাংম্ব অসীন অতোপ্প লাল্ওং অম মমুংদ শিল্লম্-গনি। ঐখোয়গি থৌরাং অমদি ভৌব চুমঙ্গ।

হেরাচন্দ্রগি কাংবুন ঐরাগি ঈরাং য়েংন থৌরাং তৌননব অচীকৃপদ চীক্ল রা তানরি। ঐরা ল'ল্শংদ ঐরা অথৌব পূম্নমক্ল অমুলাব শিং-জনৈগী লালফম্দ শিখিব অমমুং ঐরা লাম্মী কয়া শিজিল্লকপ অসিন মীটৈ হাংনব রা তান্নবদ সনা য়ুম্জাউতাবম্সু য়াওরি। মহাক্ল তৌরিব থবক্ অতুন মরৈবাক্ মাঙনব মজাতি হাংলগ নিংথৌ ওইনব ঐরা খন্ন তারকপ অদৃদ নিঙ্ঙমদব মুংনাঙ্বন মপুক্লিঙ্ ইঙব য়ারক্লে। ঐরা মরক্ত মতোম্মত তুমিন্ লৈব ঙম্লক্ত্রে। মহাক্ল রা ঙাঙ্গদবম্সু হায়নখিব রান ঙান রা ঙাঙ্গদববু ঈশিংন পল্লী হায়বগুম্ ঙাঙ্ব ঙম্দ্রে। মহাক্ল নিংথৌ ওইবগি রাখলম্সু ঐরান থৌওইরক্তবগ, মহাক্কি রাখল্ হোংনীংলক্লে, ঐরাশিংন খন্নরিব রা অতু মনাও হেরাচন্দ্রদ তম্নিঙ্বন ফম্ব য়ারক্লে। য়ুম্জাউতাব নিংথৌগি রাখল থাদোক্প্রে, মনাওগি মনাক্ য়োনব তাঞ্জা ঙাইতুন লৈখ্রে।

মতম্ অতু থেংজিল্লক্লে। ঐরা পূম্নমক্ চাব থক্প লোইতুন অশিবগুম্ পোংথানখ্রে। থেংগ্রব অহিং অতুদ য়ুম্জাউতাব মনাওগি লৈফম থিব থোক্লক্লে। মহাক্ল খনখি—'ঐরান হায়নব, ডাকুদি কিরব, মখোয়গি মরা ঙাংনরব নত্রগ উননিংলবদি হেক্ত থেংনৈ' হায়ব রারীতুন লমজিংতুন, অমরোম্দন ঐরান খংখিগদ্র মুংশাথীবগ লোয়নন পুক্লিঙুন পুব মায়কৈদ চংলক্লে। মহাক্ল লাক্প লম্বীদ ঐরাগি ঈরাং য়েংলম্ব মুপনাথন মহাক্পু উবদ নাথৈতুন লৈখ্রে। য়ুম্জাউতাব নিং-মাং য়েংতুন খোংথাং থুরপ্ লাকপ উবদ মশক্ খংলতুন মুপনাথন "সনা ইবুংঙো, কদোম্দ চংলিবনো?" হংলক্প তাবদ খাই লাউন থগংতুন চপ্ লেপ্ই। মাতু উবদ মুপনাথ "মামনিনে সনা ইবুংঙো! কদোম্দ লেঙ্গদৌরিবনো?"

য়ুম্‌জাউ--এঃ, মাম ওহঁরে, ঐহাক্‌ মামখোয়বু থিরক্‌পান। মাম ঈবুংঙো, ঙসিদগি নিংথৌগি রাখন্‌ থারে। ঐহাক্ল তৌরুব থবক অসী জাতি মাঙ্‌নব থক্ত তারমলে। ঙসি ঔরান ঙাঙ্‌নখিব রা অদু তাবদ ঐহাক্‌ ফম্ব য়াদ্রদুন মামখোয়দ পাউ তম্‌গে লাক্‌পনি। মামন ঐহাক্‌পু ঈনাও ঈবুংঙোগ উননব তৌবিয়ু। অদুগ ঐহাক্তি মখোয়ন ঙাঙ্‌নব রা অদুগি অওইব খঙ্‌দ্রিব ফাওবদি ঔরা মরক্ত লৈখিব তাবি।

সুপ—অদু ওইরবদি থিম্বদুন কান্নদে লেঙ্‌লসি। মামসু মী অম থিরক্‌পনি, ঈবুংঙো উনরবনিন থোইদোক্তে লেঙ্‌লসি।

য়ুম্‌জাউতাবগ সুপনাথগ মখোয় অনীন ময়ান্ন লৈব মফম্‌য়ৌনব চৎখ্রে। অসোম্‌দ মতম্ন নোংয়ায় ইদু হেল্‌লক্‌লে। মখোয়ন ঙাইব মীন লাক্‌তবন অমম্বদ ফমদুন তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈরিঙৈদ লৈচিল্‌ নোংফাইগুম্‌ মুশুক্‌ মুন মীগী মতৌগুম্ব অনী ইরাং রাংন লাক্‌প উবে। মখোয় মরি অদু অমগ অমগ রা ঙাড়নদন হুংদুম খিনবগুম্‌ তুমিন্‌ তুমিন্‌ ফম্‌দুন ঈরাং য়েংলি। মখোয় অনী অদুন মখোয় মখিন লৈব মায়কৈদ নক্‌শিল্লক্‌প মতুংইন্ন মশক্‌মক্‌ খঙ্‌দ্রবসু নীনি হায়বদি তশেংন খঙ্‌লে। মখোয়গি শাজং অদু য়েংবদ অমগিদি মশক খঙ্‌ব মাল্লবসু অমদি অবেপ্প খঙব ঙমদে। অদুগ ফিশেং য়েংবদ ঔরা নত্তে হায়বদি খঙ্‌লে। মরম অদুন মখোয় পুন্নমক্‌ তুমিন্‌ তুমিন্‌ লাক্লিব অনীদুদ য়েংদুন লৈরি। মখোয় অনীসু অপম্ব লৈতন খোঙথাং কন্থক্‌ চঙ্‌শিল্লক্‌ই। খর নক্‌শিল্লক্‌পদ অমদি সুপনাথকি শাজং মাল্লী অদুবু লোয়নরিব অমদুগি ফিভম্‌ খঙ্‌দবন মহাক্লি হায়বসু ঙমদে। মখোয় অনীন চঙশিল্লক্‌পন মখোয়গি মনাক্‌ য়ৌরক্লে। মখোয় মরিগু মশাগি শাজেন্‌ তৌখ্রে। সুপনাথন চঙশিল্লক্লগ "সনাখ্বা, ননাই ঐ লাক্‌চরে" হায়রগ ফম্‌থরে। অম অদুগি রা হায়নদ্রিঙৈদ সুপনাথন "ময়াম্‌বুং ঈবুংঙো লেঙ্‌শিল্‌লক্‌উ" হায়ন কৌরগ হেরাচন্দ্রদ "নয়াম্‌বুংনি" তাকঈ। য়ুম্‌জাউসু "ঈনাও ঈবুংঙো ঈয়াম্বনি" হায়রগ নয়ামগি মরক্ত কম্লরে। মখোয়ন ঙাইব মী অদুগি রা পন্নখিদ্রে।

ইথা থাজদন য়ুম্জাউতাবন লাক্লিব মওং খল্লুরগ হেরাচন্দ্রন খুরম্নগ হায়রকই "য়াম্বুং সনা পুক্লিংদু করম তৌবিরিবগে? নপু ননাইন কদাইদ করম্ন থেংনত্নন লেঙ্লক্লিবনো?"

য়ুমজাউ—ঈনাও উননিংহ্নন থোরক্পদ মামগ থেংনত্নন লাক্মিন্ন-বনি। হেবা, হৌজিক্ ঈয়াম্ব ঔরা মবক্ত লৈব য়ারোইদৌরে। মখোয়ন ঐহাক্পু খোমিদোক্কি লাল মতুংদগি চিংনবগুম্ তৌরে। মখোয়গি অচেং অকোম্ তানফম্ ওইবম্নদগি হৌজিক্কি তাহন্নিঙদগুম্ তৌরে। ঙসিগি অনী শঙ্গা অম চাবন মখোয়গি লাল্লোঙ্ তম্নিঙ হ্নন লাক্-পনি।

হেরা - ঔরাগি করম্ব লাল্লোঙ্ তৌগ্রবগে? মখোয়গি মী য়াং-লবরা?

য়ুম্জাউ—হৌজিক্ ঔরা লাল্ তৌদন মখোয়গি টাপ্ অসীত কায়দনব ঙাক্তুন লৈগদৌরি। ঔরা লৈবাক্তগি মী লাক্প ভাইখিগ-দৌবি। মখোয় হৌজিক্ য়ুঙ্ অনীগী মরক্ত হা ওইরে। কাছার-রোম্দ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীগ থেংনবগি অরাব, মনিপুরদ ঈনাওগি কাঙ্বু লাক্লব ভমদবগি অরাবন মখোয় খুদোং কয়া চাদ্রে। মরম্ অত্নন ঔরা নিংথৌদ পাউ থাত্নন পাখাউল্ সেনাপতিগ লান্মী লীশিঙ্ তরাগ থারক্লব মী থাগ্রে। মাতুগি পাউ ভাইগদৌরি।

হেরা - য়াম্বুংবু ননাইশিংগিদ লৈব য়ারোইদৌরে তাক্পিরে, হৌজিক্ করম্ব সনা পুক্লিঙ্দ খন্বিরিবগে?

য়ুম্জাউ—ঈবুংঙো, হৌজিক্ ইয়াম্বগি রাখল্ হোংলে। ঐহাক্ খল্লুব রাখল্ অত্নু অরান্নবনি হায়ব খঙ্লক্লে। ঐহাক্ মতম্ অত্নদ খল্লুবন ঈনাওগি মীচঙ্ত্নন ঔরা থেংনব ভমগনি থাজরুদে। অত্নন মখোয়দ চঙ্লগ নিংথৌ ওইনব খল্লুবনি। ঔরান নিংথৌ হাপ্পিরবদি

ঐগি ইরৈবাক্‌চানিংগি অরাবদগি কম্ব ওমগনি থাজকই। ঐরান ঐগি জাতিগ ওনশিন্নবগি রাখল্‌সু মতম্‌ অতুগি ফিভন্ন খল্লুদ্রে। ইয়াম্বগি চোপ্‌উ হায়বতুন মতম্‌ পুন্নমক্ত ঐরান মনিপুরদ পানথ্রগদবগুম্‌ খল্লুবে। হৌজিক্তি মাহুস্নু ওইরন্দ্রে। অমন নিংথৌ হায়ব অসী মপা মচা, মচীন্‌ মনাও খড়দব ফম্‌ ওইম্বলে। মাহুবু পামগুবদগি ঈচিন ঈনাও মায়োক্লখিবনি, হৌজিক্তি ঈজাতি হাৎনব পাপ্‌কি মৈরক্ত চড়লুব অমুক্‌ পামলক্‌ত্রে। অতুন ঈচীন্‌ ঈনাও উননিংলকপনি। হৌজিক্‌ ইয়াম্বগি রাখন্দি ঐরাগি পাউ অশেংব খড়্রিফাওবদি ঈর মবক্ত লৈখিগে নিংলি। মখোয়গি পাউ ওনি নীনি হুন্নির্সাগি মসুংদ তাবব য়াই। মখোয়গি পাউ তাবগ ঐখোয়ন তৌগদব লাল্‌ওড় শীন্‌হৌনব লাক্‌ক্রে।

হেবা—য়াম্বুংন সনা পুক্লিঙ লেপ্লবদি হঙ্গৎনিংব রা খব লৈ। সনা পুক্লিঙ্‌ খঙজদনন হঙ্গৎপ ওম্‌দে।

য়ুমজাউ—চুমঈ, ঈয়াম্বন হৌজ হৌজ য়াখিদত্র, ঈনাওগি রা লৌখিদব অতুন চিংনফম্‌ থোক্‌ই। হৌজিক্তি ঈয়াম্বগি রাখল্‌ লেপ্লহুদ লাক্লবনি, ঈয়াম্ব পুক্‌চেল্‌ হোংদব ওয়গনি হেরাচন্দ্র!

হেরা—ফবে হৌজিক্‌তি মতমগু লৈরক্‌ত্রে লোঙ্‌বিরো। য়াম্বুং লেঙ্‌লক্লগ ননাওগি রাফম্‌ হঙ্গৎচগে। অতুগ ঐখোয়ন তৌগদব থৌরম্‌ পুন্নমসু মতাং চান খন্নরসি। ঐরাদ ঈচীন্‌ ঈনাও ঐখোয়গি ঈরাং অসিদি উহনবিগনু। য়ারিবমথৈ মখোয়গি ঈ পাউ খঙ্‌দোক্লব হোৎনসি, মতম থেংত্রে হন্‌বিরো।

অসুম্ন মচীন্‌ মনাও রাখল্‌ হোদোক্লরব মতুংদ য়ুমজাউতাব হন্‌খ্রে। ঐরা তেঙ্গোল্‌ ঐরাদগি মী ভাইতুন মনিন্‌ থোক্‌তন লান্‌বল্‌ মমুংদ তুমিন্ন লৈখ্রে। ডাকু কাঙ্‌বু ঐরাগি লাল্‌ওঙ্‌ ভাইতুন ঈরাং তৌদন লৈরি। হৌজিক্‌ মনিপুবদ লাল্‌গি ইরাং লৈত্রে। কাছাড়গি লালসু বৃটিশন টিলাইন্‌ টাপ্‌ থুগাইব ওমদবন ঐরা তাম্বোক্‌প ওম্‌ত্রে। অতুগ ঐরান

বৃটিশ তানখাইনব লাল্ ভৌগদবসু মনিপুরদগি মী থারক্তবন ভম্‌প্রে। মরম অদুন নাকল্ অনীমক্ ঈরাং য়েংনহুন লৈরে।

মনিপুবদ ঔৱান লাল্‌বল্ মতুংদ নায়েহুন তুমিন্ন লৈখিবগি পাউ তাবগ কাছাড়দ বৃটিশক ঔৱাগ থেংনবদ মনিপুরদগি ঔরা লাম্নী লাক্-তবগি ঈরাং উবদ গম্ভীরসিংন ঔৱা তাম্বোক্নবগি ৱাথন্দ মনাও ইবুং-ঙো নরসিং থিব কাছাড়্‌বাম্‌দ চংখ্রে। গম্ভীরসিংন নরসিংহ কাছাড়দ থেংনরে। ৱাখল্ মান্নব নীপা অনী উনবদ মরম্ খণ্ডৈ। অদুগ নর-সিংহন ময়াম্বুং থুকয়গ "য়াম্বুংগি সনা পুক্লিঙ্ করম্ খন্‌বিরিবগে "হংখি। মাহুদ গম্ভীরসিংন খুন্নক্ৰি" ঈবুংঙো, ঈয়াম্বগি পুক্লিঙ্‌দী ঐখোয় গরিবনিৱজ মহারজগ নশূনি, ঈবুধৌন লোগ চল্‌লম্ব ঔৱান মংশক্ তান্‌বগুম্ মনিপুববু লৈরিব অসী ঐখোয়বু করম্ন য়েংহুন লৈখিসিগে হায়ব অনানি।"

নরসিং—য়াম্বুংন তাক্পিব চুম্ঙী। মৈতৈ নিংথৌ মচা ঐখোয়গি মায়খুব মঙানি। অদুবু মতম্ চাকাংত্রিবরা খঙ্গে। মরম্‌দি মনিপুবদগি ঔৱা, তাম্বোক্প তাববদি কাছাড়দ লৈরিব ঔৱা অসী হান্নবা তাম্বোক্প তাই। অদুগি মথক্ত ঐখোয়গি মী মঙাক্চান লৈত্রি। ঐগি মীনি হায়হুন নীপা ৩০০ লৈব অসীন করি তৌগনি। লোক্তাক্ত থুম্পাক্ অন থাদব তাহুন তৌকনি। মতম্ খরদং ঙাইখিব তাই।

গম্ভীরসিং—চুম্ঙী, ঈনাওগি ৱাফম্হু খন্নদব য়াদবনি। পেবেংন মচা চাউব ঙাইবগুম্ ঐখোয়গি মী য়েংখিসি। অদুদি মতাং চাবদ উনসি।

মনিপুরদ ডাকু নিংথৌগি চয়্থেংন খাঙ্ব য়াপ্রব ঔৱাগি পাউ তারবদ মতম্ কুইন মমিং চংলক্লব পাখাল্‌উল্, কানেউল্ সেনাপতি অনীগ ঔরা লাম্নী লীশিঙ্ তরাগ ডাকু নিংথৌ ফানব ঔৱা নিংথৌন থারক্লে। অফাওব সেনাপতি অনীনি। মনিপুরত্তদ নত্তন কাছাড় ফাওবদ

থিংবিনব লৈতন তৌনিঙ্বত তৌবদ মীতৈ সাহেব অনীন কিনরব ঔরানি। অতুবু ডাকুগি লাল্ফম্দ ডাকু কিনবগি রা ঔরা লৈবাক্ শেগাক্ কায়ন যৌখ্রবনি। মরম্ অতুন ঔরা নিংথৌন ডাকু নিংথৌগি মশক্ য়েংনিঙ্বন হেবাচন্দ্রবু চঙ্ন ফাতুন পুবক্লব সেনাপতি অনীদ শিন্নতুন থাবকপনি। ডাকু নিংথৌগি মগুন খঙ্লব ঔরান সেনাপতি অনীন ডাকু নিংথৌ ফাবদ মনায় পাক্লনি খন্নদে। নিংথৌগি য়াথংন চঙ্ন ফাতুন পুবক্পগি রাখল্নি। সেনাপতি অনীসু হেরাচন্দ্রগি মগুন তাবত্তনি, হক্থেংনতুপ মশক্ খঙ্ব নত্তবন মপুক্লিঙ দ চিংনদব ওম্দে। হেবাচন্দ্র মথৌনা লৈব, মপাঙ্গল্ কম্বত নাত্তে, ডাকুনিংথৌ হায়ব মমিং অম য়াওরিব অতুন চিংনদব যাদবনি। ঔরান খোম্তুনে মীতৈ লখা অম হেন্ন ঔরা কোন্নুং য়ৌখ্রে, অতুগ মায়োক্লব লানফম্দ মথৌনা লৈব মীতৈ কয়া অমসু মবৈবাক্কিদমক্ শিখ্রে। ঔরগি মীওং কিবন মীতৈ লীশিঙ লীশিঙ্ ঔরা অমত্তন শল হোইবগুম্ হেইবদ মমিং হঙ্গংন য়েংবঙমদব মীতৈনি। অতুগুম্ব মীতৈন ডাকু লিংলগ ঔরা অতুক্ য়াম্ববু হাংখিতুন ঔরান অসুপ্ কিখিবসীবু মা কয়া য়ামতুন অমদি মগুন কবি লৈতুন কিবনো হায়ব অসী খন্বদ মপুক্ত চিংনব পোক্লে। নিংথৌগি য়াথংনিং, মখোয় অনীমক্ ঔরা লৈবাক্ত অফাওব নীপানি। মরম অতুন মখোয় অনী লান্মী লীশিঙ্ ওরাগ লোয়নন অকিব লৈতন লাক্পন থৌবাল্দ তেঙ্গোল্ শাররে। মখোয়গি পাউ মনিপুরদ লৈব ঔরা তেঙ্গোল্ য়ৌখরে।

রাক্চিঙ্ থাগি খাব উল্লেল্ন তম্থিন য়ৈহৎলব উনাবু অশিং অরান্ থাগি মনিঙ্ তৌব নুংশিৎন হুম্দোক্প্রব নাকেন্ থাগি উপাল্গুম্ মরুকোক্ল খাঙ্লব ঔরা তেঙ্গোল্' ঋতু নিংথৌ বসন্তগি নামিব নুশিং ফংবদ অনৌব য়েন্নিঙ্ চোংলক্লে। চৌহান্ সেনাপতি ময়াম্ব অনী উনতুন লালগি পাউ তম্নিঙ্ঈ, অরাব রারী শানিঙ্ঈ। ডাকু কিবন লান্শঙ্ থাদোক্তুন চৎপ ওম্দে। চৎতন তোক্সি সেনাপতি অনীবু

কি। চৌহান্ মুঙ্ অনীগি মরক্ত হাওইরে। মমৈথঙ্দ শিন্নব য়াব অমদ শিন্নরল্লগ থৌবাল্ তেঙ্গোল্ য়ৌদ্রনে ডাকুগি লাল্লোঙ্, মনিপুরগী কিক্তম্ পূন্নমক্ ওাঙ্নখ্রে।

মুগিদাংরাইগি মতম্, মুমিংন লোইক্লীঙ্ চীঙ্য়া য়ৌববদ লৈমায় শিন্ন ওারম্ব সনা মশেক্ পূন্নমক্ তাইবঙ্ পুন্শিগ লোয়নন মায়কৈ মরিদণি খোম্জিল্লগ অঙানব চীঙ্য়াঙ্দগি লয়থখ্রে। মুংথিল্ চুপ্প চাক্-শাবম্ব চেক্ল ন মচা মশ্ খোম্জিন্দুন মকোল্ পান পাইশিনখে। শয়েঙ্ লাক্ল অঙানববু থামফাদ. থুজঙ্ হংচি লাক্ল মতমবু ফাব য়াদবন অঙানব ময়ুম্ মায়কৈ পাংখে। তাইবঙ্ পান্ব অপুন্ব য়ুথল্ মরুম্দ লোংখে। মাচীক্ মীবাউখোল লৈখিত্রে।

ডাকু নিংথৌ ফাব লাক্প ঔরা সেনাপতি অনী তেঙ্গোল্ লোয়নন মুমিং হুমনি মবিনি শুবক্রে। লালগি ঈরাং তাদবে। মখোয়ন হৌগ-দবসু ডাকুগি লৈফম্ খঙ্দে। নিঙঙাইদন লৈথোক্পসু মফম্ খঙ্হৌদন ডাকু লাকদ্রা হৈনৈ। মতৌ অসুম্ন লাল্গি থৌবাঙ্ত মতৌব, লালদি ইলাক্ লাক্তব অতুদ মকোক্ ওইব মীন চেক্শিন্জববসু খোঙ্মী লান্মী নদি থৌওইনরক্রে। লালশঙ্দগি হেন্দোক্তব লান্মী মপাল থোক্লক্রে; অচা অথক্ থিব কোয়েন চংলক্রে। পাথান্ সেনাপতিন চৌহান্ সেনা-পতিবু ওইদব রা ওাঙ্বগি শাউরি। অহুগ নিংথৌ পাম্ব মৈ তৈ চীরোল্ লাংদ ইন্দুন ঔরা তেঙ্গোল্ মাঙ্হন্বনি হায়ন চৌহান্বু মরাল্ শিরি। সনা য়ুম্জাউতাব ঔরা মরক্ত লৈহূন মখোয়ন ওাঙ্নরিব, তৌরিব ঈরাং পূন্নমক্ য়েংলি। মহাক্ল ঔরাগি লাল্থোঙ্ খঙ্লে। খঙ্নিঙ্ব পূন্নমক্ খঙ্দোল্লগ য়ুম্জাউতাব মাঙ্খ্রে, ডাকু তেঙ্গোল্ য়ৌখ্রে। য়ুম্জাউতাব ঔরা তেঙ্গোল্দ উখিখ্রে, চংখিব মফম্ খঙ্হৌখ্রে। মাঙ্দ পাথান্দ চৌহান্দ শাউন হায়খি,—"সেনাপতি চৌহান্. নহাক্তি অঙাংন পাইব তেঙ্গাঙ্ম্ মীতৈগি চীরোল্দ থুপ্তুন থম্দ পাইহূন লৈরম্লে। য়ুম্-জাউতাব মরৈবাক্ মুংশিনব, মজাতিবু মৈহংতুন মপু শাম্ব মীরৈবাক্

মশা কৎলব লম্‌হুয় অদূগি মরা তাহুন লৈবাকৃত ঈরাং হৌহন্‌ব নৎত্রা? মরৈবাক্ মজাতিবু মীরৈবাক্তি পীথোক্লগ মীগি মখোঙ্‌ কোন্দুন চাউগনি খল্‌লিব শরূ চীক্‌প লম্‌হুয় অহুবু থাজরিব করিগিনো? নহুগি য়ুম্‌জাউতাব অহু কদাইদ চৎখ্রে? খহেব য়াব খঙ্‌দোক্লগ চৎখ্রবনি। ডাকু নিংথৌবু ঐখোয়ন শাউফম্ থোক্‌প্রা? মরৈবাক্ মজাতিংগিদমক্ থরায় কৎলিব মহাক্‌পু থাগৎতব য়াত্রা? নহাক্ক য়ুম্‌জাউতাবগন ডাকু নিংথৌগি মগুন চাউইহন্‌বনি।"

চৌহান—বড়সেনাপতি, ফিভম্‌বু চাত্রবদি নোংশা মখোঙ্‌ মরি পান্‌বদমু হোরংলি। ঐখোয়তন ডাকু নিংথৌবু কিহুন থাগৎপ নত্তে, মহাক্‌ক থেংনবদ অশিব নত্তন কবিগুম্ব পাম্বে অম লৈতবন ঐরা পুন্নমক্ মহাক্‌পু কিনবনি। নোংমদি সেনাপতিসু থেংনবিগদব লৈরে। মাহুদ মহাক্‌কি মগুন খঙ্‌বিগনি। অহুগ ডাকু নিংথৌন ঐরা লান্মী য়াম্নৈ হায়বগি কিহুন লোৎথিগনি হায়বহু খন্‌বিকগনু। মহাক্তি চাম লাক্‌লে চামগি পাঙ্গল্, লাশিং লাক্‌লে লাশিঙ্‌গি পাঙ্গল্ হায়বহুনি। মহাক্ লাক্লগ তৌরগদবদি মফম্ ইখঙ খঙ্‌হৌদন লাক্লগ ঐখোন ঈবাক্লবগুন্ লৈরিডেদ মখোয়ন ভৌনীঙ্‌ব থবক্ তৌরম্লগ কোঙ্গোল্ চাক্‌পগুন্ মাঙ্‌খিগনি। ঐখোয়ন ফুদিংত মাঙ্‌জোঙ্‌ চোংবগুম্ মফম্ খঙ্‌দন লৈহৌগনি। ঐখোয়গি পাঙ্গল্ থোক্‌প য়াদব, খুদোং থীরিবদি মখোয়গি তেঙ্গোল্ মফম্ লৈতব অসীনি। থোক্লক্‌প নতন্‌দন কৌজেঙ্‌ হারৌগুম্ মায়কৈ পুম্নমক্ পুম্‌লেঙ্‌ লেঙ্‌ন চোংথোক্লক্‌প, অহুগ খঙহৌদন মাঙ্‌খিব, খোঙ্গুল্ ফাওব মমি তাদব অসীনি।

অসুম্ন ঐরা লাল্‌শঙ্‌দ সেনাপতি মথৈ য়েংনহুন ভৌফম্ খঙ্‌দন লাল্ ভাইবদ নোংম নোংম হওখিবন লংলা লংজিল্ পুম্বগুম্ খন্নফম্ খঙ্‌দন মুংবঙ্‌নরক্‌লে। হেরাচন্দ্রগি কাঙ্‌বুন য়ুম্‌জাউতাবগি মরাদগি ঐরাগি ফিভম্ য়েংহুন মায়েহুন লৈখ্রে। ঐরা নিংথৌগি য়াথং ডাকু নিংথৌ চঙ্‌ন ফারক্‌পগি অথুপ্প মা অদু ঐমা তেঙ্গোন্দ ভাঙ্‌নবদগি

ডাকুগি তেঙ্গোল্ য়োথ্রে। হেরাচন্দ্র ফানব তান্নরিডেদ য়ারিব মথৈ ঔরা হাৎলগ মখোয়গি মীন শিদ্রিডেদ হেরাচন্দ্র ফাহন্ব, অতুগ হেরাচন্দ্র ফাবগি মথোই কারিডেদ নারোন্দ হায়জিন্দুন ঔরা হাৎলগ হেরাচন্দ্র কন্নব লাল্লোঙ্ শিন্ন লোইথ্রে। ঔরা সেনাপতি অনীন ডাকুনিংথৌ ফারগ মনায় পাক্পগি রাখন্দ মুংঙাইরি। চৌহানননচিংব ঔরান ডাকুন তুমিন্ন লৈখিবদ নোংম নোংমগি ফিব হেনগৎলক্লি। অনৌব লাক্প ঔরান ডাকুগি ঈরাং উদব, তেঙ্গোল্ মফম্ লৈতব উবদগি ডাকুগি মগুন খঙ্দবন নোংম নোংমগি থোঙইদব হেল্লক্লি। ঔরা মশেল্ অরি অনৌ পুক্চেল শিন্নখ্রে।

ডাকু তেঙ্গোল্ন ঔরাগি অসিগুম্ব অচেংব খুদোংচাব ঙাইতুন লৈরক্পনি। হৌজিক্তি লান্গি থৌরাং লোইথ্রে। নুমিদাংগি চাক্ চানবা ঔরা লান্মী অয়াম্ব খুংগু খুংলাই য়াওদন চরাংনরিডেদ ইখঙ্ খঙ্হৌদন ডাকু তেঙ্গোল্ন লান্তারক্লুন ঔরা তেঙ্গোল্ চাইথাইররে। খুংলাই য়াওদব ঔরান খুংলাই লওনব চেন্নরিডেদ ডাকুন তান্ন তান্নতুন হাৎলক্লে। অহানব লান্তাদ ডাকুগি মখুংং ঔরা চাম চানা তুম্খ্রে। ঔরা তেঙ্গোল্ অচৌব "ঈমা ঈমা" হায়ব খোঞ্জেনন মায়কৈ মরি নিনখ্রে। থাজরম্দব ঔরা সেনাপতি অনী, কিরম্দব লান্মী অপুম্ব ডাকুগি লাল্-লোঙ্ অতুদ পুক্লিঙদ অকিব পোক্খরে। পাখান্উল্ সেনাপতিন ঈরাং হওবক্প মায়কৈরোম্দ চরাম্বব নোংশাগুম্ চেন্শিনখ্রে। ঔরা চাইনম্ব য়ুম্জাউতাবগ থেনখ্রে। য়ুম্জাউতাব উবদ শাউখিবন হেরাচন্দ্রগি মহুৎত মহাক্পু ফানব হোৎনখে। ঔরান য়ুম্জাউতাব ফানব তান্নবি। মায়কৈ অমদ হেরাচন্দ্রগি কাঙ্বুন ঔরা চাইথাইরগ মাথান্ সেনাপতিবু থিরক্লি। য়ুম্জাউতাবন চাইথাইরক্প হেরাচন্দ্রগি কাঙ্বুন য়েংনখে। হেরাচন্দ্রগি কাঙ্বুন মী হাৎলক্পগি তেঙ্গোল্ কায়রিব মায়কৈদ সেনাপতি অনী শাগোল্ থওজিনখে। ডাকু নিংথৌ মচীন্নাগুম্ মথোনগি মায়কৈ তম্ন শাগোল্ থওজিন্খিতুন তোমজাঙ্ চীঙ্গি চীঙ্খোঙ্দ খুং থেংনব লাল্ফম্দ

মপা মপা য়ান্নবে। ঔরান খোঙ্ফম্ চাহুন কোয়শিন্লক্প উবদ য়ুম্জাউতাবদ ঈঙ্গিত পীবম্লগ হেরাচন্দ্র নাবোন্দ নাম্হোক্খ্রে। য়ুম্জাউতাব ঔরাগি ঈবাং উদব অমস্তুং মনাঙগি ঈঙ্গিত খঙ্হৌদবন ঔরান নম্তুন ফাখ্রে।

মায়োক্নন য়ান্নবম্ব ডাকুনিংথৌ উন উন নাম্হোক্খ্রে। পাখান্ সেনাপতি অঙাঙবগুম্ মতোম্তন ভান্নবক্লে। মহাক্কি থৌদো অতুদ চৌহান্ সেনাপতিন ফাবগ হায়খি,—"বড়াসেনাপতি, ডাকুনিংথৌগি লাল্-ফম্দ মাতু তৌবির যাদে। হৌজিক্ মহাক চেনখ্রে হায়তুন কোমথোক্প তৌবিগন্নু। মহাক্কি শাজংতি লাল্ লাক্ত্রিঙৈন কোম্বযাই। হৌজিক্তি সেনাপতি অনীদি য়ান্ন চেকশিন্ন লৈবিরগদবনি। য়ুম্জাউতাব ফ হৌব অসীন সোয়দন অকম্ব লাল্ অম থোক্লমগিনি। মহাক্কি লাল্লোড়দি মফম্ খঙ্দন মাঙখিব, মফম্ খঙ্দন থোক্লকলগ মী খর হাৎলম্ব অসীনি। মতৌ অম্বুন্ন সেনাপতি অনী রা ঙাঙনবিঙৈদ খা মাযকৈদ ডাকুন অমুক্ত চাইখায়তুন ঔরা তেঙ্গোল্ চেন্নরকলে। মায়কৈ অসে মদ হোংনরিঙৈদ অরাং তেঙ্গোল্ চাইখায়বরে। ঔরান চবাঙনবিঙৈ, পাখান্ সেনাপতি মতোম্ত লৈবিঙৈদ হেরাচন্দ্রন নারোন্দ হাইজিল্লতুন পাখান্ ভম্ন টান থিন্বদ মহ ক্কি শগোল্ খোঙ্ফম্ নাম্তোক্তুন মহাক্কি পান্ফম্ নাম্হোক্খ্রে। হেরাচন্দ্র শগোন্দগি তাতুন খোঙ্ফম্ চাদ্রিঙৈদ ঔরা ময়াম্ চঙ্তুন নম্তুন ফাখ্রে। মহাক্পু ফাখিবগ ডাকু পুন্নমক্ উবিৎ চোই-মাঙ নবগুম্ মাঙখ্রে, লাল্গি ঈরাং লৈখিদ্রে।

ডাকু নিংথৌ ফারে। পাখান্ সেনাপতি মনিপুরগি ডাকুগি লাল্ লোইবগি রাখন্দ লুপ্তুন হুংডাইরে। "ডাইবঙ্ শামু ঈথৌরাঙন অম, খোয়ম্ নোংদম্খোন্ন অমনি" হায়র খঙ্দবন পাখান্ উল্—কনেউল অনীদি হুংডাইবগি ঈপাক্ত ভাউতুন নাপল্-ময়াই কারকলে। ডাকুগি লাল্ লোইরে হায়ন ঔরা তেঙ্গোল্ অহিং অতুদ লাল্ফা সনা মচীঅনাঙ পুন্নুন মুস্কাল্গি টাপ্ য়ৌনব কারকলে। ঔরা কাঙবু অমন হেরাচন্দ

ফাবদ হুরাউরি। কাওবু অমন ডাকুন চীকৃমাঙ্‌নখিবগি কিনরি। পাখান্‌উল্‌ ঐরা লৈবাক্তু ফাওরব অকম্ব নীপনি। অতুগি মথক্তু লাক্লব য়াদ্রব ডাকু নিংথৌ মহাকৃকি মথুত্ত ফাতুন লৈরবনি। লাল্‌ঙম্‌ ময়াইন ময়াইকাতুন খোল্লগদব রাথল্‌ চৌদন মনিপুরগি তৌব ঙম্‌বদ ফাওরব নীপা অমবু অচম্ব মীশুম্‌ ইরায় লায়ন পুতুন অহিং অমম্বদ চংলি। পাখান্‌উল্‌ সেনাপতিন হেরাচন্দ্র য়েংতুন উশিংতন হায়রকই "করম্‌ চৌঈ সনা, অয়াব মকনদ চাউরবসু হৌজিক্‌ অঙম্ব মফমদ লম্‌হেম্ব য়াদ্রেদন? অঙম্ব মী লাক্লগ হেক্‌ তুকৃথব অসী মীওইবগি মনাংনি। নহাক্ত তাং-পাং চৌতুন অঙাং অপঙ্‌বদ ডাকু শারম্বতু পাখান্‌ সেনা-পতিদ করি চৌব ঙম্লবগে? পাখান্‌উল্‌, ডাকুগি ময়াই হাৎপ ঙম্বনি কাউগনু। নথরায় হিংনিঙ্‌লগ ঈখোঙ্‌ পায়তুন হায়জো, কনবিবঙম্ব নীপানি কনবিগে।"

হেরাচন্দ্র—মুংঙাইদ সেনাপতি, সেনাপতি অমগি রাঙাঙ্‌ মতিক্‌ চাই। নহাক্‌ ঐবু খঙ্‌দ্রি। লাবনৎচন্দ্র মহারাজগি মচা নীপা হেরাচ-ন্দ্রদি মথরায়গিদমক্‌ মীনাই অমদ হায়জগদব নত্তে। অতুগ নহাক্ত হেরাচন্দ ফারে, চৌনিঙ্‌ব তৌব য়ারগনি হায়বসু খন্‌গনু। হেরাচন্দ্রগি শিংলীদ ঈগি ঈচেল্‌ তংগ্রবসু য়েক্লবদ চঙ্‌জরক্কনি হায়ব খল্লুগনু। হেরাচন্দ্র শারকপদ অকিবগা শরুক্‌ য়াওদে। হন্দক্‌ ঐরান হাৎত্রগ হেরাচন্দ্র অনব ওইগদব নত্তে। নহাক্‌ অচৌব লৈবাক্‌ অমগি সেনা-পতিনি, নগুন্‌ ঙাক্‌পিনব ফাহনবনি। মতম্‌ লাক্‌পদ নহাক্‌ হৈরাগি ইগুন্‌ খঙ লক্কনি।

পাখান—মুংঙাইদ সনা, নগুন্‌ ঙাক্ত ঙাডব রাঙাঙ্‌ অদুন অথৌবনি খঙ্‌লে। নথরায়গিদমক হায়জব হওনদে, অদুবু মতম্‌ অমদ হায়বদি তৌগনু।

হেরাচন্দ—নাপল্‌ তৌগনু পাখান সেনাপতি, রাতোন্‌ন রাংলগ কাক্ত ফমদেক্‌পনি। তাইবঙ্‌পান্‌বদ লৈব নখোয় ঐখোয় পুম্নমক্‌ মত্মা

ওম্বগি মতুংইন্ন ওন্ন ওন্ন চংপনি। ঈরেল্ অচৌবন মংসগি মতুংইন্ন নোংমদি মুড্রফৌ ওইরকই। ওসি হেরাচন্দ্র নখোয়গি নথুংত লৈবিব অসী মতম্ন পুত্থুন উটুঙ্দ পনব কাওশিংগুম্ ঈশিন্ অম লাকপদ ফং নাম্বোত্তুন ইন্নায় লায়ন তাউথখিবদ নহাক্ন ফাব হেরাচন্দ্রনি হায়খিগদ্রে?

পাখান-মৈতৈ নিংথৌ মচা মালুলী, রাজাং রাজাদি। অদুন হায়বিগে খঙলৌ ডাকু নিংথৌ! ননিমকস্মু উদ্রব নহাক্ন অদুক্ চাউব রাজাঙ্ ওাঙ্জিবিথু: নমাঙ্দ লৈরিব ঐহাক অমা পাখানউ। সেনাপতিনি ঐরা লৈরাজী। মীৎন কুপ্পন নচীন্ নবৈ তুন লোইদংপদি থম্খো, মতীক্ চাদ্রব নহ ক্লাদমক্ পাখাসুগি খুংসাই শীজিন্নর্নাংদে।

হেরাচন্দ্র—সেনাপতি, নহাক্ ঐবু শুপ্‌খঙ্ খঙ্দ্রে। নহাক্ন হায়বিবদু নশাবু থাজংচবগিবা নত্রগ ঐবু কিহন্ননগি হায়রিববা? মী অমন মী অমবু করিশু লৈতন খন্ন হায়ননি মতীক্ লৈব অচৌব মীগি শাজং নত্তে। খুংত পায়ব ওাদস্থু ভল্ চাদ্রগদি চোংথোকখিবনি। নখুং চল্লে হয়ত্থুন হেক্ত কীগদব হেরা নত্তে খঙউ।

অসুম্ লোন য়েৎন য়েৎন লাকপন রাইথৌ চাঙ্গোল্ হায়গংলক্লে। পাখান সেনাপতিন হেরাচন্দ্রগি মথৌন, মতীঙ্ খঙ্নিঙ্তুন ওাঙ্বনি। হেরাচন্দ্রস্থু ঐরা লান্মীন কোম্থোক্লকপ অনস্থুং নশাগি মতম্ ওাইবগি সেনাপতিবু শুন্নব ওাংবনি। মতম্ অদু নোংয়াই হেল্লক্লে, তেঙ্গোল্ পুন্নমক্ চাদ থক্তুন লাল থেংনক্লবগি রাবগ অহিং তুমদন লম্বী লম্শাং লাকপগি চোকথবন মখোড় থাংব য়ারক্লে। অমুন্‌ব হয়গুম্ মখোড় থাংলি হায়বত্থমঙাই মরক্ মরক্ চপ্ চপ্ লেপ্প হৌরক্লে। তেঙ্গোল্ন অমগ অমগ তিন্নদন মঙম্ শান্দব শাজং উবদ পাখানউল্ সেনাপতিদ কানেউল্ সেনাপতিগ খর চেকশিন্নব হায়ককই সেনাপতি পাখানন খুন্নকই—"সেনাপতি, নহাকপু চৌহান্ ওন্নবরা? ঐরা লখা অমন চংলিঙৈদ কনান করিগৌরগনি? লৈথাকসিদ লাংশিন্নবদ্ব ডাকু নিংথৌস্থু ঈথুবাক্ত লৈরে, কনাবু কিরিবনো?"

কাপ্তেইন্—সেনাপতি, 'ফুম থাজদবদ লেম্লৈ ঙায়াম্ পকৈ' 'হওদোঙ্ তুমিন্ লৈবন চফু ঙনঙ্' হায়রব রাম্ মখন্‌বিয়। মী য়াম্বগি মিংঙাক্টদবসু তৌবিগনু। মৈবাক্কী মমিং তানরা মী অসে ডাকু খঙ্‌দে অবাঙ্গ খঙ্‌দে মগুন অম লৈরবনি। হেরাচন্দ্র অফাওবা নীপানি, মগুন অম সোয়দন লৈরম্‌গনি। অদুন ঈখুং চল্লগনি হায়দুনা উশিংতন তৌবসু তুম্‌দে, খর চেক্‌শিন্নন ফনর হায়জবনি।

পাখান্—মরু সেনাপতিগি ডাকু নিংথৌ অসীন হৌজিক্ তৌগ-দবগীদমক কনিনো?

ঐরা সেনাপতি অমান হারেরিব রাঙাঙ্‌দু তাবদ নোক্লিংব পোক্লহন মের চন্দ তুমিন্ তাবহনগি হায়রকই "পাখান সেনাপতি, ঐনি হায়ন ময়াই কানদি রাংলৈ য়ুগুন্ মাঙ্‌বনি। নাপল্ তৌব মী নোংমদি সোয়দন চেক্‌পনি, কাউগনু।"

অদুন্ন য়েংনরপদ অহিংনি কাউরে, যদিনি খন্‌খিদ্রে। মতম্‌দুদ হেরাচন্দ্র য়ুম্‌জাউতাব মনুংদ শাজেন্ লোইরে। ঔরাগি লেক্‌থব উবগ, লাল্‌গি রাখল্ লৈত্রিডেদ কদোম্‌দগিনে। খঙ্‌হৌদন ঔরা তেঙ্গোল্ অচৌবদ লান্দারক্লে। ডাকুশিংগি খুৎয়ান্দ ঔরা তেঙ্গোল্ "হাৎলে, শিরে" হায়দুন শমজি খাইদুন চেন্নরক্লে। লাংলিব মায়কৈ অদোম্‌দ য়েংদুন সেনাপতিন পূক্লিং চঙলিডেদ হেরাচন্দ্রন পাখান্ সেনাপতিগি মমায়দ কিনন্ ঙিন্দংবলম্লগ য়ুম্‌জাউতাব পুদুন অমম্বদ মফম্ থঙদনা মাঙরে। ঔরা সেনাপতি পাখানটল্ মমায় কায়দুন চৈনাখোনন ডাওদুন লৈহৌরে। হেরাচন্দ্র—য়ুম্‌জাউতাব ফারে হায়দুন নুঙাইজরম্ব ঔরা তেঙ্গোল্ মখুৎ হাম্‌দুন লৈহৌরে।

মথুত্ত পায়ব উচেক্‌ন মফম্ খঙ্‌দন নাম্বোক্‌খিবগুম্ মথুৎ চল্লব নীপা অনীন ঈরায় লায়ন নাম্বোক্‌লম্‌দাইদ ঔরা তেঙ্গোল্ অচৌবন হাৎলে, শিরে খোঞ্জেল্‌ন সমুদ্রগি ঈরাইখোন্‌গুম্ লাঙ্‌লম্বদু হৌজিকতি নোংঙ্গাংলি

অচিক্পদ ত্তিন্খ্রে। অশুক্প চীঙ্গোন্নি, নিন্দুং নোংয়ায় মতুংনি ; নাপল্ কাবব ঐরা সেনাপতিশিংন মায়থিববদ লাম্মী কনা চোংথোক্লক্কনি ? লম্ মশক্ খঙ্দব ঐরানি, নাম্থোক্খ্রিব মীশক মখোয়ন কিনবব ডাকুনি। হেবাচন্দ্র অমসুং যুম্জ উত্তাবন মমাঙদগি মাঙখিবদ ইকায়ব নুংঙাইতব লোয়নন মকোক্ কায়বগি শাউনিঙ্বন পাখান্ সেনাপতি মখোঙ্ থাংতুন চৎপ ঙম্খিদে। রাখল্ লাইমন্ ওইতুন তুমিন্ লৈবম্বদগি পাখান্ সেনাপতিন হায়রক্ই—"অতোন্খোয়, ঐরা লখা অমন ডাকু নিংথৌ মতোম্তব্ লাক্লব ঙমদব অসীন ঐহাক্ নখোয়ন হায়বদ থাজরমদব অদূ লননলে। থাঙ্গৈ শেংবদি মহাক্কি মগুন অসী ঐন থাজবম্দে। হৌজিক্ ঐখোয়ব্ করি তৌসি হায়নগে ? নত্রে মহাক্পু অম্মুপ লায়ন ফাব ঙম্খিগন কবিদগিনো ?"

চৌহান্—বড সেনাপতি, ডাকু নিংথৌবু ইবাঙ্গৈ লায়ন ফাব ঙম্বদি য়ুম্জাউত্তাবগি মবমদগিনি। অদু নত্তন মহাক্পু ইবায লায়ন ফগদব মী লৈতে। অদুগ মহাক্ন নাম্থোক্খিব মগুঙ্ ঙাঙ্লম্ব মাঙাঙ্ অদূ য়েংলবদি সেনাপতিবু মহাক্কি মগুন খংহন্নব ফাহন্নসু মাল্লি। মহাক্ য়াওদ্রবদ য়ুম্জাউত্তাব নাম্থোক্প ঙম্লবোইদবনি।

পাখান্—অতোন্ সেনাপতি, মহাক্ন ফাব ঙমলোইদব নীপা অসীবু য়েক্লব ওইন থম্তুন অঙম্ তান্নবম্লিব অসীবু চুম্ব্রা ? অম্মুপ রান লাল্ তৌতুন মী মাঙহন্নবগি মহুত্ত মনিপুরবগি নিংথৌ পীথোক্লগ চহীগি লোইপোৎ লওবন ফংতবরা ?

চৌহান—তাক্পিরিব অদু চুম্ঙৈ। কম্ পাম্দব, সনা লুপা পাম্দব নীপা অসিদ নিংথৌ পীবন করি তৌকগনি। মহাক্ন পাম্বদি মনিপুরদগি ঐরা তাম্থোক্পনি। নিংথৌদি অপাম্ব মী ওইহৌসনু, মহাক্কি মথৌদি লৈবাক্ ইঙন পাম্বনি। অশোন্ অনা, লৈত লাইরবগি অরাব কোক্হন্বনি। মহাক্কি রাখল্ন ঙম্লিবমখৈ য়াম্নরগ ঙম্লক্লব মতম্দ মবৈবাক্কিদমক্ থরায় কৎপনি। সেনাপতিন মহাক্পু হাৎতব লাম্লী। মহাক্ লৈত্রবদি ডাকুগি লাল্ লৈররোইদবনি।

পাখান্—চুমঈ, মহাক্পু হাংপ নিংথৌন পাম্দে। মহাক্পু হিংন ফানব শিন্নরকই। ঐন খন্নন মহাক্ অসী জয়, য়ুম্জাউভাব খোয়ঙ্গুম্ন নিংথৌ পাম্ব নিংথৌ মচা ওইন খল্লম্ই। মশাগি য়েংদব অচাউরম্ কাব পাম্দব, মনিঙ্তম্ব পাম্ব মী ওইরবদি শিব কিদ্রবনি, অদূ ওইরবদি মহাক্ লাক্লব য়াররোই। অহুনদি ঈনাওশা লাল্ তোক্খিসি।

কানেউল্—ভাক্পিরিব অহুন করে। অদুগ কাছারগি লাল্ অসিগি অরেপ্প অম খঙদ্রিডৈদ ঐখোয় পুন্নক্ মনিপুর থাদোক্পস্মু য়াদ্রি। অহুগ কাছাড়গি লাল্ লোইদন ডাবুন মনিপুরদগি ঔরা তাম্থোক্পস্তু ওম্লোই, মতম্ খরদি মখোয়স্ম ইঙথদ্রগনি। অহুন মী খরদি মনিপুরদ থন্নম্খিব তারি। মতম্ কুইন তল্লক্লব কানেউল-পাখান্উল্ ঐখোয়গি ঈগুন অসি হেরাচন্দ্রন পুহুন চংখ্রে, মসিগিদমক্ খল্লুবদ কয়া লুংঙাইতে।

অসুম্ন ঔরা সেনাপতি অনীগি মখুত্তগি ডাকুনিংথৌ নাম্থোক্খ্রবদ মখোয়গি নিঙব কায়রহুন চৌথাপ্ সেনাপতিগ ঔরা তেঙ্গোল্ খরগদ লৈবাক্ শিন্নরম্লগ হুইজ্রোম্ সুবোন্বু নিংথৌ হাপ্পম্লগ সেনাপতি অনী মীতৈ খর খোম্হুন ঔরাদ্ হন্খ্রে। ঔরা অয়াম্ব মনিপুরদগি হন্খ্রে। ঔরা লৈবাক্ত হম্বগি লখীদ তেংনৌপল্দ ডাকুন লান্দাহুন ঔরা কয়া হাংলে। তেংনৌপল্গি লাল্ লোইরব মতুং সুবোল্ন নিংথৌ ওইব হুমিং হুম্নি শুরে। মতিক্ চাদব সুবোলবু নিংথৌ হাপ্পম্ব উবদ হেরা-চন্দ্রন ময়াম্বুং য়ুম্জাউভাবদ হায়খি "য়াম্বুং, সনা পুরিঙ্দ নোংমত ওইরবস্মু নিংথৌ ওইবিখিগে হায়ব লৈরবদি ননাই সুবোল্ অসী তাম্থোক্লগ ওইবিহৌরো। য়াম্বুংন মতম্ খর মতেং পাংবিখিব অহুন ননাই চৌথাপ্ সেনাপতিন য়াম্বুংবু য়াদব তৌরোই। সুবোল্দগি য়াম্বুংন হেন্ন পাম্ফম্ থোক্ই। ননাই অসী মীতৈগ ওন্শিন্নহুন লাল্ তৌররোই। সেনাপতি অনীনস্মু লাল্ তৌদনব থিংলম্লবনি। হৌজিক্ য়াম্বুংন পাম্বিরবদি মতম্ চারে, মহুগিদমক্ অকায়ব লৈতনব ননাও শীনুজগে। অহুগ-য়াম্বুংস্মু

ঔরান হাপ্প নিংথৌ ওইররোই। ননাই ঐদি নোংম নীনি কাছাড়দ পাবুং অনীগ ফিরিঙ্গিগ তৌনরিব লাল্‌লোঙ্‌ ফিভম্‌ য়েংলুরগ তম্ন মনিপুরদ হল্লকে।"

মনাওগি রাদ য়ুম্‌জাউতাব য়ারত্নন সুবোল্‌ নিংথৌবু তাম্বোক্লগ ময়াম্বুংবু নিংথৌ হাপ্পম্নগ হেরাচন্দ্র কাছাড় চৎখ্রে।

মরক্‌সিদ গম্ভীরসিংহন কাছাড়দগি মনিপুরগি ঈরাং য়েংব লাক্লগ য়ুম্‌জাউতাবন নিংথৌ ওইরম্ব থেংনবদ য়ুম্‌জাউতাববু তাম্বোক্‌লে। য়ুম্‌জাউতাব ঔরাদ চঙখ্রে। ঔরা নিংথৌন জয়সিংহবু নিংথৌ হাপ্লক্লে। খর লৈরগ জয়গি পাঙ্‌দব উবদগি যত্নসিংহবু নিংথৌ হাপ্লগ লাম্মী লীশিঙ্‌ অম পীত্নন লৈবাক্‌ ঙাক্‌হল্লে। গম্ভীরসিংহনা মনিপুরদগী কাছাড় চঙ্‌খ্রগ মনাও ঈবুংঙো নরসিংহগ তীন্নত্নন ঔরা তাম্বোক্‌নব রা ঙাঙ্‌নরিঙৈদ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগি সাহেব লাক্‌তুন মীতৈগ ফিরিঙ্গি সিফাইগ পুন্ন ঔরা তাম্বোক্‌মিন্ননব রা খন্নব হৌরে। খন্নবত্নদ সাহেব লুচিংবন হায়রকই, মনিপূরী রাজকুমার, নখোয়ন ঐখোয়গ পুন্ন ঔরা তাম্বোক্‌মিন্নসি। ঐখোয়ন খুংলাই অরাৎপমখৈ পুথোক্কে, ঐখোয়গি অরৈব সিফাইসু য়াওগনি। অত্নগ লাম্মীন রাজকুমারখোয়ন পুথোক্‌উ।"

গম্ভীরসিং—সাহেব, ঐখোয়গি খুংলাই লৈজদবন ঔরা থেংনব রাবনি। খুংলাইবু পীবিরবদি ঐখোয় থেংনগে। ঐখোয়গি মীদি থৌরাঙ্‌ তৌত্নন লৈরবনি।

অসুম্‌ তৌন মীতৈগ ফিরিঙ্গিগ রা ঙাঙ্‌নবদ য়ানরত্নন লাল্‌গি থৌরাং তৌখ্রে। কাছাড়গি লাল্‌ফম্‌দগি কায়ত্নন চেল্লক্‌প ঔরা হাৎনব হেরাচন্দ্রসু মহাক্‌কি মী উন্নরগ ঈরাং য়েংত্নন লৈহন্‌খ্রে। কাছাড়গি অকম্ব লাল্‌ অসিগীদমক্‌ মনিপুরদগি ঔরা তেঙ্গোল্‌ পুত্নন পাখেপ্‌ সেনাপতিগ, যত্নসিংহ মহারাজন শিরবদ নিংথৌ ওইহৌব মচা নীপা রাঘোবসিংহ নিংথৌগ অনীন কাছাড় পাংলক্লে। কাছাড় য়ৌরক্‌পদ গম্ভীরসিং—নরসিংহ মটীম্‌নাওগি তেঙ্গোল্‌ন ঔরা চঙ্ম্‌ হাৎহৌরে। লান্‌জিংব অনীগ

শিহৌদব ঔর্বা খরগ মনিপুরলোম্দ চেল্লক্লে। মনিপুরদ ডাকু নিংথৌগি কাঙ্বুন মাক্লংদ ঙাইহুন ঔর্বা খর অমুক্ হাৎহৌরে। অহুগি মতুংদ অতোংউল্ সেনাপতিন ঔর্বা তেঙ্গোল্ অম পুহুন কাছাড়দ লাল্ চৎপদ মীতৈগ ঔর্বাগ থেংনহুন য়াম্নরে। কাছাড়দ লৈব ডাকু লাম্নীন লোয়-র্বাল্দ লাল্ পাংহুন ঔর্বা লাম্নী লীশিঙ্ মরি শিরে। ঔর্বা সেনাপতি অতোংউল্ মথর্বায় হিংনব কাছাড়দগি চেল্লকই। মনিপুর তারক্পদ হেরাচন্দ্রগি কাংবু থেংনহুন তেঙ্গোল্ কোঙ্গায় অমসু শিগ্রে। রাঘোব নিংথৌ অমসুঙ্ অতোংউল্ সেনাপতি ডাকু নিংথৌগি ঈরাং কিবন ঔর্বা লাম্নী খর পুহুন মনিপুরদগী ঔর্বারোম্দ চঙ্গ্রে। কালে নিংথৌবু মী ৫০০গ মনিপুর লৈবাক্ ঙাক্নব শিন্নবমঙ্ঈ।

—:( ০ ):- -

## ঙরুক্শুব পন্দুপ্

ঔর্বান চাইখায়হুন মনিপুর লৈবাক্ তাক্লক্প চহী তরেৎ শুরক্লে। মতম্ অসীদ মীতৈ অথোব কয়া শিগ্রে। অহুগ ঔর্বান ফাহুন পুখিব মীমু লখা অনী অহুম্ শুগ্রে। মীতৈগী ডাকু নিংথৌন হাৎপ ঔর্বা মশিঙ্ লাক্প ঙম্খিগ্রে। মহুগ লোয়নব ডাকু কয়া মমাগিদমক্ মথর্বায় কৎগ্রে। ঔর্বান তৌরক্প লাল্ অসী মনিপুরত নত্তন কাছাড় য়োৌব তক্শিন্বনি, অমসুঙ্ মীতৈত নত্তন ফিরিঙ্গি ফাওব লৈতান লৈব য়াখিদে। মনিপুরদ ঔর্বান চারক্ নৈরক্প চহী তরেৎ শুরক্লবদ হেরাচন্দ্রগি চয়থেং অমসুঙ্ মাগি কাঙবুন শিব কিদন চোংথোক্লুন ঔর্বা মায়োক্লবদগি কালে নিংথৌ মপাল্ থোক্প ঙম্দ্রে।

কাছাড়দস্থ গম্ভীরসিংহ নরসিংহগি চয়থেং খাঙ্ব ঙমদবন ঔরা তেঙ্গোল্ টিলাই টাপ্ মনুংদ চেন্শিন্দুনু খাঙ্খ্রে। ঔরা মপাল্ থোক্খিদ্রে। ঔরান মপান্ থোক্তন তুমিন্ন লৈগ্রবদ সাহেব-মীতৈন টিলাইন্ টাপ্ থুগাইনব রা তান্নখ্রে। ঔরাগি টাপ্ থুগাইব তরাইব থবক্ নত্তে, চহী তরেৎ চুপ্প থুগাইব ঙম্দনব শেমখ্রব; মপান্দ উ পরেং য়ুংলগ মনুংদ লৈবাকুন পল্লোন্ কোয়ব টাপ্নি। টাপ্ অসীগি থোড়্জাও থুগায়নবগিদমক্ গম্ভীরসিংহ অমসুং ডেভিড স্কুট অনীন থৌদাং লৌব, নরসিংহ অমসুং লোয়নব খরগ টাপ্কি উয়ুং ফুক্তুন চেক্পল্ থুগাইনবা লেপ্পরে। নরসিংহগি কাঙবু টাপ্কি উয়ুংফুক্প হোৎনখ্রে। মীঙইবন হোৎনরবদ ঙমদব লৈতে। মখোয়ন হোৎনবগি মপান্ন উয়ুং খর ফুক্লগ মনুংগি লৈবাক্ হোগায়হুন মী চঙ্ব য়ানব লম্বী অম ফাংখ্রে। টাপ্ থুগাইহুন লম্বী শেম্নকপহু ঔরান উরক্-খঙ্লকপদগি মায়কৈ অদোম্দ মী থোম্জিন্নখ্রে। ঔরা লান্মীশিং টাপ্কি পন্ অহোব মেন্নব অমসুং নরসিংহগি কাঙ্বু থিংনব হোৎনরিঙৈদ গম্ভীরসিংহ ডেভিডকি কাঙবুন ঔরাগী টাপ থোঙ্জাউ থুগাইহুন পনুসুং য়োংখ্রে। মখোয়ন চঙ্শিন্বন খুমাঙ্ চাওশিন্খিবন ঔরান মখোয় অনীবু টাপ্ মনুংদ কোয়শিন্খ্রে। মতম্ অদুমক্তদ নরসিংহস্থ মহাক্ত ফাৎপ লম্বীদগী তেঙ্গোল্গ লোয়নন থওজিন্লকুন ঔরা লাল্লক্ চঙহুন থুগাইরগ ময়াম্বুংগ সাহেবক অনীবু কল্খ্রে। টিলাইন্গি টাপ্ থুগাইরে, ঔরা তেঙ্গোল্ খোইরা থুগাইরব খোইরাম্গুম্ মায়কৈ মরিদ শম্জি থাইহুন চেন্নরে। মীতৈ তেঙ্গোল্ সাহেবকি সিক্কাইন থাংচপ্নন ঔরা তান্নহুন হাৎনরে। কাছাড়দগি নাম্থোকুন চেন্নকপ ঔরা কয়া মনিপুর য়োদন চীঙ্সুংদ হেরাচন্দ্রগি কাঙ্বুন ঙক্তুন হাৎলক্লে। গম্ভীরসিংহ-নরসিংহ অনীন তান্নহুন হাৎলকপগ ডাকুন থৎহুন হাৎপগ মনিপুর তম্পাক্ তারবদ ঔরা পুব ঙম্দন মান মান ঙব মায়কৈদ চেন্নখিবন অন্ত্রো খুঙ্গাঊদ তেঙ্গোল্ শারগ খাঙ্খ্রে।

গম্ভীরসিংহ—নরসিংহ মচীম্মনাওন কাছাড়দগি ঔরা তান্নরকপন মনিপুর তম্পাক্ তারে। মচীম্মনাও মায়কৈ থাইহুন ঔরা তান্নব তৌখ্রে।

গম্ভীরসিংহগি তেঙ্গোনন্ মনিপুরদগী ঔরা ভান্থোক্লব হেৎনরক্পদ চীঙ্ মানদ লোক্লুন লৈরগ মীতৈ মচা কয়া ঔরা ভান্ব য়াওররে। গম্ভীর-সিংহন মহাক্কি তেঙ্গোন্ পুদুন খোঁবাল্ মায়কৈ চংনগ পল্লেল্ লম্বী মতুংইন্না তুমু য়ৌনব ঔরা ভানগ্রে। মনাও ঈবুংঙো নরসিংহন রাংথৈ লমদাং ইন্না হৈরোক্ লম্বী তম্না কপদ অন্দ্রো খুঙ্গাউদ নায়েহন মীয়ামগ নরসিংহন লানথোক শাম্ব হবগী ঔরা কায়হুন চেন্নবক্লে। থৈয়োঙ্ লোক্ত লৈরম্ব হেরাচন্দ্রগি কাঙবুন থন্তুন অন্দ্রোদগী চেল্লক্প ঔরা লোইন হাৎতে ক্লে। মতৌ অমুন্না মায়কৈ অনী চপ্পুন ঔরা ভান্নক্পন তুমু লোকচাউ য়োৎদ ঔরা খেন্দুনা মাঙ্খে। ঔরা তেঙ্গোল্ তুমু লোকচাউদ টাপ শংগ লৈখ্রে। মায়কৈ থইদুন চংগিন মীতৈ তেঙ্গোল্ তুমু লোকচাউদ খেনহুন টাপ্ মন্নুংদ লৈব ঔরাগি ঈথাং য়েংহুন লৈখি।

তুমু লোকচাউগি টাপ অনিস্থ চীঙ্গি মখোগুন্ চেক্শিন্না থাবা লৈইন টাপ্পুগি অমুক হেন্না চেক্শিন্না শাবনি। মপান্দ পামেন পরেং কুঙ্ন য়ুংলগ মন্নুংদ পনখোঙ্ অকোয়রবদ লৈপাক্ হয়হুন ঈব য়ুমলায়ন থুগাইব য়াদনব শেম্খ্রবনি। টাপ্ অতুগি মন্নুংদ মী লীশিং অমগি থা মপ্পা—তুংকক্ চাব ওরুব মপোৎ ব্রাক্তন পৈহুন থম্খ্রে। অতুগ ঈশিংন লোকচাউদগি লাক্প ঈশিংগি ইথৈ খোং পুক্শিল্লগ মন্নুংদ লৈব পুখ্রি অমদ থাজিন্দুন অরব লৈহন শাশিন্নব থম্খ্রে। অমুক্না ঔরা তেঙ্গোলন অরাব লৈংন টাপ মন্নুংদ মীতৈ তেঙ্গোল্গী অচেংব য়েংহুন লৈখ্রে। মীতৈ তেঙ্গোল্ন মপান্দ ঔরাগি অচেং অকোম্ অমস্নুং মখোঙ্গন চংথোক্ চংশিন্ তৌনব অবোম্ব লম্বী কোয়ন থিরি। মীতৈন নিঙ্লম্বন চানিঙাই লৈত্রগ অমস্নুং ঈশিং ফংদ্রগ লাল্ তৌদ্রবস্নু চাদবন শিরক্কনি, মতমচুদ চেন্থোক্লক্প ঔরা লুমহুন হাৎকনি অসিনি। তৌই-গুম্বস্নুঙ্ ঔরাগি চিঙ্গাক্ ব্রাংতবন মীতৈগি ব্রাখল্ অরেম্বদ তাখি। ঔরান নিঙ্বন মীতৈ তেঙ্গোল্ন মতম্ কুইন ময়ুম্ থাদোক্তুন চাদ-থক্তন লৈব ঙমলোই, শঙব মথৈ শঙ্লম্লগ লাল্ তৌরক্তুব অমদি চানিঙঙাই

লৈরক্রবদ লাল ঈতৌ তৌদন হন্‌থিগনি হায়বসিনি। মীতৈনস্থু হঙ্গ নাইত্রবদ ঔরাগি রাখলস্থু অরেম্বদ তাখি। নোংম নোংম হওখিবন থা ফাখ্রে। ঔরা থোরকক্রা থোরক্‌ত্রে। মীতৈন হনখিগদ্রা হন্‌খিদ্রে। থা অমদগি অনী শুজিল্লক্‌লে। ঔরান টাপ মন্নুংদ চেঙ্ লৈরক্‌তব উবদ মপূক্‌ত চিংনব পোক্লবক্লে। মীতৈ তেঙ্গোল্‌স্থু চানবগি রাদ্রবস্থু মতম্ন কুইরকপগি তৌফম্ খঙ্‌দন রানবি। অস্থুম্ন টাপকি মন্নুং অমস্থুং মপান্ অনীদ তেঙ্গোন অনীন লাল চাঁওনবকপ থা অনী মপুং হেল্লক্লে। অরাব কয়া মায়েন্নববস্থু মীতৈ তেঙ্গোল্‌গি রাশক্‌তি ঔরা মরু ফংন হাৎলম্‌দ্রিনথৈ মনিপুরদ হন্দব হায়বসিনি। অস্থুম্ন ঔরা ঙাইবদ রাখল্ থোক্লদুন লৈবগি পাউ তাবদুন টাপ্ মন্নুংদ লৈবী মীতৈ নূপী অমন নোংম ফৌশুবদ পাউতাক ঈশৈ শরু শরু তোগদব লম্বী তাক্লক্‌লে —

"হা ঈবুং শাতান্‌ব,
য়াওবও শাবম্ লীবদি,
ঈগি ঈবম্‌দ য়েংলুচো,
রাখল্ মরু ফংগনি।"

মীতৈ লাঞ্জাবশিংন ফৌশু ঈশৈ অদু তারুবদগি তপেৎ-তবা খোরু খন্নবে। মমৈথংদ রাখল লংজিল্ চিংথোক্লুন গম্ভীবসিংহদা তঙ্গংলে। গম্ভীবসিংহগি য়াথংন তেঙ্গোল অপুম্ব মাযকৈ খাইদোক্লগ লোক্‌কি লোক্‌লম্‌দ ঈশিং ঈরম্ থিরক্‌লে। ঔরান লোক্‌চাউগি ঈবমদগি থয়দুন শেম্লগ লৈন্নুংদ ঈশিং পুব মফম্ থেংনবে। ঈথয় অদুগি ঈশিংন টাপ মন্নুংগি মী পুম্নমক্ অরাব খঙদন লেম্বনি হায়ব খঙ্‌লে। তৌজিকতি মীতৈ তেঙ্গোল্‌ন ঈথোঙ্ অদু থিংজিল্লে। অদুগ মীতৈ লাল্মী পুম্নমক্ টাপকি অকোয়বদ ঔরা চেম্মোবক্‌প ঙাইদুন লৈখ্রে। টাপ্ মন্নুংগি কংব নাইরম্‌দব ঈশিং নোংম নীনিগী মন্নুংদ কংথরক্‌পন পুথ্রিগি ঈশিং লৈরক্রে। ঔরা তেঙ্গোল্ ঈশিং ফংদ্রবদ অরাবদ তারে। মীতৈগি রাখল্ চুম্‌লক্‌লে। মীওইবগি পুন্সি ঈশিংদ লৈ, ঈশিং নত্তন মীওইবন

হিংব ঙম্‌দে। মরম্‌ অসীন ঈশিংবু থরায় হায়নৈ। ঔরা মুঙ্‌ অনীগী মরক্ত হা ওইখে। টাপ্‌ মনুংদ লেঙ্‌দন লৈথগদবসু ঈশিং ফংদবন শিব তারে, চোংথোক্তুন য়াম্নসি হায়রবসু মীতৈন খুভম্‌ ফখে। অসুম্‌ তৌরিঙৈদ ঈশিং খোরাঙবন শিব কিত্রব ঔরা খরা হূরাল্‌ লম্বীদ থোক্লকুন ঈশিং থিব লাক্লে। মখোয়বু কদায়দ নাম্থোকখিগদগে হায়ন শেন্নরিব মীতৈ লাম্বীগি মখুত্ত তাহুন অরাম্‌-খোরাংব কোক্লগ থমনুং লৈবাক্‌ য়ৌখে। অসুম্ন ঔরাগি অরোম্ব লম্বী পুম্নমক্‌ মীতৈন খঙ্খে। লম্বী অহুন লমজিংহুন মীতৈ তেঙ্গোল্‌ন টাপ্‌ মনুংদ চঙহুন মীতৈ ঔরা খুংথেংনন য়াম্নখে। মীতৈন ঔরাবু খোইরেল্‌ মহুম্‌ থুগাই-বগুম্‌ থুগাইরগ ঙায়োক্‌ ফূদগি ঙা ফাবগুম্‌ ফারগ নমতুন হাংখে।

তুমু টাপ্‌চাউ কায়রে। শিহৌদব ঔরা তেঙ্গোল্‌ মায়কৈ খঙ্‌দন চেন্নরে। মীতৈ তেঙ্গোল্‌ন তান্ন তান্ন হংনরে। নাম্থোক্‌খিব ঔরাশিং নিংথি তুরেন রাংম লাম্লগ ঔরা কোনুং য়ৌনব চেন্‌খে। মীতৈ তেঙ্গোল্‌ মতুংইন্নব কাঙ্‌হুন নিংথি খোংবাল্‌ য়ৌহুন গম্ভীরসিংহ নিংথি তুরেলদ ঔরা হাৎপগি ঈ তৈবব থাঙ্‌ চাম্লগ নিংথিগি তংখাই ফাওব মীতৈগি লম্‌ ঙন্থৈ য়ুংলম্লে। চহী তরেং চুপ্প ঔরাগি মখা পোল্লকুব মীতৈ মীখা পোম্বগি থৌরি কোঙ্গোই লৌথোক্‌খ্রে। ঔরা লাল্‌ লোইরে। হেরাচন্দ্রন চহী কয়াদগি হোনজরক্‌প মনিপুরবু য়েক্লবগী মথুংতগি কন্নবা লৌখিব রাশক্‌ ঙসিদি মপুং ফারে। হেরাচন্দ্র অমসুং মাগি কাহুবুন লৌখৎপ অরোম্ব লাল্‌হৌদগি মথোক্‌ লোয়নরব ঔরা তেঙ্গোল্‌দ গম্ভীরসিং নরসিংহ মচীম্মনাওগী অকম্ব থৌনান লান্দাখিব, মায়কৈ অনী অহুম্‌দগি ভকশিন্‌খিব লাঞ্জং অহুমক্ল ঔরাগি অরোইব লাল্‌ ওইখি। মীতৈ তেঙ্গোল্‌ পুম্নমক্‌ হল্লকুন শকাদ ১৪৪৭ রাকচিঙ্‌ ঙনি পাম্বদ থৌবান্দ থুংই। চহী থা কয়া তুম্‌দ-চাদ নারক্‌ মোঙ্‌শোংদ য়ারেক্তুন ঔরাশিংগ মায়োক্লকুরব মীতৈ লাম্বী অথৌব, মরৈবাক্কিদমক্‌ থরাই পাম্মুদ্রব মীতৈ মচা কয়াগি ঈখেংন চাম্‌থোক্‌খিব মীখা পোম্বগি অমুব দাক্‌ফম্ন কোক্‌প্রবদ

অরা-পোথাব ওইন গম্ভীরসিং নাসিংহ মচী-নাওনা থৌরানুদ কোন্নুং শেম্‌হুন লৈবাক্‌ ভাক্লে।

ঐরা লাল্‌ লোইহুন লৈবাক্‌ মরা তপ্প লৈরক্লব, নীতৈ পুঞ্জা কয়ান মযুম্‌মকৈ থাদোক্তুনা থংনবা লৈবাক্‌ অমুহুক্‌ চৌড়দ পাইনাংখন্‌ লৌহুন লৈরক্লব কয়াস্থু তপ্প তপ্প হজিন্নখ্রব মতম্‌নিদ; হেরা প্রেমি মনিংব রাখন্‌ থব ফোড়্‌দোক্‌চনিংহুন মতোন্‌ ইবুংঙো গম্ভীরসিংহু খুমাইবে। গম্ভীর-সিংহন হেরাচন্দবু উবদ তামম্‌ তামম্‌ পোকনিংলগ হায়রম্লই—'ইবুংঙো নহাক্ন নৈতৈ পোক্‌পি ইমাসিংবু কনাবা খুবিব, নচন্‌ পাওথোক্‌খিব খোদাং মতুংগিদমক্‌ ঈতোন্ন নহাক্‌ থমগনি। ইবুংঙো পাখংনা মতম চান পুবিব্লে। লাকও, নহাক্‌কি নিংথৌ ওইগদবে। নহাক্‌ না লাকু নিংথৌ হায়রব নমিংন ঐরা কঠিন ডেনবিগনি।"

হেরা—ভাকুপিরিব সনা য়াথং অতু নওবা, সনা চুক্কি থৌনিবা। ঐহাক্‌ পাবুংতোনগি চরন খুমদব লাক্লনি। পাবুং অনাগি মমাংদা চহী তরেৎ মায়থিব পীব ভয়ঙ্কুর ঐরা নায়ব শীবিনে। ভবিদি মনিপুর ইবুধৌশিংগি মতম্‌দ নীংখা ময়াই ওননা চিংনবা ভরসা। হৌজিক্তি মনিপুরগি ফম্‌বাল্‌ পাবুংতোনগি ওননবনি। লৈবাক্‌ মনা তম্না পাল্লুন খুঞ্জা ও লৈচাউব ইবুধৌ পাখংবন শীনবিরগনি। পাবুংগী য়াইফা শ্রীগো-বিন্দনা কুবিব ওইসনু। ননাইন মহুৎদি নিংথৌগিদমক্‌ নংচদে। পাবুংতোনগি সনা য়াথং নিরগ ননাইন চংনিঙ্‌ব মফম্‌দ চংচখিব য়ামব চরন্‌ খুবম্‌ লাকচবনি।

গম্ভীরসিং—ইচাগি রাহৈ তাবদ মুংওইবে, অতুবু হেবাচন্দ, নহাক্‌পু পোক্‌প য়াম্‌বুংন ঐখোয় খ্বাইগি অহন্‌নি। মনিপুরগি চংনবী মতুংইন্ন নিংথৌ ফম্বালস্থু য়াম্‌বুং মহারাজগি ফম্ব ননি। হৌজিক্তি য়ামবুংগি ফংকম্‌ থোক্‌প অতু নহাক্ন ওইরে, নহাক্‌ য়াম্‌বুংগি মচা অহন্‌নি। অতুন নহাক্‌ ফম্বাল্‌ অসিগি মপুনি। নহাক্ন মনিপুরগি নিংথৌ ওইফম্‌ থোকই।

হেরা—ননাই ঐহাক্ক সনাবুদ্ধি তৌবিনব হঙ্গৎচখিবত্তুনি। ঈবুধৌ ইবুংঙোগি সনা ফম্বান্নি। হৌজিক্তি ফম্বাল্ অসী পাবুংতোনগি ওইফম্ থোকলে। মরমদি ঈবুধৌন ননাইবু পোকপ পাবুং সনাখ্যাদ পীনবিরম্লে। পাবুং মহারাজদগি পাবুংয়াইম মধুচন্দ্র তম্লেন্‌খোম্বন ফংহৌরে। অত্তুদগি পাবুংশিং মথং মথং ওইবিগ্রবনি, হৌজিক্তি তশেং তশেংব তাংবল্ পাবুংতোন্গি ওইরবনি।

গম্ভীরসিং—হেরা, ইতোম্ন হায়রিবসি নঙ্ অমুক্তং খম্বহনিঙ্ভী।

হেরা—তাকপিরিব সনা য়াথং হিক্তোক্চবদি ঈতিক্ ওইদে ঐজ্ঞা! নিংথৌন পীব মনা লৎনবস্থু য়াদবনি। চানবিত্তুন তাকপিরিব সনা য়াথং ফিগাও সান য়াজরি। অত্তুবু ননাইদি নিংথৌ ফম্বাল্গিদম্ক ঔরা লাম্লোংনব নচ্চদে। ঈরৈবাক—ইজাতিন মীখা পোম্ব; ঈবুধৌগি ৱাশক্ অত্ত কোক্কবগিদমক্ ওম্জব থৌদাং য়াজখিবনি। ওসি নচানা পাবুংতোন্গি সনা চরন্দ মৈতৈগি ফম্বাল্ অমুক্ হন্ন কৎচরি। থৌজানবিত্তুন লৎনদন লওশিনবিয়্ ঐজ্ঞা।

গম্ভীরসিং—হেরাচন্দ্র!

হেরা—ঐজ্ঞা, ননাইন ঈমা লৈবাক্ ঔরান নৈরম্বগি লম্মল্ শিংজখিবগি মহেদি ডাকু নিংথৌ লৈজরে। মসিদগি হেম্ব মনা অমমুক নচা পামজদরে ইনিংথৌ। ওসিদি মনিপুর অরাব কোক্লে। চহী তরেংচুপ্ন ঔরাগি মীওৎ-মীনৈ খাওলক্প, মীখা পোম্বগি পীরাংন ঈমাগী মীৎলু নাপোম্ চোৎলম্ব, ওসিদি মৈতৈ লৈম ঈমাগি মোমোন মীনোক্ক লৈতেংলে। হরাউ মথোই কাজরে। মসিনি নচাগি মঙ্লান—নচা হেরাগি ৱাশক্।

ৱাহৈ খর অসী হায়রগ হেরাচন্দ্রন গম্ভীরসিংহগি মফম্দা খুরম্জরক্ই। গম্ভীরসিংহ মতম্ কুইনগি তুংদ ওসিদি মীৎলুদগি থিংওম্‌ব্রব

পীরাংনা মুক্তা পরেং তৎতুন কেল্লক্‌পগুম্‌ পীগি মতুম্‌ মতুম্‌ শিন্থরদুনা মচা হেরাবু চেক্তেং কোনবিখি। মুমিৎ অহৃদগি হেরাচন্দ নিংথৌ-কোল্লগি করিগুম্ব মফমদত নত্তনা মনিপুরগি মফম্‌ অমতদস্ু অমুক্‌ হন্ন উব ফংখিদ্রে। সুপনাথ, লবঙ্গ, থম্ন, অমু, অমসুং শ্যাম্‌গ লোয়ননা করম্ব নীং থুংদব রাশক্‌ অমগিদমক্‌ কদায়দ চৎখ্রব কনানস্ু খড়খিদ্রে।

লোইরবা

## পণ্ডিত চন্দ্রসিংগী অশপ্পা পুন্সি ৱারী

পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্রসিং খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাইদা শকাব্দ ১৮১৬গী লমতাগী ১৪নি পানবা (মার্চ ৯,১৮৯৫) থাংজা মুমিৎতা পোকখি। অপোকপনা মোইরাংথেম থাবল, লৈবাক মীয়ামদি "মোইরাং হিংচাবী" হায়না খঙনবিবা, পণ্ডিত অচৌবনি। অপোকপীনা নাওরেম নিঙোল রূপবতি (চাউবী) নি। মহাক্কী মচিন মনাও তরুক্কি; নিপা অহুম নিপা অহুম। মানা নিপাগী অহন্নি।

পণ্ডিতনা অঙাং ওইরিঙৈসি সাহেবনা পানবা নৌরিবনা মহৈ মশিং তম্নবগী খুদোং চারমদে। লৈকাইগী লাইরিক হৈবা খুমল্লম্বম অঙাংজাওগী য়ুমদা অহানবা মহৈ তম্বা হৌখি। মমৈথংদা মপা ইবুংঙোনা লিংখৎচবা খোংমন পাঠশালদা মতমতুগী মহৈ-মশিং তম্বা হৌখি।

এল. পি,গী থাক লোইরবদা জোনষ্টোন হাই স্কুলদা ক্লাস নাইন পাস তৌখি। মমৈথংদা শিলাং গোর্ভনমেণ্ট হাইস্কুলদা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা বিষয় মরিদা ('মঠস রান অমসুং টু, সংস্কৃত অমসুং বাংলাদা) লেটর ফংদুনা ফাষ্ট ডিভিজন্দা মেট্রিক পাস তৌখি। পণ্ডিত অসি স্কুলগী পুন্সিদা অখন্নবা লমজেল লোইনি। মতম অদুগী অহানবা জিমনাষ্টিক শান্নবা মীনি।

পণ্ডিত চন্দ্রসিং অতৈ মমান্নবদৌনা মনিপুরগী মপান্দা চংদুনা মহৈ তম্বা ওম্বনি, অদুবু অপোকপনা মৈতৈগী লৈজরিবা সাহিত্য সংস্কৃতি অসি খঙনবগী মৈতৈ লাইরিক তম্নবা তাকপিখিবনা মরম ওইদুনা মখা তাবা ইংরাজী শিক্ষা তমখিদে।

মৈতৈগী নাং, চৎনবী, সাহিত্য-সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসতা মপুন্সি কৎচগে নিংবদগী মতম অদুগী লৈবাক্কী পণ্ডিত নামৈরাকপম অমুখোম্বা, লোংজম গোপাল অমসুং ঙাসেপ্পম চাউবদা চংজখি। গুরু মরি অসিগী

লমজিং মখাদা লমদম অসিগী ওইবদা থিজিনখোৎচিনবা হৌখি। অপোকপা পণ্ডিত অচৌবগী লমজিং মখাদনা লমদম অসিগী অরিবা রায়েন-থৌদা অমদি লম্মিৎ-তুমিৎ অমসুং অওনবা পুন্নমক খণ্ডজিনজখি।

চন্দ্রসিং মনিপুরগী অরিবা মতমগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা মথরায় কৎথোকপদা নত্তনা সংস্কৃত, হিন্দী অমসুং বাংলা লোলগী সাহিত্য নৈনবদসু মথরায় য়াওখি। মহাক্কী পুন্সি মকৎথোক অসিদা মতম অতুগী মীয়াম্না পাউতাক লৌবা প্রি-ব্রিটিশকী মীওইনি হায়না খওনখি। চন্দ্রসিং অচৌ অশাংগা মচা ওইতুনসু কেথোক-মৌথোক্তে। মরৈবাক্কী মরমদা থিজিন-খোৎচিনবনা পুন্সিগী মথৌ ওইখিবা পণ্ডিতনি।

পণ্ডিত অসিনা লৈবাক অসিগী ওইবা লোনচৎ, রাহৈ রাতা অমদি সাহিত্যগী ঈচেলবু কুপ্না নৈনখি। লমদম অসিবু নুংশিজবা অমা ওইনা মমাং অনসুং মতুংদা ওইরক্লিবা ইতিহাসকী অওনবদা নুংঙাইতবা ফাওখি।

পণ্ডিত চন্দ্রসিং ইং শক ১৯২৬ তগী লৈবাক অসিগী নাৎ, চৎনবী অমসুং খোরম-থৌদা খওননবগীদমক অপোকপগী লোয়শঙগী থবক্তা তেংবাংবা হৌখি। লোয়শঙগী অখঙ-অহৈ পণ্ডিৎশিংদগী লৈবাক্কী ওইবা চৎনবী অমসুং খোরম কয়াসু খওজখি। মাগী ওজা ঙাসেপ্পম চাউবগী মতেংদগী অরিবা লাইরিক কয়াসু পাবা ফংজখি। মশাগী ওইনসু লাইরিক কয়া ফংখি।

পণ্ডিত অসিনা মতম অতুগী পি, এ. মিষ্টর হিগিন্স, আই, সি, এস,কী মখাদা চহী অহুম অমসু মনুং অমসুং মপানগী মরমদা থিজিন-খোৎচিনখি। পি, এ, অসিগী লমজিং মখাদা ব্রাহ্মী, দেবনাগরী, ব্রাহ্মা নয়েকী মরম অমসুং রাখল লোল খওজিনখি। চুরাচান্দ মহারাজগী লমজিং মখাদা শেম্বা হিষ্টোরিকেল বোদী—বিবোধ জননি সভাগী সেক্রে-টরী ওইতুনা মনিপুরগী ইতিহাস অমা (৩৩ এ,ডি,দগী চুরাচান্দ ফাওবগী) পুথোকখি। মতু মিষ্টর রসিদ হায়বা মতম অতুগী অসাম গোভর্নরদা

থাখি। শক ১৯৩৮ দা গৌর ধর্ম্ম মহা সভাগী সেক্রেটরী ওইদুনা ধর্ম্মগী ওইবা মরম কয়া খঙখি। চংনবা য়াবা-য়াদবা কয়া লৈবাক্তা পুথোকখি।

মাগী থিজিনবগী মখাদা মতম কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা চংনপথাপ অমসুং সাহিত্যবু বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৌহৌনহনখি। মাগী অসিগুম্বা থিজিনবগী খুদোল অসিনা চন্দ্রসিংবু মীয়াম্না অরিবা অমসুং অনৌবা সাহিত্যগী থোংনি হায়নরি। লোইন লোইননা অরিবা মতমগী কবি অমসুং অইবশিংবু তৌজিক্কী মীরোলদা শক তাক্লি। পণ্ডিত অসিগী রাখন্দা মপূং ওইরিবসিদি অরিবা মতমগী ফজবশিং অদু পুথোক্লুনা অনৌবা মীরোন্দা মমি হাইনবনি।

লৈবাক অসিগী চংনবী, নাৎ অদুবু শক তাক্লবা শক ১৯৪১ দা পানা পণ্ডিত ওইখি। পানা পণ্ডিত অমা ওইনা লৈবাক অসিগী লাইফম কয়া য়েংখি। লম্মিৎ লোলগী রাফম কয়া খঙজিনখি। লোইননা নিংথৌশিংনা লৈবাক্কী তৌরম্বা খঙখি। অসুম্না চহী অমা-অনি খঙবা য়াবা খঙলবদা শক ১৯৪২ দা থাবম লাকপা, মথংদা শক অসিমক্তদা মোইরাং নিংথৌ ওইখি। মাগী মতমদা মোইরাং মশাগী ওইবা মনাৎ অমসুং চংনবীবু লৈবাক মীয়ামগী ওইবা শক্তম অমগী থাক্তা পুখৎখি।

চন্দ্রসিংনা লাইনিঙ অমসুং চংনবী মশক তাক্লবা কলাকার অমা ওইনা পালা নহাগী ঈশৈ শকপা ওইখি। মতম মতমগী ওইবা থৌদোক কয়াদসু পুঙ য়ৈখি। পণ্ডিত অসি কলাকার অমসুনি। শক ১৯৫৬ তা সনা কোন্নুংগা পণ্ডিত অচৌবা ওই। মাগী মতমদা, মাগী পাউতাক্লা লমদম অসিদা মতম কুইনদগী চংনরক্লবা লাই হরাউবদা 'লাই নুপী থাবা' হায়বা থৌরম অদু মীয়ামগী য়েংদুনা তোকহনখি।

চন্দ্রসিং সমাজ সেবক ওইজবা নিংজবমক্তনা সরকারনা লাকপা (সব ডিপুটি কলেক্টর) গী ফম পীবদা লৌখিদে। অদুনা সরকারগী ওইবা ফম অমত্তা মপুন্সিদা পায়খিদে।

পণ্ডিত অসিনা সমাজ সেবী অমা ওইনা (১) রামলাল পাল স্কুল অমদি (২) কাঞ্চিপুর পোলিটেক্নিককী সংস্কৃতকী ওজা ওইখি। লৈবাক অসিগী সংস্থান কয়াগী প্রসিডেন্ট, সেক্রেটরী ওইনা থবক তৌখি। আইদিএল অমদি মহারাজ বোধচন্দ্র কোলেজ নচিংবগী গভর্নিং বোদীগী প্রসিডেন্ট ওইখি।

রাজনীতিগী লমদস্থু শক ১৯৪৮ গী মনিপুর এসেম্বলি ইলেকসন্দা প্রজা শান্তিদলগী মীবেপ ওইনা রাংথৈ কেন্দ্রদা ইলেক্সন থেংনখি। সি,সি, হিম্মৎকী মতমদা মনিপুর সরকারগী এডভাইজর ওইখি। শক ১৯৬২ দগী ১৯৬৯ ফাওবা পণ্ডিত অসিনা জবহরলাল মনিপুর ডান্স একাদেমীগী রিসর্চ স্কোলার ওইখি। মতম অদুদা লাই হরাউবগী মরমদা পরিং নাইনা লাইরিক ৬ পুথোকখি। মৈতৈ জগোই ঈশৈগী মরমদা গুরু অমুবীগা লোইননা হায়দ্রবাদতা সেমিনার অমস্থু য়াওখি। সেমিনার অদুদা মৈতৈ জগোইবু ক্লাসিকেলগী থাক্তা পুখৎখি।

পণ্ডিত অসিনা সাহিত্যদা তৌবিবা খুদোলবু খঙবীদুনা মনিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা শক ১৯৬৩ দা "সাহিত্য ভূষণ" শক ১৯৬৮ দা "সাহিত্য রত্ন" গী মিংথোল পীদুনা ঈকায় খুম্নখি। মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনস্থু শক ১৯৭১ দা ফেলোশিপ পীদুনা পণ্ডিতবু সনমান তৌখি।




--:( o ):--